# মৈত্রবাক্কী মনীণ্ডতম্বা লৈপাক্লা হওরকখিবা

অইবা

বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা

মথেঙবী

বি: (ও) দিমা

২০০৯




১) মমিং : মৈত্রবাক্কী মনীঙতম্বা লৈশাক্লা হওরকখিবা

২) অইবা : বি: কুলচন্দ্র শর্ম্ম
ব্রহ্মপুর থাঙপাৎ মপাল
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১, মণিপুর

৩) অফোংবী : বি: (ও) দিমা
থাঙপাৎ মপাল, ইম্ফাল

৪) হক : অইবা অমসুং অফোংবী

৫) মমল : লুপা ৯০ (মরিফুতরা/মৌদ্রা)

৬) লাইরিক নম্ফম : অরুবা প্রিন্টর্স
পাউনা বজার, ইম্ফাল-৭৯৫০০১

৭) ফোংবগী মতম : মার্চ, খৃঃ ২০০৯

৮) লাইরিক ফংফম : ১) অইবগী য়ুম
২) অফোংবীগী য়ুম
৩) রাজেস বুক স্টোল, পাউনা বজার
৪) ম্নাথোই, লাইরিক মকোল
পাউনা বজার, ইম্ফাল
৫) অতৈ-অতৈ

# অহৈবগী বাহৈাল

"মৈত্রবাক্কী মনীঙ তম্বা লৈপাক্লা হঙওরকখিবা" হায়না মিংথোনবা লাইরিকসি মণিপুর ইতিহাসকী তাংকক খরগী শরুকশিংনি। মণিপুরগী ইতিহাসকী মতম হৌদোকপীরম্বা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংব (চাওরাক্লা খৃঃ ৩৩/৩৪-১৫৪) না করম্না নিংথৌজা নংত্রগা মৈতে কাংলুপ (মতুংদা লৈপাক খুম্নাইসি য়েক অমা ওইরক্কদৌরিবা) গী মনীং তম্বা লৈপাক -মচা অমা কনাগী মতেংনা লীংখৎলকখিবগে হায়বদু "মণিপুর ইতিহাসকী নোংঙাম্লমদায়দা লৈনুং য়বীরোক" হায়না মিংথোনবা প্রবন্ধ অমা হাপচদুনা উৎচরি। মণিপুর ইতিহাসকী শাংলবা মতম, চাওরাক্লা চহি ১৫০০ রোম মতম কনবা লৈঙাকলোনগী চায়নবা, কাংলুপ-ফুরুপ তোংঙান্নবা, মনীঙ-মখা তম্বা অপীকপা লমখৈ-লমকন অমমমদা পানবশিংনা লাছেং-লানশোক্লদুনা অমনা অমবু নমথনদুনা পুনশিন্নরকপা অমসুং ময়ামসিবু "মৈতৈ" কৌরম্বা মতুংদা "নিংথৌজা" কৌরকপা কাংলুপসিনা অপুনবা নিংথৌ পানবা লৈপাক শেম-শাগৎলকপগী ব্বারমশিংনি। ব্বারমশিং মৈতৈগী অরিবা অমসুং অনৌবা লাইরিকশিংদগী থেংনজরবা অমসুং ফংজবা ব্বাফমশিংদা অরান-অহই, অশোয়-অঙাম অমসুং ফত্ত-নুংদা য়াওরবসু মতুং তারকপদা চুমথোকচবা ঙম্মনবগী খুদোংচাবদু পীনবীয়ু হায়দুনা মণিপুর ইতিহাসকী অমসুং সংস্কৃতিগী অখণ্ড-অহে ওইবীরিবশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা হঙ্গৎচরি।

মণিপুর ইতিহাসকী পরীংদা লৈরিবা খুদোংথীবা অমসুং খুদোং চাদবশিংগী মরমসিদি লৌশিঙগী মঙাল শোল্লবা ঐনা হঙ্গৎলুদ্রবসু খ্বাই তরানা অমসুং হিরমসিদা হৈথোই-শিঙথোইরবশিংনা হেন্না খঙবীদুনা লৈরবনি খঙজবা খরদংদু পাউদমজদুনা মণিপুর ইতিহাসকী মশাক লেপ্পদা মতেং খজিত্তং পীবা ঙমগদ্রা, হায়দুনা হোৎনজরবনি। "লানবা" হায়বসিদি মীওইবগা লোইনদুনা লৈরবা মনাৎনিনা অরানবশিংদুগীদমক খঙজদদুনা তৌরিবনি, হায়দুনা খ্বাইনা ঙাকপীগনি। "অচুম্বা" মতেক খর নংত্রগা ব্বাহে খরদং য়াওবদু লৌখৎপীদুনা মণিপুর ইতিহাসকী চুমদুনা লৈরবা মচাকশিংদুদা তিলহনবীয়ু অমসুং ময়ামগী থৌজাল ফংজবগী নুংঙাইবদু ফংহনবীয়ু।

বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা

# ময়ামদা লাহোকচবা

মণিপুর ইতিহাসকী অহানবা মতম তাংকক্কী বারী-বাখোঙ লৌখত্তুনা ইবা লাইরিক— "মৈত্রবাক্কী মনীঙ তম্বা লৈপাক্লা হওরকখিবা" হায়না মিংথোনবসি খ্বাই তরা মচাশিংনা অশোয়-অরান তাকপীরক্লবা লাহোকচরি। খ্বাইনা তাকপীরকপা য়াথংদুবু তরাম্না ওকচদুনা মথং-অমুক হন্না ফোংবা খুৎকোংদা অরান-অহুই য়াওরম্বদু চুমথোকচদুনা ফোংজবা ওয়ুবগী খুদোংচাবদু ফংহনবীবু। লাইরিকসিনা মণিপুর ইতিহাসকী লুরবা তাংকক থরদা নৈনবনা খ্বাই-মীয়াম অমসুং অখণ্ড-অহৈশিংগী পাউতাক্কী মথৌ তাই। তারিবা মথৌশিংসিগী মচাকশিংদু পীবীনবা ময়ামদা হঙ্গৎচদুনা লাইরিক অসি লাহোকচবনি। হৌত্রবা মতমদা হঙ্গৎনা য়েংখৎপদা অকাউবনা অয়াম্বা মতমদা লম্বী থত্তুনা লৈবনিনা পুম্চুম চুম্লবা ইতিহাসকী থৌদোকশিংগী বারী-বাখোঙ পুম্নমক ফংবা হায়বদুদি য়াম্না বানা থোকপা, অদুগা করিগুম্বদা ওইথোক্তবা ওইবনা মী অমখত্তনা ইতিহাস শাগৎপদি মতীক চাদে। কপ্পনাদা ইবগী বাফম, ইতিহাসকী হিরমদা য়াদবনা "খ্বাই মতেং য়াওদনদি ইতিহাসনা ইতিহাস ওইবা য়াদে" হায়বা বাখল্লোনসি থমজদুনা খ্বাই তরাগী মতেং নীজরি। মদুগীদমক লাইরিকসি খ্বাইগী মফমদা লাহোকচরি।

বি: (ও:) দিমা

# ৱাহৌদোক

মৈত্রবাক-মণিপুর, খা-নোংপোক এসিয়াগী অৱাং-নোংচুপকী ওমখে অমসুং খা এসিয়াগী অৱাং-নোংপোক্কী লমখে অনিসিগী তাইনরিবা লাংদাইদা লৈবা লমশাং পরীং মচা অমগী ময়ায় ওইরম্না লমতুপ্তা অৱাংগী লেটিটুড ডিগ্রী ২৩.৪০ দগী ২৫.৬৮ ফাওবা অমদি নোংপোক্কী লোংগীচুড ৯৩.০৩ দগী ৯৪.৭৮ ফাওবনা কোনবা লমকন মনুংদা শন্দোরক্লিবা লমদম, থায়নদগী হৌনা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা ওইনা খৃষ্টগী অহানবা কুমশীঙ চাদগী লৈরক্লবা অশীকপা লৈপাক অমনি। অদুবু পৃথিবী পুম্বগী ওইনা ইন্টর্নেশ্নেল লেভেলদা মনীঙ-মখা তম্বা নিংথৌনা হাইনা-হুমনা পানবা, মশা মতোমতা লৈঙাক-ৱায়েঙবা অমসুং মনীঙ তম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা ওইনা খাইনা শকখঙ-মায়খঙখিবদি খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুৱারী তাং ২৪ দনি [N.N.A., 1983, 193, 172-74 & C.B.A, 1987, 276-375]। লৈপাক অসি চীঙলৈপাক্কী লমদম্না শরুক মাপন অমসুং তমলৈপাক-তমলৈকায়গী লমদম্না শরুক অমা ওইনা মালেম লৈশেম-লৈশারোনগী ওইনা মহৌশা লাইরেম্বীনা খায়দোক্লুনা থম্বীরম্মী। মরম অসিনা লৈপাক অসি গুল্লিয়েঙদগী হৌনা চীঙদনা চীঙমীনা পানবা অমসুং তমদা তম্মীনা পানবা অমদি খুন্দা লৈতানবা চীঙমী অমসুং তম্মী অনিমক্কী মরৈপাক-মরমদমনি।

মৈত্রবাক মণিপুরসি চহী ২,০০০ (লীশীঙ অনি) রোমগী মশাগী ইতিহাস লৈজবা লৈপাক্নি। লৈপাকসিগী মশাগী ইতিহাসকী মতম তাংককশিংদা মখল-মথেল য়াম্লবা মমিং-মথাশিংগী মখাদা খেন্ন-খেন্নরবা মী কাংলূপ-ফুরুপশিংনা খঙনরক্লবসু লৈপাকসিগী খাইনা পাম্লবা অমসুং খাইদগী হেন্না মমিং চংপা মমিংদি 'মণিপুর' হায়না থোন্দুনা খৃষ্টকী ১৯শুবা কুমশীঙ চাদগী লেপ্লুনা লৈরক্লি। অদুগা লৈপাকসিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী কাংলুপ-ফুরুপ পুম্নমক্না মরোন-মরী ফাওনবা য়াবা লোন অমা অমসুং হায়রিবা লোন অসিবু ইননবা মশাগী ওইবা ময়েক্কী পরেং (Alphabet) লৈজে। অদুবু মৈত্রবাক মণিপুর অসিদি মশাগী ইতিহাসকী মতমগী মমাঙগী মতমশিংগী

নীঙশিঙবা থোক্লবা মতম তাংকক্কশিংদগী হৌনা লৈপাকসিগী নোংপোক অমসুং নোংচুপলোমদা লৈন্রিবা পাক-চাওরবা লমদমশিংসিগী ইতিহাসকী মমাঙগী যুগশিং অমসুং মখোয় মখোয়গী ইতিহাসকী মতমশিংগী অঙনবা অমসুং ময়ায় চনবা মতম তাংকক্কশিংগী নোংপোকচাশিং অমসুং নোচুপচাশিংনা ফাওদোক -ফাওজিন তৌনফম অমসুং লল্লোন-ঈতীক্কী পোৎলম-চৈরমশিং ওন্ন-শিন্নফম, লৈন-য়োন্নফম অমসুং তীক্লা-বান্নফম কৈথেন-মফমসু ওইরকখি। [নন্দ:শ:, ১৯৬০, ৪১-৪৫ অমসুং T.C.H., 2003, 21]।

## মৈত্রবাক্কী বাফমসিগী বারী-বাখোঙ লৌফম

মৈত্রবাক মণিপুরগী লমখৈ মনুংসিদা থবাই-পানবা নৎত্রগা অচঙবা/ অহিংবা থবাই পানবগী হওরকফম নৎত্রগা খ্বাইদগী ঈহান হানবা থবাই পানবা পোকখিবা অমসুং মীওইবা হায়বা থবাই পানবসিনা খ্বাইদগী ঈহান হাননা পোক্লক-শাৎলকখিবা নৎত্রগা থোক্লকখিবগী সাইন্টিফিক ওইবা খুদম-চাংদম অমসুং শাক্ষী-প্রমাণ (Evidence and proof) অমত্তা লৈত্রি। লমদম অসি, পৃথিবী ওইনা য়ানরিবা মীওইবা জাতিগী হৌরকফম নৎত্রগা পোক্লক-শাৎলকফম, খুদম ওইনা, চাইনাগী চৌকৌটিয়েন, য়ুরোপকী নিয়েণ্ডরথেল, অসিনচিংবগুম্বা নত্তে, ওইদে হায়বসি হৌজিক্কী সাইন্টিফিক বার্ণনা প্রমাণ তৌদুনা অমসুং শাক্ষী পীদুনা লৈজরবনি। অদুবু মণিপুরদা লৈপাকসিগী ইতিহাসকী মতমগী মমাঙগী নুঙগী চক/যুগ (Lithic/stone Age) গী মতমগী মীওইশিং লৈরম্মী হায়বসি ঙসিগী মণিপুরগী আর্কিওলোজিদা নত্তনা অবাং-নোংপোক ভারতকী হিরমসিগী অখণ্ড-অহৈশিংনসু খুদম-চাংদম উত্তুনা লৈরবনি।

মণিপুরদা খ্বাইদগী ঈহান হানবা মী, লৈপাকসিগী মী ওইনা লৈরম্বগী হৌজিক ফাওবগী ওইনা লৌনরিবসি চান্দেল ডিষ্ট্রিক্তকী সোংবু হায়রিবা চীঙজাওদুগী গুরুঙ্গদা ঙসিদগী চহি ৪০,০০০ (লীশীঙ নিফু) গী মমাঙদা লৈরম্বা চীঙ-লৈখুন-মী (Caveman) নি [L.K.D., 2003, 168]। মণিপুরগী অরিবা, ময়ায় ওইবা অমসুং অনৌবা নুঙগী চক/যুগশিংগী মীওইশিং অসিগী মরী ঙসি ফাওবা শমজিন্নবা ঙমদনা লৈরি অমসুং নুঙগী চকশিংসিগী মখা

তারকপা মতমশিং অমসুং ইতিহাসকী অঙনবা মতমদা লৈরম্বা মীওইশিং অদুগী মরীশিংসু হৌজিক কাওবগী ওইনা শমজিন্নবা ঙমগ্রি। অদুবু লৈপাক অসিদা মনীঙ মখা তম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা লৈরম্মী হায়বসিদি চেনবা য়াম্রবা থৌদোক্কী পরীংনা পীবা অমসুং ইতিহাসনা শাক্ষী ওইবা প্রমান ওইনা লৈরি। মরম অসিনা মৈত্রবাক্কী (মণিপুরগী) মনীঙতম্বা লৈপাক্লা হওরকখিবগী ৱাফম থল্লকপা তারকপদা লৈপাকসিগী থায়নদগী/মমাঙদগী চৎনরকপগী পরীং অমসুং পরমদা মৈতৈ লাইরিকশিং (মমাঙগী মতমদা মৈতৈ ময়েক্লা ইদুনা থম্বীরম্বশিং অমসুং মখোয়দুদগী ময়েক শিন্দোকুনা লৈরবা অমদি ফোংলবশিং) গী ৱারোল-ৱাফমশিংদা য়ুম্ফম ওইদুনা থবক পায়খৎপা নত্তনা অতৈ পাম্বে লৈজদে। হায়জরিবা থৌরাংসিদা সিষ্টেমেটিক অমসুং সাইন্টিফিক ওইবা অফংবা অনৌবা লাইরিকশিংগী ৱাফমশিং হাপচদুনা খন্ন-নৈনবগী থাক্তা য়েংবা য়াবা লীখুন অমসুং লংলা-লংজীন পুথোকচনবা হোৎনজবগী থাক্তা চঙশিল্লারি।

## মণিপুরদা খুন্দা-লৈতারকপা

মৈতৈ লাইরিকশিংনা পীবগী মতুংইন্না মৈত্রবাক মণিপুরগী খ্বাইদগী ঈহেন-হেন্না লীরবা মী কাংলুপ অসি থাংগ্নি (চেংলৈ-শরাং-লৈশাং) হায়বসিনি। মখোয়সিগী মপা-মপুশিং অমসুং খাবা-ঙানবা য়েক্কী মপা-মপুশিংনা খৃষ্টগী মমাঙগী কুমশীঙ ৫০০ (চামঙা) গী অদুৱাইদা হৌজিক্কী কংলাতোংবী মথক্তগীনা হৌজিক্কী কাংপোকপী মখাগী লমদম অসি ফাওবগী মনুংদা চোয়না চোয়না খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরম্মী [B.K.S., 1988, 4]। মতম খর হৌম্রবা মতুংদা খাবা অমসুং ঙানবগী মী কাংলুপ অনি অসি নক্র-শম্নরুবা অমসুং ৱাখল্লোন্দা নকশিন্নরক্তুনা নক্লনা নৎত্রগা পুন্না লৈমিন্নবগী মরীসি চেৎশিন্নরকখিরম্মী। মতম অদুদা মণিপুরগী নোংপোক মায়কৈ লমদমশিংদগী মী কাংলুপ-ফুরুপ কয়ামরুম মখোয়গী খুম্ভোক-খুনহোংলকপগী পরীংদা মৈত্রবাক্কী লমখৈ মনুংদা থুংলখিরম্মী। হায়রিবা খুনহোংলকপা মী-ফুরুপ কাংলুপশিং অদুগী মনুংদা ঙসি ইন্দিয়াগী মনুংদা সেদ্যুল ট্রাইব ওইনা লৈরিবা— কোল, ভীল, মুণ্ডা, সনতাল, ওরিওন, পুলিণ্ড (শবরা) অমসুং ঙসিগী বৃটিশনা শেম্বীরম্বা নাগা হিলসকী নাগালেণ্ডদা খুন্দারিবা— আও, রেংমৈ, কোনয়াক, আঙামী, সেমানচিংবগী

মপা-মপুশিংসি মণিপুরগী চীঙগী লমদম ফাওদুনা চৎখিবা কাংলুপশিংনি [R.R.S., 1985, 2-11]। অদুগা মখোয়শিংগা লোইনদুনা লাক্লগা মণিপুরগী মতমদুগী চীঙলৈপাকশিংদা খুন্দাহৌরিবদি ঙসিগী— খুম্ভ (তাংখুল), মৈরিং/ মরিং, কোম, চকপনচিংবগী মপা-মপুশিং অমসুং ঙসি তম্মী ওইরিবা ব্রাং/ মৈতৈ (নিংথৌজা অমসুং মোইরাং), খ্বাংনচিংবগী মপা-মপুশিংসু খুম্হোক-খুনহোংলকখিরম্মী। মখোয়, অকোনবগী কাংলুপশিংসিদগী ব্রাং (মৈতৈ অমসুং মোইরাংগী মপা-মপুশিং) শিংসিনা অব্রাং ফাংলৌ লাইমকোন (হৌজিক্কী কোংবা তুরেনগী মরুগী চীঙজাওসিদগীনা ঈরীন/লিনব্রাই তুরেনগী মরুগী চীঙজাও ফাওবগী লমদম) গী লমদমদা খুন্দা লৈতাদুনা পাল্লম্মী [পা:লাই:,খ:]।

মণিপুরগী ইম্ফাল তুরেন অমসুং মসিগী ঈতীল্লবা তুরেনশিংগী ঈশিং চাবা লমদমশিং ওইরিবা মণিপুর-তম্পাক অসিনা খর খোঙ্গং-খুৎকংলবা মতম খৃষ্ট মমাঙগী কুমশীঙ ১৭০-১৫০ রোমগী মতমদা খাবা-ঙানবা অমসুং থাংয়িনা মখোয়গী অব্রাংলোমগী খুন্দা-লৈতাকম কংলাতোংবী অমসুং কাংপোকপী অনিগী মরক্কী লমদমদুদগী মখারোমদা তম্পাক্কী ময়ায়রোমদা চঙশিল্লক্লুনা খুন্দাবা হৌরকখিরম্মী, অদুবু মতমদুদা তম্পাক য়ৌবদি য়ারমগ্রি। অমরোমদা, মতমসিদা অব্রাং ফাংলৌ লাইমকোন্দা খুন্দারিবা ব্রাং-শিং অদুদগী ফুরুপ অমা খায়দোকখিবদুনা মণিপুর তম্পাক্কী খা-নোংচুপলোমদা চীঙখোঙ-চীঙয়াগী লম্দী ইন্দুনা চৎলগা থাগ্না হাইথখিরম্মী। মখোয়না খা-নোংচুপকী লমদমদুদা মতা চাবা চীঙ অমা খন্দুনা পানখিরম্মী। হায়রিবা ফুরুপ অসি 'ব্রাং' হায়রিবা মী কাংলুপ অসিগী লুচিংলেন অতিয়া শিদবা (লাইরোম্দা) নংত্রেগা কোনসৌরেল (মৈশৌবরোম্দা) হায়বসিনা মচা-মনাই খর পুরগা চৎখিবনি। মহাক্লা খা-নোংচুপকী মায়কৈসিদা অতোপ্পা য়েক অমা পোক্লুনা অমসুং য়েক্লুগী অনৌবা য়ুম্ফম অমা লীংখত্নুনা পাল্লকপসিদগী মহাক্কী মমিংসি চীঙঙু থাংজীঙ হায়না খঙনম্রে [র:ঙ:ফ:, ১৯৮৪, ২১]। চীঙঙু থাংজীঙ মহাক্লা মোইরাং য়েক পোক্লুনা থাংজীঙ চীঙজাওগী চীঙদোম্দা ফমলেন-কম্বী ওইরগা মৈত্রবাক্কী খা-নোংচুপকী চীঙ অমসুং তমগী লমশিং লৈঙাক-ব্রায়েন থৌদাদুনা পাল্লম্বদগী তমদা লোক্তাক পাৎলেনগী খোংবান্দা কুমথরক্লুনা মোইরাং লৈপাক শেমগত্নুনা অমুক পাল্লকখিরম্মী।

## লৈপাক মনুংগী খুনহোং-লৈহোংনরকপা

'ৱাং' কাংলুপকী লুচিংলেন কোনসৌরেন্না লৈপাকসিগী খা-নোংচুপলোমদা হাইথখিবদগী মতম ঈকান কান্নদনা অৱাং-ফাংলৌ লাইম-কোন্দা পালহৌরিবা ৱাং কাংলুপসি অমুক ফুরুপ অনি থোক্লা খায়দোরকখি। খায়দোক্লরক্লিবা ফুরুপ অনিসি ৱাংগী লুচিংলেন/নিংথৌ কোনসৌরেনগী মচা ঈবুংঙো অনি— কুপত্রেং অমসুং সেনত্রেংনা লুচিংখিবনি। কুপত্রেংনা মহাক্কী ফুরুপকী মীওইশিং পুদুনা কৌব্রু চীঙগী অৱাংবা চীঙদোনশিংদা পানখিরম্মী। নোং পুবা লৈচীন্না পাইদুনা লৈবা, নোংজু পাম্বাদা লৈচিন্না কুপ্তুনা নোংঙীক্ল। তত্তুনা খীকথবা লমদম, অৱাংবা চীঙথক্তা নোং মরক্তা পানবা কাংলুপনি হায়দুনা মখোয়বু 'নোংপান' হায়বদগী নোংবান হায়না খঙনখি। অমরোমদা, অমুক কুপত্রেংগী কাংলুপ অসি সরা শন-না লৈরিবা অহাংবা নোংমদোনগা থংনবা মফমদা পাল্লি হায়দুনা সরা/সোরা হায়নসু খঙনখি অমসুং মমিংসিনা মখোয়গী মরমদম অমসুং মী কাংলুপ্তুবু তূনা খঙনরকখি। মরম অসিনা মখোয় সরা লমদমগী অমসুং সরা ফুরুপকী লুচিংবা/নিংথৌবু সরারেন (সরাগী মকোক/ লুচিংবা/নিংথৌ নৎত্রগা অথোইবা সরা) হায়না মিংথোনখিরম্মী। মতুং তারকপা মতমদা মখোয়সিবু 'অঙোম' হায়রগা খঙনরকখি।

থাংয়িশিংনা ৱাং কাংলুপকী ফুরুপ নোংবান/সোরাশিংনা কৌব্রু চীঙগী চীঙদোন্দা পাল্লিঙে মতম, চাওরাক্লা খৃষ্ট মমাঙগী কুমশীঙ ৫০ (য়াঙখৈ) রোমগী অদুৱাইদা শেল্লোই-লংমাইচীঙ/নোংমাইজীঙ চীঙজাওগী চীঙশা অমা (লংমাই ৱাইরোক/ৱারোক চীঙ) দা মখোয়গী লম কন্দুনা পানখিরম্মী। অদুগা খাবা-ঙানবগী কাংলুপ অনিসি পুনশিন্নদুনা খুন হোংলে হোংমিন্না, খুন লেপলে লেপমিন্নবা তৌরদুনা কংলাতোংবীগী লমদম থুংনা পানমিন্নরম্বদগী মখোয় পুন্না মণিপুর তম্পাক্কী ময়ায় ওইবা লমদা কুমথমিন্নরকখি। মতমসিদা খাবা শঞ্জেন-থোংগী লমদমসিগী অকোয়বদা খুৎকং-খোঙগংলদুনা মফমদুদা 'কংলৈপুঙ' কৌবা লৈপাক শেমগত্তুনা খৃষ্টগী মমাঙগী কুমশীঙ ১০০ রোমগী অদুৱাইদগী পাল্লরুম্মী [ম:চ:স:, ১৯৯৯, ৩২]। মখোয় খাবশিংগী শনশেন-শনঙাক তৌবা শঞ্জেন্নহাশিংনা তৌ-শীঙনাংনা মখোয়গী লাম্ছোক-লানশিন তৌনবা থোং

শাখিরম্মী অমসুং হায়রিবসিদগী মফমদুবু খাবা শঞ্জেনথোং হায়না কৌখিরম্মী [ও:ভ:স-২:, ১৯৭৭, ৩০ (মফম অসি হৌজিক পোষ্ট ওফিসকী হেড ওফিস, টেলিগ্রাফ ওফিসনচিংবা লৈরিবা মফম অশ্বাইদনি)]। অদুগা শেল্লোই লংমাইচীঙদা পানখিবা থাংয়িগী ফুরুপ অদু নত্তনা লৈমোন, লম্বান্নচিংবা লমদমশিং (হৌজিক্কী কাংঙবুঙ খুনগী অকোয়বগী লমশিং) দা মমাঙঙৈদা কাংপোকপীদগী হোংদুনা খুনবান-লৈপানখিবা থাংয়ি (শরাং-লৈশাং) গী ফুরুপ অমসু খাবা-ঙানবশিংগা লাল্লোইনবা লুপ (Allied group) ওইনা লৈরম্মী [ম:চ:স:, ১৯৯৯, ২১]। মখোয়সু মরক-মরক্তা খাবগী কংলৈপুঙদা চখোক কোয়থোক্লম্মী।

## নোংদা লাইরেন পোকপা

অব্রাং ফাৎলৌ লাইমকোন্দা পালহৌবা ব্রাং/ব্রাংঙম কাংলুপশিংসু তপ্পা তপ্পা মণিপুর তম্পাক্কী ময়ায়রোমদা খজীক খজীক হাইথরক্তুনা কোংবা তুরেনগী হৌরকফম ওইরিবা চীঙজাও অদুদগী তামথরক্তুনা কংলৈপুঙগী মনাক নক্লা খুনহোংলক্তুনা খুন্দাররে। অদুবু মখোয়গী অয়াম্বা শরুক্তি ঈরেম লমদম (ঈরোইশেনবদগীনা লমশাং ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা লম) দা পানখি। হায়রিবা ব্রাংঙম ফুরুপসিগী মতম অমগী লুচিংবদুগী মমিং 'তুবী থিংকোক লাইরেনবা (তম্ফা ব্রাংঙমলোন পাছোইবী অপোকপা মপাঈবুংঙোনি)' হায়না কৌই [মথক্কীসিদা, ৪]। অদুগা খাবগী কংলৈপুঙগী মনাক নক্লা থাঙব্রাই লৈয়াংকী মনুংদা পাল্লিবা অসিনা 'পুরিংলেন পুরেরোম্বা' হায়না কৌরম্মী। মহাক (পুরিংলেন) অমসুং তুবী থিংকোক লাইরেনবসি কোনসৌরেনগী চাদা-নাউদা ঙাক্তনি অমসুং মখোয় অনীসি মচীন-মনাউনি। অদুগা পুরিংলেনসি কুপত্রেংগী ধারাদগী লাক্লগা শেনত্রেংগী ধারাদা য়ুম লেপহনখিবনি [ক:স:প:, খ:;ও:ভ:স:, ১৯৬৭, & চ:কু:,শ:, ১৯৯৬, ১১১-১২]। মহাক লৈনুং য়াবী য়াখুচনু নোংদা নোংখল্লেম্বী পান্নদুনা নোংদা তুকুপ্লীক (নোংদা লাইরেন পাখংবা) পোকখিরম্মী। লৈনুং য়াবী য়াখুচনু নোংদা নোংখললেম্বীসি মচানুপা নোংদা তুকুপ্লীক পোকপদগীদি লৈনুং য়াবীরোক হায়না খঙনখি [খ:য়ুম্বী:;খ:-১]। নোংদা তুকুপ্লীক পোকপা মতুং চহী অনি শুরকপদা পুরিংলেন পুরেরোম্বসি

শেল্লোই লংমাইচীঙ (নোংমাইজীঙ) চীঙজাওগী চীঙদোন অমদা নোঙাখিরম্মী [ক:স:পূ:খ:]। মমা নোংদা নোংখললেপ্পী নংত্রগা লৈনুং য়াবীরোক্লা মহাক্কী লৈজবা পুম্নমক মচাগীদমক্তা কখোক্তুনা মতমদুদা মমিং চংলবা সরারেন অরিবা অহুম [ও:ভ:স-২:, ১৯৬৭, ১] বু শক্কী লাংনা ফাদুনা [খা: য়ুম্বী, খ:] মখোয় অহুম্বু মতেং পাংহল্লগা মচানুপা নোংদা লাইরেনবু মী ওইননবা শেম্লকখিরম্মী [পা:লাই:, খ:]। মসিগী মখা চখরকপা ওইনা মণিপুরগী ওইবা ইতিহাসকী মতম হৌরকপগা লোইননা মনীঙতম্বা মৈত্রবাক, মৈতৈ নিংথৌজা কাংলুপ্না লিংখৎলকখিরম্মী। হায়রিবসিগী পরীং নাইনা চখরকপা থৌদোক-ব্রাথোকশিংদু মখাদা থমজরি।

# লৈঙাক্লোন্দা নিংথৌজানা অপুনবা মৈতৈ লৈপাক অমসুং জাতি শেমগৎলকপা

**বা-চৌ-দো-ক**

'নিংথৌজা' হায়বসি মৈতৈ জাতিসিগী 'য়েক তরেৎ, শল্লাই মাপন' হায়দুনা মী-কাংলুপ-ফুরুপ শায়দোকলিবসিগী মনুংদগী অমনি অমসুং 'মৈতৈ' হায়রগসু খঙনৈ [ও:ভ:স:, ১৯৬৭, ১৪০]। মখোয়সি মমাঙঙৈগী মণিপুর-তম্পাকপু নিংথৌ পানবা লৈপাক মচা মচাশিং, মনীঙ-মখা তম্না অমসুং মশা মতোম-মতোমতা লৈঙাক-বায়েন থৌদা তৌজদুনা পাল্লম্বদুবুলোয়নমক লৌশিল্লগা, য়েক অসিখক্তমক পালহৌ-লৈহৌদুনা খৃঃ ১৪৩৫ [চৈথা:কুম:, ২০০৫, ১৯] দগী খৃঃ ১৮৯১ ফাওবদা মনীঙ তম্বা, নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা ওইনা খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুৱারী তাং ২৪ দগী পৃথিবীগী অন্তরজাতিগী থাক্তা শকখঙ-মায়খঙদুনা [M.L.B., 1979, 24, 61-62] মনীঙ-মখা তম্বা নিংথৌনা হাইনা হুম্না পান্দুনা লৈঙাক্লম্বা, মৈতৈ জাতিসিগী য়াঙলেন শরু (Backbone) ওইরিবা য়েক্নি। মখোয়গী নিংথৌ-শাগৈ, নিংথৌ শাগৈসিদগী শন্দোক্লকপা নিংথেমচা শাগৈশিং অমদি নিংথৌজা ফুরুপশিং অমসুং চাদ-নাউদাগী শাগৈ-য়ুম্নাকশিং লৈ। অদুগা ওল্লিবৈগী মতম খৃঃ ৩৩/৩৪ দগী মখোয়গী য়েক-শল্লাইগী মরৈপাক 'অবাং পোইরৈ মৈতৈ' হায়না অতোপ্পা য়েক্কী লৈপাক্কী অমসুং মীশিং, মরু ওইনা, খুমন অমসুং মোইরাংনা খঙনবা লৈ [ব:ক:শ:, ১৯৯৮, ১৩৪] অমদি মখোয়গী মরৈপাক অমসুং নিংথৌ-শাগৈবু লিংখৎলম্বা মীশক নৎত্রগা পুকোক, নোংদা লাইরেন পাখংববু লাই ওইনা লাত্তুনা মতম পুম্নমক্তা ঈকাই খুম্নজে।

'অপুনবা মৈতৈ লৈপাক অমসুং জাতি' হায়বসিদা পুরিবা বাখল অমদি বাখলে[illegible]। মতমদুদা মণিপুর তম্পাক্তা লৈরিবা য়েক-শল্লাই, ফুরুপ-কাংলুপ, জাতি-বর্ণনচিংবা মান্নবা-মান্নদবা পুম্নমকপু পুনশিন্দুনা বৈজয়ন্তি মালা লেঙবগুম

লেঙশিন্দুনা জাতি অমত্তা ওইবগী লৈঙাক্লোন, খুন্নাইলোন, শেন্দান-শেনচৎলোন্নচিংবগী হীরম পুন্নমক্তা মান্ননা থন্বগী হক অমসুং মিংয়েং পনগোয়নুংদা পুশিন্দুনা জাতি অমত্তগী ফিরান মখা পুল্লিবা শক্তমশিং শাগৎলকখিবদগী ইতিহাসকী খোঙথাংদগী থোক্লকখিবা অপুনবগী লীচিংগী মহৈ অদুশিংদুবুনি। ঙসি 'মণিপুরী' হায়বা জাতিগী শক্তাক-মিংকম অসিনা লৈপাকসিগী চাঙমী-তম্মী পুন্নমক্তা পীরিবা মশাগী শক্তাক-পাউখুমদু খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈরন্বা লৈপাকসিগী মীশিং পুন্নমক্কী পাউখুন্নবা মরল ওইদুনা লৈরন্বনি।

## নিংথৌজাগী য়েক অমসুং লৈপাক-মচা
## লীংখৎলকপগী মমাঙগী মতমগী ফিভমশিং

নিংথৌজা য়েক অমসুং মখোয়গী য়েক্কী লৈপাক-মচা (Princedom/Principality) সি মৈতৈগী মবুংঙো নোংদা লাইরেন পাখংবা (খৃঃ ৩৩/৩৪-১৫৪) না খৃঃ ৩৪ দা লিংখৎখিবনি হায়বসি হৌজিক চৎনরিবা লৈপাক-খ্বাই মীয়ামসিনা য়াননরিবা ৱাফম্নি। মৈদিংঙুসিনা মহাক্কী লৈপাক মচাসি লীংখৎত্রিঙৈগী মমাঙদা খাবা য়েক-শল্লাইশিংনা খাবা শনশেনথোংগী লমদম (হৌজিক্কী কংলা অমসুং অকোয়বগী লমদম) দা ঙানবা শল্লাই, চকপা য়েক্কী ফুরুপ খর অমসুং থাংয়ি (চেংলৈ অমসুং শরাং-লৈশাং কাংলুপকী থায়নগী মমিং) য়েক্কী শল্লাই অমগা লোইননা অপুনবা লাল্লোইনবা খুৎ শেমদুনা পাল্লন্বা [ই:অ:, ১৯৮১, ৭-৯,১৩] অমসুং লংমাইজীঙ (হৌজিক্কী নোংমাইজীঙ) চীঙজাওগী চীঙলৈপাক্কী লমখৈ মনুং [মসি অৱাংলোমদা লীনৱাই/ঈরীন তুরেনগী হৌরকফম, নোংপোক্লোমদা খংখুই, খারোমদা ৱাইথৌ খমপুৎ অমসুং নোংচুপলোমদা খরাই অহোঙপুঙ (হৌজিক্কী তেলীপতি) য়ৌই] দা থাংয়িগী মপুঙ ওইবা ফুরুপনা ৱারোকচীঙ/ৱাইরোকচীঙদা, লংমাই/নোংমাইশিং, শেল্লোইশিং, অঙোমশিংগী ঙল্লিঙৈ ফুরুপশিং পুন্না নোংপান কৌদুনা নোংমাইজীঙ চীঙগী খল্লোং মনাক্তা অমদি নুংপান (লুৱাংগী ঙল্লিঙৈগী মমিং) গী ফুরুপ অমনা লংমাই-য়োংখং-চীঙ মনাক্তা পান্দুনা অপুনবা লাল্লোইনবা খুৎ (Allied Force) শেমদুনা লৈরন্বা [পা:লাই:, খু: অমসুং ন:ম:স:,

১৯৮৯, ৯] থেংনৈ। অদুগা মণিপুর তম্পাকসিগী খা-নোংচুপলোমদা থাংজীঙ চীঙজাও অমসুং মসিগী অকোয়বগী লমদমশিংদা ইতিহাসকী মতমগী মোইরাংশিংগী মপা-মপুশিং পাল্লম্বগী মাফম ফংজে [ও:ভ:স:, ১৯৮২, ১-১১]।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা অঙোম য়েক্কী নিংথৌ অঙৌবা পুরৈরোম্বা, লুরাং য়েক্কী লুরাং লংমাইবা অমসুং মহাক্কী য়েক্কী মীওইশিং খরগী মতেংদগী ফাংলৌ লাইমকোন্দগী লিনরাই/ঈরীন তুরেনগী তুখুন-খোংলম ইন্দুনা লাক্লগা মতমদুগী কংলৈপুঙ (কংলা) দা লান্দাদুনা [খু:য়:স:, ১৯৬৭, ২২-২৩] খাবশিং অমসুং মখোয়গা লাল্লোইনবা খুৎ (Allied Force) কী মীওইশিংবু খাবা শঞ্জেন্থোংগী লমদম (কংলাগী লমখৈ) দগী তাহোক্লুনা নিংথৌজা/মৈতৈ য়েক্কী লৈপাক-মচা লীংখৎখিরম্মী। অদুবু লুরাং লংমাইবশিংগী মায়কৈদা (পোইরৈতোন অমসুং মহাক্কী মচানুপাদা) হেন্না নকশিনবা মিৎয়েং থম্লুবদগী অঙোম পুরৈরোম্বনা লাপথোকখিবগী খুদোংচাবা লৌদুনা খাবা-ঙানবা অমসুং মখোয়গা লাল্লোইনবশিংনা লান হৌরক্লুনা নোংদা লাইরেন পাখংবনা মোইরাং লৈপাক্তা লাঞ্জেল্লক্লুনা মফমদুদা লান-থুপফম অমসুং লৈঙাক্লোনগী চঙজফম (Political asylum) লৌবা ওইনা মোইরাংগী লোইরেন সনাপুঙ, থমপাল নোংশারৌ কৌবা মফমদা মতম খর লৈখিরম্মী। মতম খর লৈরগা মহাক্কী লাইস্না (পোইরৈতোনগী মচননি, হায়) মৈতৈ লৈমনা অঙোম পুরৈরোম্বগা তাইশিন্নদুনা মোইরাংদা মখোয়নীমক লাক্লগা, হান্ননা মোইরাং থাংজীঙগী মতেংনা অমসুং মহাক্না পীবা মোইরাং চাওবা মেল্লেবা, শৌবোন শানৌঙম্বগা লোইনদুনা মোইরাং লৈপাক্তগী খোম্বা লাম্মীগা লোইননা লোক্তাকপাৎ লান্দুনা লাক্লগা খাবা অমসুং মখোয়গী লাল্লোইনরিবা অপুনবা খুৎকী লুচিংলেন খাবা নোংজেংবা হাক্তুনা, খাবা, ঙানবা, চকপা অমসুং থাংয়ি য়েক-শল্লাইশিংবু মায়থীবা পীদুনা চায়খায়খিরম্মী। লাছোকসিদগী খাবা অমসুং মখোয়গী লাল্লোইনরিবা ফুরুপ-কাংলুপশিংগী মীওইশিং, চীঙ-মান, চীঙখোঙ-চীঙশাশিং, চীঙয়া-তময়াশিংদা চেনখিদুনা মণিপুর তম্পাক্কী ইম্ফাল তুরেনগী ঈশিং চাবা তম্পাক-ময়ায়লমগী লমদমশিং থাদোক্লুনা লোইয়া-তময়াশিংদা খুনবান-লৈপান্নখিরম্মী [ন:খ:স:, ১৯৬৭, ৭ অমসুং চ:খুন:খুন:, খু:]।

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা মহাক্কী নিংথৌ পানবা লৈপাক-মচা লীংখৎপা হৌগৎলকপগী মতম অদুরাইদা খা-নোংপোক এসিয়াগী, মৈতৈশিংনা "লৈনুং" কৌবা লমদমগী মনুংদা লৈবা খমনুং কৌবা লৈপাক্কী শাবা [Probably, the present town of SHWEBO (22.23°N & 95.45°E) in Myanmar?] কৌবা কংলৈ/সহরদা পানবা চীঙখোঙ পোইরৈতোন (তাঙখুতেকসু কৌই) কৌবা নিংথৌমচা অমগী লুচিং' মখাদা মী ৪০ (নিফু) রোম্না শাবা মী কাংবু (Horde) অমা মমায় নোংচুপ ওন্না মণিপুরদা খুঙ্হোক-খুনহোংলক্লম্মী [ম:চ:স:, ১৯৭৯, ল:ম:]। পোইরৈতোন অমসুং মহাক্কী কাংবু অসিদা নত্তনা মহাক্কী ময়াম্বুং, খমনুং-শাবাগী নিংথৌ, 'থবারেন/থোঙঙারেন' হায়না কৌবা অদুসু মহাক্কী মী খরখক্তগা লোইননা মৈত্রবাক্তা খুনহোংলক্লুনা খুনথোক্লকখিরম্মী। পোইরৈতোন অমসুং মহাক্কী খুঙ্হোকপা কাংবুসি শেল্লোই লংমাইচীঙ (নোংমাইজীঙ) গী মফম কয়ামরুম (তাইতল সুনাচীঙ) [মথক্কীসিদা, ৪১-৪২] নচিংবা) থুংনা কোয়রুরগা চকপা অঙ্গোশিংগী খুনফম (খুনমন) দা মতম খরা শাংনা খুন্দারক্লগা খৃঃ ৫০ গী অদুরাইদা লমতেং-লমহাম (হৌজিক্কী লমদেং, ইম্ফাল বেস্ত) গী লমদমদা খুন্দা-লৈতাখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ৬০]। হায়রিবা পোইরৈতোনসিগী চাদা-নাউদানা অপুনবা মৈতৈ জাতি শেম্বদা অচৌবা শরুক য়ারিবা 'লুরাং (নুংবান)' অমসুং 'খুমন (নোংয়ায়)' হায়বা য়েক অনিসি থোক্লকখিরম্মী। লুরাং অমসুং খুমনশিংসি মখোয়গী য়ুমলেন অমসুং নাউদা ওইবা শল্লাইশিং খরনা অপীকপা নিংথৌ পানবা লৈপাক-মচাশিং লীংখত্নুনা অঙনবা মণিপুর ইতিহাসকী মতমদা পাল্লখিগনি।

## য়েক অতৈগী লৈপাকশিং লীংখৎনরকপা অমদি নিংথৌজানা মদুশিংদু চুপশিনখিবা

মৈত্রবাক-মণিপুরদা থায়নঙৈগী মতমদা নিংথৌজা/মৈতৈ নত্তবা অতৈ য়েকশিং নৎত্রগা শল্লাইশিংনা মখোয়-মখোয়গী মনীঙ-মখা তম্না অপীকপা লৈপাক-মচাশিং লীংখৎনরকপা অমসুং অদুগুম্না লৈপাক-মচাশিংদু নিংথৌজা য়েক্কী লৈপাক্লা, মখোয়গী নিংথৌশিংনা লৈঙাক্লোনগী মপাঙ্গল, খুজীল-থৌরাংনচিংবনা লৌশিন-চুপশিনখিবা অমসুং মখোয়গী লৈপাক্তা হাপচিন-

তীনশিনখিবসি মণিপুর ইতিহাসকী অঙনবা মতম তাংকক (Ancient period) কী হৌগংলকপদগীনা ময়ায় ওইবা মতম তাংকক (Medieval period) কী হৌগংলকপা মতমগী শরুক অদু ফাওবগী খেন্ন-খেন্নরবা মতমগী তানফমশিংদনি। মখোয়সিগী থৌদোক-থাথোক্কী থারোলশিং তোংঙান-তোংঙান্না লৈপাক-মচাশিং অদু চুপশিনখিবগী অহান-অকোনগী মথং-মনাউ ইন্না মখাদা অখণ্ডবা থাফম খর থমজরি, মদুশিংদুদিঃ-

## (১) খা-ঙান্‌বা য়েক্কী লৈপাক-মচা

খাবা-ঙনবা য়েকসিগী লৈপাক্কী মরমদা মথক্তসু খরমখৈ পঞ্জশ্রে। হায়রিবা য়েক অসি খাবা কাংলুপ নৎত্রগা শল্লাইগা ঙানবা কাংলুপ নৎত্রগা শল্লাইগা অনিসিনা শাবা য়েক্লি। মখোয় অনিসি অঙোমগী পুরৈরোম্বা অঙৌবা কৌবসিগী মচন নুপী পুরৈলেমনুশ্‌গী মচা নুপা অনিগী চাদা-নাউদাশিংনি। মরম অসিনা মচীন-মনাউ ওইবসিগী লীপুন্না পুন্দুনা কাংলুপ অনিসি অমগা অমগা শৌগৎনদুনা ঙাল্লিনৈদা খুন্দাফম পুন্না নৎত্রগা নক্লনা খুন্দা-লৈতামিন্নদুনা লৈরকই অমসুং মখোয়গী অপুনবা খুনফম শেম্লকখি, মদুনা মখোয়গী লৈপাক-মচা ওইরকই, অদুগা মকোক থোংবা লুচিংবসিদি খাবশিংদনা ওইরকপগুম তৌই। মখোয়সি অহানবদা ইম্ফাল তম্পাক্কী অব্রাংথংবা শরুক্তা খুনবান-লৈপাল্লম্বদগী খুনহোংলক্লুনা চকপা অমসুং থাংয়ি ফুরুপ, থাঙ্গা কম্বোংগা লোইননা খাবা শঞ্জেহ্রোংগী অকোয়বা কংলৈপুঙ থোন্দুনা মখোয়গী লৈপাক-মচা লীংখৎখিবনি। মখোয়গী মমিং য়াম্না চৎখিবা নিংথৌ নৎত্রগা লুচিংবসি খাবা শোকচ্রোম্বা, কংলৈ লৈপাক মাবা [ন:খ:স:, ১৯৬৭, ৭] অমসুং খাবা নোংজেংবা অনিসিনি। মখোয়গা নিংথৌজাগা তৌনখিবা লানগী মওং-মতৌ অমদি, মৈতৈ লাইরিক 'নুমিৎ কাপ্পা' কৌবনা খর মখৈদি ফোংদোকই।

খাবা নোংজেংবগী মতমদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা লান্দারক্লুনা মখোয়গী লৈপাক মুন্দুনা লৌখিবনি। অদুবু মখোয়না অমুক লান হৌদুনা নোংদা লাইরেন পাখংববু তাম্ফোক্লগা মরৈবাক অমুক হন্জিনখিবনি। মখোয়গীচেকশিনহৌদবা তাঞ্জাদা নোংদা লাইরেন্না মোইরাংদগী লাম্মী খোমদুনা

মখোয়গী মপুম/মামা, পুরৈরোম্বা, অঙোম নিংথৌগী ফুরুপশিংগা পুন্দুনা লান্দারকপা মতমদা মখোয়গী লুচিংবা খাবা নোংজেংববু হাংখি [মথক্কীসিদা, ৭]। লান অসি খৃঃ ৫০গী ঙকয়াদা চাওরাক্লা পাবা য়াই অমসুং মসিদা খাবশিংবু চায়খায়খিবসিদগী মখোয় অমুক হৌগৎপা ঙমদনা অমসুং অমুক হন্না মনীঙ তন্না লৈপাক অমা লীংখৎপা নৎত্রগা মাঙগ্রবা মরৈবাক্তু হন্দোকপা নৎত্রগা হঞ্জিনবা ঙমদনা য়েক অতৈগী লৈপাক-মচাশিং অমসুং চাঙলৈপাকী লমদমশিংদা চেন্দুনা অমসুং শাইদাংদুনা পানখিরম্মী। মসিগী ঈ-পাউদিঃ-

...খাবা নোংচেংপতি কেকে মোইরাং চাওপা মেললৈপা সৌগোন সানৌপনা লীরি থম্মোই তিং, লাকা তেনমৈ লাক্না য়ায়রা তেনথা ১রকতা নোংমল্‌হল্‌-এ।। খাপা লৈখোঙ কায়রে; য়াংপা মখৈ ফংনা তূম্‌হল্‌লপতা।। খাপা মরুপ অমতি অঙৌপা পুরৈরোমপতা চেনসিখিরে। খাপা ফুরুপ অমতি তাংখুল মচিপপু ওইখরে।। খাপা মরুপ অমতি নোংচুপ্‌লম চেন্‌খিতুনা মহৌ লোন্‌তাই ওইখরে।। খাপা মচেৎ অমতি অবাংলম চেনখিপনা কৌংু লাইখাতা খাপা উললেন ওইখিরে।। খাপা নোংমানপতি লাইয়িংথৌকী ফানখোঙতা চেনসিনখিতুনা কনপীরে।।... [চ:খুন:খুন:, খ:]

অসিনি। অসুম্না খাবশিংবু চায়খায়খিবসিদা মখোয়গা লাল্লোইনখিবা চকপনচিংবদুসু য়াওখ্রিবনি, অদুনা চকপা ফয়েংনা লুবাং-লৈপাক্কী লমখৈ মনুংদা, সেকমায়না খুমন লৈপাক অমসুং খুঙ্গানগী লৈপাক লীংখৎলক্লদবা হেরেম লমদম (খা শেকমায়গী লম), অদ্রোনা অঙোমগী লৈপাক মনুংদা, অসিনচিংবদা খুনবান-লৈপানখ্রিবশিং অসিনি। অসুম্না চায়খায়দুনা য়েক-শল্লাইগী লৈপাক-মচাশিংদা লৈখ্রিবশিংসি অমুক য়েক-শল্লাইগী লৈপাকশিং অদুনা নিংথৌজাগী লৈপাক্তা তীনশিল্লকপা মতমদুদা নিংথৌজাগী লৈঙাকলোনগী মখাদা অমুক হন্না চঙলকখিগনি। অদুগা হাননা খৃঃ ৫০ রোমগী মতমদা মৈদিংঙু পাখংবদা চঙজখিবা খাবা নোংমানবা/নোংঙানবগী ফুরুপশিংদি নিংথৌজাগী লৈঙাক মখাদা ঙন্না খৃঃ ৫০ রোমগী মতমসিদা তীনশিনগ্রে। হায়রিবসিগী খুদম-চাংদমদি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবদগী ১০শুবা মৈতৈ নিংথৌ উরাকোন্থৌব (খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮) গী লৈমরেন/মহারানীসি খাবা য়েক্কী নিংঙোন খাবরোন নোংজেংশূ কৌবীসিনা ওইখ্রিবা অসিনি [ম:স:ক:এ:, ১৯৯৪, ৫৩]।

## (২) চেংলৈ/শরাং-লৈশাং লৈপাক-মচা

চেংলৈ, শরাং অমসুং লৈশাং হায়বসি য়েক অমগী শল্লাই/ফুরুপ ওইদুনা মমৈথংদা চোংথোক্লরকখিবনি। মখোয় অহমসিনা পোক্লক্লিঙৈগী মমাঙগী মপী ওইবা য়েক/কাংলুপুগী মমিং, 'থাংয়ি' হায়না খঙনৈ [ন:ম:স:, ১৯৮৯, ১]। য়েক অসি য়াম্না ঙল্লিঙৈগী মতম খৃষ্ট মমাঙদা পুখত্তুনা, মেটরিয়েল কলচরশিং অমসুং কলচরেল মেটরিয়েলশিংনা মৈদিংঙু খাগেম্ব (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) গী মতমগী নংত্রগা মতুংগী ওইরগা চহিদা পঙলী লীখৎহনবা অমসুং অহানবা থাক্কী মৈহৌরোনশিংদা লাই-ৱারী নংত্রগা লাইওই-তীনওইবগী ৱারী-শীঙবুন্দা পীরগা [ম:স:ক:এ:, ১৯৯৪, ১০-১২] মী নমদুনা ওনহন্নবা হোৎনবগী ৱাফমসু লৈ।

থাংয়িশিং অহানবদা কৌব্রু চীঙজাওগী চীঙ্গোন লৈয়াংকী লমখৈ মনুং ওইবা লমদম হাওকৈদা পাল্লম্বদগী খরনা খাবা-ঙানবশিংগা পুন্দুনা খা-ঙানবা য়েক্কী লৈপাক লীংখৎমিন্নদুনা পানমিন্নরম্বা অদুগা অতোপ্পা ফুরুপ অমনা অঙোম য়েক্কী লমখৈ মনুংদা অঙোম, লুৱাং লংমাইবা অমসুং মখোয় লাল্লোইনদুনা লংমাইজীঙগী চীঙশা নাপোম, লংমাই ৱারোক/ৱাইরোক চীঙদা পাল্লম্লগা মফমসিদগী ফুরুপ খায়দোক্লদুনা চীঙখোঙ-চীঙয়াদা ফুরুপ অমা অমসুং মণিপুর তমপাক্কী লমদা ফুরুপ অমা পাল্লকখিরম্মী। খরনা কংলৈপুঙ, খা-ঙানবগী লৈপাক্তা অমসুং খরনা চেংলৈ লম্মহন/উনুংদা (খুরায়গা খোম্বীদোক্তা অনিগী মরক্তা লৈবা লমদম) দা পাল্লম্মী। থাংয়ি (চেংলৈ, শরাং অমসুং লৈশাং) সিগী ওইবা য়েক্কী লৈপাক-মচা অমা লৈরম্বগী ঈ-পাউসি মণিপুর ইতিহাসকী মতমগী ৱারোলশিংদা থেংনদে। মখোয়গী নিংথৌ শাপাইবসি খাবগী সোকচ্রোংপগী মচানুপা খাবা তরম/তরং খোইনুচাগী মীরোন্দা পানবা ওইনা খর শোথরপ তৌনা লৈমোন-লৈচোল্লমদমদা পানবা ওইনা পীরি [ম:চ:স:, ১৯৯৯, ২১]। অদুবু মদুসু লৈপাক লীংখত্তুনা পানবগী ৱাফম পীদে। অদুমকপু মখোয়সি খাবশিংগী মীচঙদা অঙোমগী মায়োক্তা য়াওরুবদুগী মখোয়গী লুচিংবা খোংচী নুঙলাইবা (থাংয়ি খোংচ্রোম্ব) গী তাল্লোই য়াওরৈবচনু, হৈয়াং মচা য়াম্লবীবু মৈতৈ নিংথৌমচা নাউখম্বা (মৈদিংঙু নাউখম্বা, খৃঃ ৪১১-২৮) না মুন্দুনা লৌখিবগী মলোম পুদুনা লৈবনা মমাঙগী মতম খরদা নিংথৌজাশিংগী মায়য়োক্তা লৈবগুম তৌই।

থাংয়ি খোংজোম্বগী তাল্লোই অতোনবী অঙোম নিংথৌ পুরেল্লোম্ব (?) গী মচানুপী শেনু লৈমনা পোকপা থাংয়ি চীঙজেং নারল পাঙলবনা নিংথৌজাশিং মথক্তা মপাদা লাকচ-খুদুম চনখিবগী লমন খুম্নবগী লানশীঙনদুনা চায়নখি। মসিদা মহাক মায়থীখি অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা মহাকপু মতমদুগী নিংথৌজাগী লৈপাক্কুদা লৈহন্দনা তাম্বোকপদগী মহাক মণিপুরগী বাংমদা মীরৈপাক-মীয়ামদমদা চত্তুনা মপুঙ্গি মতোন লোমখিরম্মী [ন:ম:স:, ১৯৮৯, ১৭]। মহাক্কী লাইওই-তীনওইবগী মচংকী বারীসি হৌজিক বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্টকী ঙাইখোং খুল্লাওগী মনাক্তা লৈরিবা পোংশঙবম খুনদা খুবম শাদুনা লাংলিবা লাইয়িংথৌ পাঙনবগী থায়নদগী চংনরকপা চীনবুঙ বারীদা ময়েক শেংনা লৈরি। অমরোমদা অমুক য়াওরৈবা চনুনা পায়মা পীবুক্কুংদা পুখিবা থাংয়ি খোংজোম্বগী ঈনা পোক্রকপা থাংয়ি নাউফং অহনবনা নিংথৌজাগী নিংথৌ ফম্বাল ফংননবা হোৎনরুবদা মায়থীরবদগী ঈকাইখাঙদা মশা মতোমতা হাৎচনুনা ময়ুমগী কা অমদা শিজরম্বগী বাফম [মথক্কীসিদা, ২০], অসিনচিংবা বাফম-বারম কয়ামুক্তগী য়েক অনিসি থরুম তৌনবগী মওংদা লৈনরম্মী। অদুবু নিংথৌজা য়েক্কী মতোল তুমখৎলক্লিবা মপাঙলগা মায়োক্লবা ঙমদবদগী খৃষ্টগী অহানবা চহি চাগী তংখায়গী মতমদগী নিংথৌজাগী লৈঙাক্লোনগী পরীং মখাদা চঙবা হৌরকপ্লবসু মথক্কী বাথোক-লাম্বোকশিংসি থোকপ্লিবনি অমসুং মরৈপাক লৌশিনপ্লবসু মুক্লবদি অদুম লৈরি, খৃঃ ৪২৮ গী মতম ফাওবদা পুকচেল তিংনা তাইশিন্নবা ঙমদ্রি।

থাংয়ি হায়বা য়েক্কী মমিং অসিদগী চেংলৈ, লৈশাং অমসুং শরাং হায়বা শল্লাইশিং (শাগৈ/য়ুম্নাক ওইরগদনা চেংলৈবম, লৈশাংথেম অমসুং শরাংথেম, হায়, 'থেম' হায়বা বাহৈসিনা লোল্লবদি নিংথৌ-শাগৈনি) সিনা পোক্রকখিবসি থাংয়ি খোংজোম্বগী মচানুপা অতোম্বা (থাংয়ি নাউফং অহনবা অমসুং থাংয়ি চীঙজেং নারল পাঙনবগী মতুংদা পোকপা) থাংয়ি তাউপুঙ/তৌবুং খোং-তৌবা/ খোংদৌবা (তৌবুঙখোক্কী খোংদু তৌখিবা মীশক) গী মচানুপা অহুম— য়োঙ্গপাথং পাথং অহনবা, য়ুনাউরোই য়ায়মবা অমসুং য়োঙ্গকামু কামু অতোনবদগী মথং-মনাউ ইন্না অমসুং কায়দনা থোক্লকখিবনি। অদুগা হায়রিবা মতমসিদদি মখোয় অহুম নৎত্রগা চেংলৈ, লৈশাং অমসুং শরাং শল্লাইগী

পুকোকশিংসি লমলেন চেংলৈ লৈশাংখোং (হৌজিক্কী বাঙ্গোই অমসুং মসিগী অকোয়বগী লমশিং) দা পল্লি। হায়রিবা লৈশাংখোংগী লম অসিদি খুমন লৈপাক্কী অবাংগী লমখেসি হৈপোকচীঙ অমসুং মকোই নোংলোনচীঙ (লাংজীঙ মচা) কাওবা শন্দোক্লবা [ব:ক:শ:, ১৯৯৮, ২৬, ৩৪] নিনা খুমনগী লৈপাক্কী মনুংদা পাল্লম্বনি। অদুবু শাংলবা মণিপুর ইতিহাসকী মতমগী মনুংদা মীরম-মীরৈপাক্তা পাঞ্জরগসু মনা-মনীন নাইদনা মখোয়গী মনীঙ-মখা তম্বগী ফিরানদু তুহন্দনা ঙাক্তুনা থল্লগা চেংলৈ লৈশাংখোংগী লমদমসিদা যুম্ফম-ফম্বী (Headquarters) ওইদুনা পাল্লকখিরম্মী। অদুগা মৈতৈ/নিংথৌজা য়েক্লা মসিবু মরু ফংনা পুম্মুৎ মুথত্তুনা মখোয়গী খুন্নাই, খুন্নাইরোন অমসুং লৈঙাক্লোন্না য়োংশনখিসিদি শক ১৪৩৪ নৎত্রগা খৃঃ ১৫১২ দনি [চৈথা:কুম:, ২০০৫, ২২]।

(খ) হাওরোক-কোছৌ শল্লাই লৈপাক

হাওরোক-কোছৌ শল্লাইসি থাংয়িশিংগী মমাঙদা লৈরম্লবা মখোয়গী মপা-মপুশিং ওইবশিংদগী ফুরুপ/শল্লাই খায়দোকখিবা অমা ওইনা লৈরম্মী। মখোয়সিনা লোকতোন ফুরুপ অমসুং কাংবা কাংখন্দগী চাদা-নাউদারকপা চেংলৈ/লৈশাং (নিংথৌ শাপাইবগী) ফুরুপশিংগা পুন্দুনা যুমলেন লুপ/শল্লাইগী লৈপাকসিদগী তোংঙানবা লৈপাক অমা চীঙথাং চীঙ (শঙাইথেনগী নোংচুপলোমদা খা-নোংচুপ পাংনা লৈরিবা চীঙশাং) গী খা থংবা তম্পাক্কী লমশিংদগী নম্বোল ফোইজীঙগী লমদম কাওবদা মনীঙ মখা তম্বা লৈপাক-মচা অমা লিংখৎলম্মী। হায়রিবা লৈপাকসি মণিপুর ইতিহাসকী মমাঙগী মতম, অঙোমশিংনা নোংপান ওইনা কৌব্রু চীঙজাওগী অবাংবা চীঙদোনশিংদা পাল্লিঙৈ, মখোয়গী নিংথৌশিংবু "সরারেন/সোরারেন" হায়বা মিংথোনসিনা খঙনরিঙৈগী মতমদা লৈরম্বনি। অদুগা হায়রিবা লৈপাকসি করম্বা মতমদা লীংখৎলম্বা য়াবগে হায়বসি খঙওমদবগী লৈরোম্নুংদা লৈরি অমসুং লৈপাকসিগী লুচিংবশিং ওইনা থবক তৌরিবসি হুইমু লৈমগী মচা লোকপগী চাদা নাউদাদা "হাওরোক" অমসুং কোছৌ" অনিসিগী চাদা-নাউদাশিংনা মরু ওইবা থৌদাংশিং তৌরম্মী।

হাওরোক-কোন্থৌশিংনা মনীঙ-তম্মা পাল্লবসু মখোয়সি নোংবান সোরারেনগী মতীক-মঙমবু শীঙথাবা অমসুং মহাক্কী মপাঙ্গলবু খঙনা পাম্লোম মখা থাবা মীওইশিং ওইরম্মী। অদুবু মখোয়গী ৱারী-ৱাখোঙসি লাই-তীনগী নৎত্রগা লাইওই-তীনওইবগী ৱারী-শীঙবুনগী পরীং অমসুং পরমদা পীবীরম্মী। মতম অমদা মখোয়গী নিংঙোন অমা সোরারেন, মৈতৈগী উমংলাইশিংগী নিংথৌ [খোয়রী: নাউ:, খ:] না খোয়দাদুনা লৌরম্মী। মহাক্না লাইয়িংথৌ সোরারেনসিগী মচাঙ্গীবুংঙো খোয়বীফাববু পীশক পীক্লিঙৈদগী নাউচেন্দুনা নাউয়োকচরকখিরম্মী। নোংমা লৈমসিনা মপাম খোঙ্গুম্লকপদা কোরৌ নোংলৈপাক্কী লাইরমচৎ, লাইনামুং চীঙ্গাক চারুবদা চীঙত্তু নোংথৌ সোরারেন্না লৈমা মহাকপু ইস্থোক্তুনা মপাম খোঙদারবী ওইহনখি। পল্লেম নাহুইনু লৈতবদগী নাউৱা খোয়রীফাবনা শাথীবা মওংদা কপখি অমসুং চীঙত্তু নোংথৌ সোরারেন্না ৱাংবরেন, থাংজীঙ, নোংপোক নিংথৌ, মারজীঙনচিংবা খোইয়ুম লাইয়াম কৌদুনা নাউথেমহনখি। মদুদা নোংপোক নিংথৌনা লৈশং খেকৱাইবা পীদুনা নাউথেম্বদা কপ্পা তোকখি হায়দুনা খোয়রীফাববু লৈশং খেকৱাইবা হায়বা মিংথোন পীখি। খোয়রীফাবনা মদুগী মতুংদা কোরৌ নোংলৈপাক্তগী কুম্লক্তুনা (চীঙদগী তম্পাক তারক্তুনা) মমাবু থিরকপদা হৌজিক্কী কোন্থৌজম খুনসিদা থেংনদুনা মমা-মচা লৈমিন্নখি। অদুগা কোন্থৌজম নিংঙোন, কোরৌলৈমা নাহুইনুসিবু "চীঙথাং লাইরেম্মা" অমসুং "কোন্থৌজম লাইরেম্মা" হায়না মিংথোন্দুনা মহাক্কী খুবম থমখি।

মথক্কী ৱারীসিবু ইতিহাসকী পরমদা মিৎয়েং থল্লগা মখা তাবা পরীং লৌথবা তারবদি মতমসিদা সোরারেন্না মখোয়গী লৈপাকসিদা লাক্তুনা কোরৌলৈমা নাহুইনুগা অমুক হঞ্জিন্নখিবসিদগী মখোয়সি মী ফুরুপ-কাংলুপকী থাক অমসুং মশক্তা খেন্নজরবসু সোরারেনগী, হায়বদি অঙোমগী লৈঙাক মখাদা চঙস্রে। অদুগা মদুদগী মতুং তারকপদনা তৌবুংখোং (তৌবুংখোক) তৌদুনা থাংয়ি খোংদৌবনা পাল্লবা মতম খৃষ্ট কুমশীঙ ৫শুবগী মতমদা থাংয়ি চেংলৈ-শরাং-লৈশাংগী লৈঙাক্লোন্দা তীন্দুনা লৈরম্বা মতমসিদদি মখোয়গী থায়নগী মরৈপাক অদু মাঙস্রে অমসুং লোইননা অতৈ য়েক্কী লৈপাক মচাশিংদা খুন্দা-লৈতানবগী শন্দোকপা হৌস্রে।

## (৩) অঙোম য়েক-শল্লাইগী লৈপাক-মচাশিং

মণিপুর ইতিহাসকী মতমদা অঙোম য়েকসিগী মনীঙ মখা তন্না অমসুং মশা-মতোমত্তা লৈঙাক বায়েঙ্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক মচাসি অনি শুরম্মী, অমনা মখোয়গী য়েক্কী মপী ওইরিবা য়ুমলেন শল্লাই, শেল্লোই-লাংমাই অমসুং অঙোম্মা লংমাইজীঙ চীঙজাওদা য়ুম্ফম-ফম্বী (Headquarters) ওইদুনা পানবা নিংথৌ পানবা লৈপাক-মচা অমা অমসুং মখোয়গী শল্লাই কাল্তেক নৎত্রগা খুয়োন-নিংঙোন-লাইতোম্না লুবাংগী লমখৈ মনুংদা লুবাংদগী মতম খর খায়দোক্নুনা খুরোই-হাওরা-লমলাংতোং (হৌজিক্কী লম্মাংদোং নৎত্রগা বিষ্ণুপুর/বিশেনপুর) দা য়ুম্ফম-ফম্বী ওইদুনা পানখিবা লৈপাক-মচা অমা অসিশিংসিনি। মখোয়সিগী বারোন্দিঃ-

### (ক) নোংমাইজীঙদা য়ুম্ফম ওইবা অঙোম লৈপাক

অঙোম য়েক্কী য়ুমলেন শল্লাইগী লৈপাক অসি মখোয়গী মণিপুর ইতিহাসকী য়ুগ/চক হৌদ্রিঙেদা কৌব্রু চীঙজাওগী অবাংবা লৈচীন/নোংনা পাইবা চীঙদোন, নোং মরক্তা পানবা নোংপান/নোংবান লৈপাক্নুদগী লৈপাক মফম কোনুং য়ুম্ফম হোংদুনা পাল্লকপনি। কৌব্রু চীঙজাওগী চীঙ্গোনগী লমখৈ মনুংদা পাল্লম্বা অঙোম য়েক্কী নিংথৌ-শাগৈসি নিংথৌজা য়েক্কী নিংথৌ-শাগৈগা পুকোক অমতদগী চাদা-নাউদাদুনা শমথরকপা মচীন-মনাও— কুপত্রেং অমসুং শেল্ত্রেং (নিংথৌজাগী পুকোক) অনিগী চাদা-নাউদা ওইনা পী [ম:স:ক:এ:, ১৯৯৪, ১, ১২৭]। অঙোমশিংনা কৌব্রু চীঙজাওগী লমখৈ মনুংদা পাল্লিঙৈদদি মখোয়বু নোংবান নৎত্রগা "সরা/সোরা" হায়না খঙনৈ অমসুং মখোয়গী নিংথৌ/ লুচিংববু "সরারেন/সোরারেন" হায়না খঙনৈ। নিংথৌজাশিংনা মখোয়দগী লাপথোকখ্রবা মতমদা চাউরাক্লা খৃষ্টগী মমাঙগী চহি ৫/১০ গী মতমদা খাবা-ঙানবা ওইরক্কদবা মী কাংলুপ-ফুরুপ নৎত্রগা খাবা-ঙানবগী মপা-মপুশিংনা কৌব্রু চীঙজাওগী লমখৈ মনুংগী চীঙথক-চীঙদোল্দা পানবা নোংবানশিংগী লৈপাক কায়বসিদা নোংবান/অঙোমগী নিংথৌ মচা খর মখোয়গী কোনুংদু থাদোক্নুনা মানা-মানা হিংগনি হায়না খনবা মফমদা চেন্নখিবনা লাঙ্গোন চীঙগী লমখৈ মনুংদা চেন্থরক্লগা মতম খর লোত্তুনা লৈরগা মফম অদুদা ময়ুম মকৈ

লীংদুনা পাল্লকখি। অদুগা চীঙশোল্লা অমসুং চীঙবাং কৌবা মচীন-মনাউ অনিনা থাপ্লা চেনখিদুনা খংখুই চীঙজাওগী চীঙ-লৈখুন/শুরুঙ্গদা লোত্তুনা শাথুপখিরম্মী।

খংখুই চীঙ-লৈখুন্দা লৈরিবা নোংবান মচীন-মনাউ অনি অসিনা "অঙোম" হায়বা য়েক্কী মমিংসি হৌদোক্তুনা [অ:খো:, খ: অমসুং অ:ক:স:, ১৯৮৪, ৩৮] খাবা-ঙানবশিংগী মপা-মপুশিংগী লানগী ঈরাং নেমথক্লবদা "অঙোম মচীন-মনাউ" হায়বা অপুনবা মমিংসি লৌদুনা খংখুই শুরুঙ্গদগী থোক্লক্তুনা মণিপুর তম্পাক্কী লমদমলোমদা কুমথরকখিরম্মী। মসিগী থম্বীরম্বা ঋারোল্দিঃ-

...অঙোম খোঙহও খোইরা খাইনা ইরককে।। *।। অঙোম মচীন-মনাওনা হওরকপতি।। খংখুই হাওগী সুরুংতকী থোরকএ।। অতুতকী সোকপাও হাওতা থুংলৈএ। অতুতকী কসোম য়োংফু লাক্তুনা চাতোংতা থুংলৈ। চাতোং হাওন লাই ওইনা লাংলে।। অতুতকী লাক্তুনা কাথেল চীঙশাং লাক্তুনা মুতাও-লুখুম কুল্লক্তুনা সন্দোন/শন্দান ঈরানফমদা থুংলরে।। অতুতা মনাউতি মরোল থোক্তরে, অতুতা করিনো, হায়রপতা অপুমপী সোরেন্ননি হায়তনা অপুমপী নীরে।। অতুতা মনাউতি মরোন থোকলে।। থোকলপা মতুংদা মচীন-মনাউনা শোইচেপ কমেংতা খুনতারে।। অতুতা পুরেরোমপকী খুলাই সেনকা মরা থোকলে, অতুতা ময়ামপনা পুরেরোমপা নঙকী ওইচরো হায়তনা মনাওতা পীরমলে।। অতুতকী ময়ামপা চীঙসোমপনা থাংকাল হাওতা চৎখিতুনা লাকলে।। মনাউকী মমিংতি অঙৌবা কৌএ।। মনাউনা অঙোম ওইরে।। অতুনা লমলাইতি মনাউকী কৈফমনে।। অতুতকী লাক্তুনা খোমমিদোক্তা খুনতারে [মথক্কীসিদা, ৩৮ অমসুং অ:খো:, খ:]

অসিনি। মসিগী মতুং তারকপদা চীঙবাং/অঙৌবনা খোম্মিদোক্তগী খুন হোংলক্তুনা খুরাই খরাই (অহোঙ) পুঙদা খুন্দাদুনা লৈরিঙৈদা থাঙ্গাল চীঙ (মকেং থাঙ্গাল, সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্ত) দা চৎখিবদু হল্লক্তুনা মচীন-মনাউ পুন্দুনা অঙোমগী অনৌবা য়েক্কী লৈপাক-মচা চাওরাক্লা খৃঃ ১০ গী অদুৱাইদা লীংখৎখিরম্মী। অদুবু নিংথৌজা য়েক্কী খুৎকন-পাঙ্গল্লবা অপানবা (পাখংবা অমা) কৌবা [খু:য়:স:, ১৯৬৭, ২১ অমসুং পা:লাই:খ:], নোংদা লাইরেন পাখংবা (নোংদা

তুকুপ্লীক) গী ময়াম্বা থোকপা অমনা মখোয় অঙোম মচীন-মনাউবু তাম্বোক্তুনা [অ:ক:স:, ১৯৮৪, ৪০] মথং মথং চেনখ্রগা শেম্লোই লংমাইচীঙগী চীঙজাওদা যুম্ফম ওইদুনা পানখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ৪০]। হায়রিবা অপানবা পাখংবসিবু খাবা-ঙানবশিংনা অমুক মায়থীবা পীদুনা কংলৈপুঙদা লৈবা য়াদদুনা মোইরাংদা চেনখ্রগা মফমদুদা হাম্নদগী মখোয়গী পুকোক কোনশৌরেন (লাইনীঙলোন্দা অতিয়া শিদবা কৌই,- মোইরাংগী থাংজীঙ অহানবা ওইখি; অঙোম, মোইরাং অমসুং নিংথৌজা য়েক অহুমসিগী পুকোক কোকলেম্নি) না লীংখৎলম্বা মোইরাং লৈপাক্তুদা নিংথৌ ওইদুনা মরিশুবা থাংজীঙ (মরক্তা খোয়রীফাবা নাউথেম্বা থাংজীঙ অমসুং খোইরীফাবা থাংজীঙ লৈ) ওইখিরম্মী।

অঙোমগী লুচিংবা/নিংথৌ পুরৈরোম্বা চীঙবাং/অঙৌবগী মতমদা অঙোম য়েকসি য়াম্না খুৎকন পাক্কনখিরম্মী। মহাক্কী মতম (খৃঃ ৫-৫৫ রোম) দা অঙোমগী লমখৈ মনুংদা থাংয়ি, লংমাই/নোংমাই, লুবাংগী মপা মপুশিংগী কাংবু অমসুং অঙোম/নোংবানগী কাংবুশিং পুনশিন্দুনা লাম্লোইনব (লানগী মতেং পীনবা) গী খুৎ (Allied force/group) অমা শেমদুনা পাম্লম্মী। হায়রিবা খুৎসিগী মতেংনা নোংদা তুকুপ্লীক (লাইরেন পাখংবা) না খাবনা লুচিংবা য়াংবশিংগী লাম্লোইনবা খুৎ, কংলৈপুঙদা পানবশিংবু মায়থীবা পীদুনা নিংথৌজা য়েক্কী লৈপাক লীংখৎখিরম্মী। হায়রিবা পুরৈরোম্বা অঙৌবসিগী মতমসিদা কংলৈ নিংথৌ নোংদা লাইরেন পাখংবনা মহাক্কী তাম্লোই লাইম্নাগী মবুং পোইরৈ-তোন্দা হেম্না নকশিনবা মিৎয়েং থম্লকপদগী অঙোম পুরৈরোম্বগী খুৎ অসি পাখংবগী মীচঙদগী থক্তোক্লকখিরম্মী। অসিগুম্বা মতমসিদা খাবা-ঙানবনা লানহৌদুনা নোংদা লাইরেন পাখংববু তানথোকখিরম্মী। পাখংবনা চেনখ্রবা মতমসিদা মহাক্কী তাম্লোই লাইম্নাদি হাম্নদগী মহাক্কী মবুং অমসুং মহাক্কী মীশিংনা লৈবা লংমাইজীঙ চীঙজাওগী লমখৈ মনুংদা চেনখিরম্মী। অদুগা থোইনু অহোংবী/অহোঙবী হায়না মমিং হোংদুনা মফমদুদা পাম্লম্মী [খু:য়:স:, ১৯৬৭, ৩৫]। মহাক অমসুং মহাক্কী মবুং (চীঙখোঙ পোইরৈতোন) না অঙোম নিংথৌ পুরৈরোম্বদা হায়জদুনা মহাক্কী মপুরোইবগী লৈপাক খাবশিংগী মখুত্তগী অমুক হম্না হন্দোক্লবা তক্লবদা পুরৈরোম্বনা য়ারদুনা মৈতৈ-লৈমা লাইম্নাগা পুম্না মোইরাংদা চত্তুনা পাখংববু লৌখৎলুরম্মী। মোইরাং থাংজীঙ (অপানবা পাখংবা)

গী তেলহৈরবা মচা-মনাই মোইরাং চাওবা মৈরেবনা হু তৈবা তেল্লা খাবা নোংজেংবা, মচানুপা শঙ্গাই তেনহনবা অমসুং মচানুপী কাকম ঈচুম্বীবু কাওনা হাংখিরম্মী [ন:খ:স:, ১৯৬৭, ৪]। মসিদগী অঙোম অমসুং নিংথৌজাগী লৈন্তাক্রোনগী মরী খর ফগৎখিরম্মী অমসুং খর ঈংথননা চহী ৫০০ (চামঙা) রোম লৈনখিরম্মী।

অঙোমগী লৈপাকসিগী ওমখৈশিংগী ৱারোল মথক্তা পঞ্জত্রে, অদুবু মতাং চাবগী খুদোংচাবদু লৌজদুনা অমুক্সু থমজরি, মদুদি— "অৱাংলোমদা লিনৱাই (ঈরীন) তুরেনগী হৌরকফম মরুগী চীঙজাও (হৌজিক্কী সেনাপতি ডিস্ট্রিক্তগী কমশোন/খমশোন খুন্দা), নোংপোকলোমদা খংখুই চীঙজাও (হৌজিক্কী উখ্রুল ডিস্ট্রিক্তগী খংখুই খুন্দা), খারোমদা ৱাইথৌ খমপুং (হৌজিক্কী থৌবাল ডিস্ট্রিক্তগী ৱাইথৌপাংকী নোংপোক থংবা পাংপান অমসুং চীঙখোঙশিং অমদি নোংচুপলোমদা খুরাই লৈকোক-লৈকায়গী খুরাই অহোঙপুঙ (হৌজিক্কী শোইবম লৈকায়গী অৱাংথংবা মচীন তেলীপতি, ইম্ফাল ঈষ্ট ডিস্ট্রিক্ত) কী কোয়শিল্লিবা লমদমশিং অসিনি। অদুগা মতুং তারকপা ঐতিহাসিক মতমদদি অঙোম য়েকসিগী কংলাসি, পুরৈরোম্বা খোংনাং মখোঙগী অঙোমগী শঙ্গাই পুল্লিবা লৈরম্বা মফম (হৌজিক্কী সার চুরাচান্দ হাইয়র সেকেণ্ডরী স্কুলগী কম্পাউণ্ডদ মনুংগী তংখায় ফাওবা) অসিদা ওইরম্মী [মিয়াং, খ:]। অঙোমগা নিংথৌজাগা য়েক অনিসিগী মথক থংবা তান্নবগী ৱাথোকসি মতম অয়াম্বদা কুপশিন্নবা হোংনৈ। অদুবু ঐতিহাসিক কাল (Historical period) তা থোকখিবা ৱাথোক-লাছোক খরদিঃ-

(i) মৈদিংঙু উরা কোম্থৌব (খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮) গী মতমদা অঙোমশিংনা হাওকপ চীঙশাং, খুনফম ঙাংজেং লান্দাবা লাকপদা মৈদিংঙু-মনাই নুংবান কদেম শোইশেনবা/শোইফম্ববু থীনা তৌরম্মী হায়দুনা মৈদিংঙুসিগী লাম্মীনা নাগ তুরেনগী খোংবান্দা লুমদুনা লৈরগা অঙোমশিংনা হল্লকপদা লমখাঙদা থত্তুনা লান্দারগা অঙোমগী মী য়াম্না হাংখিরম্মী। মসিগী মলোম্না অঙোমগী শেল্লোই লংমাইজীঙদা মখোয়গী নিংথৌ ৱাংমৈ লাছাবা পুরৈরোম্বগী মচানুপী লংমাই পেংতংঙা লৌদুনা য়াওঙ ইন্দ[illegible] লৈরিবা মৈদিংঙু উরা

কোন্থৌবগী অহমশুবা মচানুপা খুঙ্গাওবা (মতুংদা মৈদিংঙু নাউথিংখোং ওইরকখিবা) যু হাংনবা হোৎনরুবদা পেৎতংঙানা কন্দুনা খুমন লৈপাক্তা চেনহনখি। [ও:ভ:স-২:, ১৯৬৭, ২৪-৩০]।

(ii) মৈদিংঙু তাউথিংমাং (খৃঃ ২৬৪-৩৬৪) গী মতমদা মৈদিংঙুসিনা লৈপাক্কী ঈথুম্বগী অৱাবা কোক্লবা তুরেন খোংনুংশিং তেংবা অমসুং অনৌবা তুরেন খর তৌবদা লিলোংদগী ঙাংলৌগী পরীংসি তুবৎ শমদুনা তুরেন তৌগে হায়বদা অঙোমগী ফুনাল চীঙদা পানবা ফুনাল তেলহৈবনা থিংলম্মী অমসুং মদুগীদমক্তা তাউথিংমাংগা ফুনাল তেলহৈবগা খুৎ থোক্লদুনা লাম্বেংনবদগী তাউথিংমাং মাযথীবা ফংখি [চৈথা: কুম:,২০০৫, ২]।

(iii) মৈদিংঙু সমৈরাং (খৃঃ ৬১৮-৬৮) গী সনা হাক্তক্তা অঙোম নিংথৌসি ক্বাকপা থৱাম্বাবনি হায়না পীরম্মী [মথক্কীসিদা ৪], অদুবু ক্বাকপা থৱাম্বাবসিনা নোংপোক কাওশোম্বা [লিম্বোইঙম্বীগী মপা, লিম্বোইঙম্বীসি মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা (খৃঃ ১৪৩২-৬৭) গী লৈমরেন্নি] পোকপনিনা মসি অতোপ্পা ক্বাকপনি হায়না লৌজে [অদুনা কুম্বাবা ঈডিট তৌরিবা অখণ্ড-অহৈ অনিসিগী মৱা লৌবীগনু]। মৈদিংঙু শমৈরাংনা চাক খাঙদুনা লাম্মী খোম্লগা অঙোম নিংথৌ/পুরৈরোম্বসিগী মথক্তা লান্দাদুনা মহাকপু হাৎখিরম্মী [মথক্কীসিদা ৪]।

(iv) মৈদংঙু পুরানথাবা (খৃঃ ১২৪৭-৬৩) গী হাক্তক্তা অঙোম য়েক্কী লৈপাক্কী মনুংদা লৈবা খোংজী য়াইনরোক্তা খুন্দাবা চকপশিং (অম্রোগী ফুরুপ) গা নিংথৌজাশিংগা লান থেংনখি [মথক্কীসিদা, ১৪]। মতম অসিদা অঙোমশিং অসি নাকল অনিমক্কী মীচঙ অমতদা লেপখিবা উদে। মরম অসিনা অঙোম অমসুং নিংথৌজা য়েক অনিসি অমুক য়েংথীনরবসু অমুক চাননা, অমুক য়েংথীনরুরবসু অমুক হন্না চাননা তৌদুনা ইতিহাসকী খোঙজেন্দা মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবগী মতমদগী চেম্বমিন্নরকপসিনা অঙোম য়েক্লা মৈতৈগী লৈঙাক্লোনগী চাওগোয়নুংদা চঙলকখিবসি, হায়বদি মখোয়গী মরৈপাক নিংথৌ পানবা লৈপাক-মচাদু তীনশিনখিবসি মৈদিংঙু লোইয়ম্ব (খৃঃ ১০৭৪-১১২২) গী ম্না

হাক্তগীদি শোয়ম্রে হায়না লৌবা য়ারে, মরমদি মতমসিদা মৈতৈ/নিংথৌজাগী নিংথৌগা অঙোম নিংথৌগা অনিসি চারৌ-মৌরৌনদুনা মশেন-মবাই ওইনবগী মথক্তা অঙোম নিংথৌ কম্বোংফাবা (হাওকৈ লাম্বাবা) সি মৈতৈ নিংথৌগী ফম্লাইবশিংগী ফম্বৈদা ফম্বা ফম্লাইবা অমা ওইরে [মথক্কীসিদা, ৯ অমসুং ও:ভ:স:-২:, ১৯৬৭, ৮১-৮২]। অসুম্না অঙোমগী য়েক্কী লৈপাক খৃঃ ১১৯০ গী অদুবাইদগী মৈতৈ লৈপাক্তা চুপশিনখ্রে।

(v) মৈতৈ/নিংথৌজাগী নিংথৌনা অঙোম নিংথৌসি মহাক্কী লৈঙাক ফম্বৈগী ফম্লাইবা অমা ওইনা লৌরকপসিদগী হায়রিবা ফমথোনসি হাপ্লদা মৈতৈ নিংথৌনা খুৎ চঙলক্তুনা মমৈথংদদি মৈতৈ নিংথৌনা অঙোম নিংথৌ হাপ্লগী থবকসি পায়শিনখিরম্মী। হায়রিবা ফিভমসি ওইদুনসু মীওম-তৌওম্বা, মীবু লাকথুগনবা মীতাগী অঙোম নিংথৌশিং খরনদি মৈতৈ নিংথৌশিংগী মায়োক্তা অঙোমগী পুক্কক থাঙ হাইগৎখি। খৃঃ ১৫২৩ দা মৈদিংঙু লোংয়িন ফাব (খৃঃ ১৫২৩-২৪) না মশা চহি ৯/১০ দদা নিংথৌ ওইবগী মতমসিদা ৰয়িসু নত্তনা অঙোম্না চা-শঙবা (অঙাংবা মচু ওইবা) উরেকশং (উরোক মতুগী লৈতেং) চীনবা য়াদে হায়না নিংথৌপোকপী মমা খয়োয়রোন চংনীংফাবী, অঙোম নিংথৌ ক্যাম্বসি মরুম্বী ওইনা ওঙনরিবীনা হায়রুবগীদমক্তা মমা-মচা অনিমকপু চহিদুমক্তা (খৃঃ ১৫২৪ দা) হাৎখ্রিবনি [চৈথা: কুম:, ২০০৫, ২৩]। অদুবু হায়রিবা থৌদৌসি খৃঃ ১৫০৪ দা অঙৌপাম্বা লোইজা ঙম্ববু ঈকাইবা পীখিবা [মথক্কীসিদা, ২১] অসিগী লমন খুম্বা ওইনা খৃঃ ১৫১০ দা লোইজাঙম্বা অঙোম নিংথৌগী মচানুপী, মৈতৈ নিংথৌ কোইরেম্বদা ওঙবীবু কোইরেম্বনা হিয়াঙ্গে হিদোংবদা করেম-কথায়নৈ হায়বা মরাল শীদুনা খায়নহনবা অমসুং মদুদগী মৈতৈ নিংথৌসিনা অঙৌপাম্বা লোইজাঙম্ববু মফম লৌথোকপা অমদি মদুদা অঙোমশিংনা লানহৌবদগী মৈতৈনা অঙোমশিং তক্তুনা তাকপমখৈ হাৎখিবা [মথক্কীসিদা, ২১-২২] সিগী মলোম থরুম্মনি।

(vi) মৈদিংঙু কবোম্বা (খৃঃ ১৫২৪-৪২) গী সনা হাক্তক্তা অমসুং মৈদিংঙু তাংজাম্ব (খৃঃ ১৫৪২-৪৫) গী মতমদা অঙোমশিংসিদা নিংথৌজাগী নিংথৌনা করিসু তৌবা ঙমদনা লৈবসিদগী অঙোমশিংনা মরাই হাগৎনা পাল্লম্মী।

অঙোমশিংনা মখোয়গী মথক্তা মৈতৈশিংনা পুরিবা মল্লোম, থরুম, নিংথৌ বারুম শামু বারুম অমসুং লমন খুম্নবগী অচেংবা তাঞ্জা য়েংলি হায়বসি খল্লমদে। মৈদিংঙু ক্যাম্বগী ঈগী নিংথৌরোল খল্লদুনা মৈদিংঙুচা শনোংবা লাল্লুম খোম্বগী চাদা নাউদাদগী নিংথৌ খন্দুনা মৈদিংঙু চালাম্বা/চলাম্বা (খৃঃ ১৫৪৫-৬২) না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। মতমসিদা মৈদিংঙুসিনি অঙোমশিংগী মথক্তা লমন খুম্নবগী মল্লোম চেংনা পুরিবসি। মরম অসিনা খৃঃ ১৫৪৮ দা অঙোম নিংথৌ ওইরম্বা ক্যাম্বা শিখিরম্মী। মসিদগী মৈদিংঙু চলাম্বনা শরৌ শীন্দুনা লৌতুনবগা মীশক-মীশা খঙহন্দনা অমসুং মকম-মরাং খঙহন্দনা অহিংদা অঙোমগী মথক্তা লান্দাশিন্দুনা অঙোম নিংথৌ লাংলোইঙম্ববু হাংখিরম্মী অমসুং মহাকপু হাংপদা নম্ভনা অতে অঙোমগী মীশিংবু মখুন-মরৈ তাকপা মখৈ খৃঃ ১৫৪৯ সিদা হাংখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ২৫]। অদুগা নোংঙাল্লগা করিসু তৌদবা শাদুনা চোংথামগী নুরা ফাববু অঙোম নিংথৌ হাংখিবগী মরান্দা হাংখিরম্মী অমসুং অঙোমগা থাজনবা মওং-মতৌদা পুথোক্তুনা তাইশিন্নবা হোংনরম্মী [মথক্কীসিদা, ২৫]। অঙোমশিংনসু মখোয়গী মপাঙ্গল শোল্লবগী তাঞ্জা থোক্তুনা থম্মোইদা থরুম পুরবসু করিসু খঙদবগী মতৌ উত্তুনা নিংথৌজাশিংনা চান্নবগী তাইশিন্নবা তৌরক্কিবদুদা তেশিন্নরম্মী। মরম অসিনা মৈতৈ নিংথৌ চলাম্বনা খৃঃ ১৫৫০ দা অঙোম নিংথৌ তুশোনঙম্ববু অঙৌপাম্বা পুরৈরোম্বা (অঙোম নিংথৌ) গী ফম থিন্দোক্লম্মী। হায়রিবা অঙৌপাম্বসিসু থরুম পুরিবা মীশক্লিনা মহাক মথন্তনা লাল্লুমদুনা চলাম্বনা মথন্তা লৈবা মতমদা হাংননবা থৌরাং তৌরুবদগী মৈতৈশিং খঙখিদুনা মহাক্লা ফম্বাল কাবা চহীদুমক্তদা মফম খঙহন্দনা পুথোকখ্রগা শিফম-নাফম খঙহন্দনা লোয়শিনখিরম্মী। অদুগা মৈতৈ নিংথৌগী মীনা মাঙ্খ্রবা তুশোনঙম্ববু থিজিন্নরগা ফংদ্রে হায়দুনা হল্লক্লগা পাউদমখি। মদুদা অঙোম নিংথৌগী ফম্বাল হাঙবা য়াদে, লৈপাক মরা চেংলোয় হায়দুনা মৈতৈ নিংথৌবু হায়হল্লগা অঙোমগী ওম্মাবু অঙৌপাম্বা লাল্লুমঙম্বা হায়বা ফম্বাল-মিংসি পীদুনা অঙোম নিংথৌ খৃঃ ১৫৫১ দা হাপখিরম্মী। অদুগা মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী নিংঙোন থারোইঙম্বী পীশিন্দুনা অঙোমশিংবু থোম্নবা হোংনরম্মী [মথক্কীসিদা, ২৫]।

অঙৌপাম্বা ওম্মা, লাল্লুমখোম্বসি তশেংনমক লাল্লুবশিংবু খোম্বা/ফাবা মীশক্তি। মহাক্না মৈতৈ-নিংথৌজাশিংনা ফনা য়াম্না চেংনা-লোম্না অমসুং হৈ-শিংনা হোৎনরবসু অঙৌপাম্বা লাল্লুমখোম্বা (ওম্মা), মনাউশিং— লম্ফেলঙম্বা, কারেং শঙফাবনচিংবগা লোইনদুনা লোম্না শেমগৎলিবা লাম্মীনচিংবদি করিসু খঙবা ঙম্মমদে। মরম অসিনা খৃঃ ১৬৫৯ গী অথেংবা মতমদা অঙোমশিংনা মৈদিংঙু চলাম্ববু হাৎননবা অমসুং মৈতৈ লৈপাকপু লৌননবগী থৌরাং শীল্লকখিরম্মী। থৌরাং অসি শীল্লকখিবগী মরমদি মতমদুদা অঙোম অমসুং নিংথৌজাগী নিংথৌশিংনা চাম্না-চিম্না লৈরিঙৈসিদা কংলৈ লৈকোয় পুঙগী মতাই, ইম্ফাল তুরেনগী নক্লা ঈশিংচাবা লমদা লৈরিবা অঙোম নিংথৌ লাল্লুমখোম্বগী মচানুপী অঙোম শীজ নৎত্রগা নোংবাল্লোন লৈরাংবীনা লোইদাম থাজগী লৈরাং লৈশাং তম্ববু লৈরাং লৈমৈ খকপগী মকোক লুজগে হায়রদুনা তুরেনগী হিদেন কুম্নক্কুনা চেঙহী শম্বাল লাংনবা থোরকপদা মৈদিংঙুচা পাখংবগা উনদুনা ব্বারী-ব্বাতাই শারম্মী। ফজবা হৈরাং উরগা চানীঙবা মশানা তাবনা নোংবাল্লোন লৈরাংবীবু মৈদিংঙুচা পাখংবনা নমজা-নমথেক্কদুনা লৈরাং লৈহী চুপথোকপীরবগী খোয়জী মিহুন লাংনা চনু চরৈ চিনববু লোইদাম থাজ মরি মপুঙ ফারবগী ব্বাথোক্করবদা মৈদিংঙুচাদি লোৎখিদুনা অঙোম চনুনা ঈকাই শঙ্গোয় হাঙলবদা লৌরেম্বা কামুদা থাজখিদুনা অঙোম নিংঙোনগী ঈকাইবা কন্নখিবা [মা:লাং:, খ:], ঙরাং-নহান্দা মথোকখি। লৌবসু লৌবীরোয়দবদা করিগী অঙোম চনুবু ঈকাইবা নংহনবগে, অদুগা মৈদিংঙুচা মশানা শক লোৎখিদুনা করিগী মতমদু ফাওবদা চেংথোক্কক্রিবনো, হায়বা ব্বাফমশিংসিগা থায়নদগী নুংঙাইনরক্তবগী মথক্তা নমথাক তৌদুনা অঙৌ লাংলোইঙম্বা অমসুং তুশোনঙম্ববু হাৎখিবগী মল্লোমগা লোইনখিবনি। অঙোম নিংথৌগী অখন্নবা লাল্লোইশিংনা মৈদিংঙু চলাম্বগী নাতুমচীঙ মনাক অমসুং চীঙঙাংলেনগী মরক্তা লৈরিবা কোনুংদা চঙলক্কুনা লান্দাররে। মৈদিংঙু চলাম্ববু মখোয়গী মংশৎ (মংকৎ= মংদা কৎনবা পোৎলম) তাব্দুনা হাৎলে, অদুবু মৈদিংঙুচা থাংব্বাই নিংথৌ ক্যাম্বদি (মুংয়াম্বগী অহানবা মমিং, মুংয়াম্বা, খৃঃ ১৫৬৩ দা কৌদ্রিঙৈদা কৌরম্বা মমিং) লোৎখিবদুদগী কোনুংদুদা চঙলক্রিবনিনা লৈরমদ্রে। মসিগী মতুংদদি অঙোমশিংনা ফোংনা মৈতৈ লৈপাক লৌরে, মখোয়গী ওইরে হায়না লাউথোকদ্রে।

মৈতৈ লৈপাক্তা মৈতৈ নিংথৌ পাম্রদুনা অঙোম নিংথৌনা লৈঙাক-ৎবায়েন থৌদা তৌদুনা অঙৌ পানবা লাল্লুম খোম্বনা নিংথৌ ওইদুনা (খৃঃ ১৫৫৯-৬২) পাল্লম্মী। মতমসিদা মৈদিংঙুচা থাংবাই নিংথৌ কিয়াম্বা/ক্যাম্বা, খুরায় লমদম থাদোক্কুনা মমা মৈতৈলৈমা লমফেনঙম্বী পুদুনা মনীঙ (নোংচুপ) পাংনা চেল্লক্কুনা খ্বাই লৈকোক লৈকায়গী লমদম লান্দুনা চেনম্লগা খা-নোংচুপলোমদা হাইখিদুনা লমলেন নম্বোনগী লমদম য়ৌখিরম্মী। মফমদুদা খুদোং চাগদবা লম য়েংলকপদা কবো-ৎবাক-চীঙদা পানবনা ফরে হায়না মমা-মচা খন্নদুনা মফমদুদা শাথুপ্পুনা লৈখিরম্মী। মরমসিদগী মহাকসিবু, "নম্বোল কৌবাকচীঙ (কবো-ৎবাক-চীঙ = কবো লমদমগী ৎবাক নৎত্রগা ৎবা হৌবা চীঙ) দা পানবা থাংবাই নিংথৌ ক্যাম্বা" হায়নসু মিংথোন্নে। অঙোমশিংনা লৈপাক পাল্লকপা মতমসিদা মৈদিংঙুচাসিগী লৈফমসি খঙবা ঙমখিদে। অদুগা মতমসিদা হুরান-চীঙ্খী কন্‌খৎলকখি, হুরান-লান্নগী মীহাৎ-মীফা তোয়খৎলকখি অমসুং মচাশিংবু অচৌবশিংনা তুহৎপগী থৌদৌসি তত্তনা থোক্লকখিরম্মী। অসুম্না অঙোমশিংনা লৈপাক পানবা ঙল্লক্রে, মখোয়না ফনা হোৎনদুনসু হুরানবসু ফাবা ঙমদে, মীহাৎপসু থিবা খঙলমদে। মরম অসিনা মখোয়গী অঙম-অথৌশিং তীন্নদুনা করি তৌগদবগে হায়না খন্নরবা মতুংদা মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী মতীক চাবা মীশক অমদা মৈতৈ লৈপাক শীন্নম্লসি হায়দুনা লেপ্লরম্মী। মখোয়না মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী মৈদিংঙুচা লৈফমসু থিবা খঙলক্তবনা মতমদুদা লমলেন চীঙঙা চীঙনা কোনবা লমদমদা মপান ফনা পাল্লিবা মৈদিংঙু চলাম্বগী মমা অতোনবীনা পোকপা চীঙঙা য়াঙবা কৌবা নুপাসিগী মফমদা মৈতি নিংথৌ ফম্বাল শীন্নরসি হায়না য়ানরদুনা মৈতৈ নিংথেমচা চীঙঙা য়াঙবগী মনাক্তা অঙৌপানবা লাল্লুম খোম্বা ওম্মানা লুচিংদুনা লমফেনঙম্বা, কারেংশঙফাবনচিংবা অঙোমগী অঙম-অথৌশিং লাক্কুনা চীঙঙা য়াঙবগী মফমদা মৈতৈ লৈপাক শীন্নখিরম্মী [ব:ক:শ:, ১৯৯৬, ৩ ]। মতমসিদা অঙৌপাম্বা লাল্লুমখোম্বনা অঙৌপাম্বা, অঙোম নিংথৌগী ফমসি থাদোক্লগা মনাউ লম্ফেনঙম্বগী মফমদা খৃঃ ১৫৬২ গী অঙনবা মতমদা শীন্নখিরম্মী।

অঙৌপাম্বা লম্ফেন ওম্বসু কুইনা অঙোম নিংথৌগী ফম্বান্দা ফম্নমদে। মহাক্কী মতুংদা খৃঃ ১৫৬৭তা কারেং শঙ্কফাবদা অঙোম নিংথৌগী ফম্বাল শীন্নখিরম্মী। অদুবু অঙৌপাম্বা কারেং শঙফাবসি কুইনা ফম্বালসি ফম্মু হায়বা তন্নক্কবা মাল্লি, মনোং নোংশীঙ শুরবগী অমন থরে কুমখিবনা মনাউ ঈবুংঙোশিং থোকপা লনহাংঙম্বনা অঙৌপাম্বগী ফম্বাল ফমখিরম্মী। হায়রিবশিংসি অঙোম অমসুং নিংথৌজা য়েক অনিসি নিংথৌজাগী নিংথৌশিংগী লৈঙাক ব্রায়েন মখাদা পুন্না খুৎশম্নদুনা চত্থরক্লিবনি। অদুগা অঙৌপাম্বা লনহাংঙম্বসিনা খৃঃ ১৫৯৩ দা শিরগা মচানুপা মুংয়াংচাইবনা খৃঃ ১৫৯৫ দা অঙৌপানবগী ফম ফংহৌখি [চৈথা:কুম: ২০০৫, ৩১] হায়রিবা অঙোম-নিংথৌসিনা খৃঃ ১৬০৭ তা অরানবা থবক তৌবদগী মৈতৈ নিংথৌজাগী নিংথৌ খাগেম্বনা অঙোমগী মী য়াম্না হাৎখিরম্মী। মদুদা অঙোম য়েক্কী নিংথৌ-মচাগী শল্লাইগী শরুক খরগী খুন্তাক লৈতাকপা থোকখিরম্মী অমসুং অঙোম নিংথৌসিবুসু শুগুদা লোই থারম্মী [মথক্কীসিদা, ৩৪]। অদুবু খৃঃ ১৬০৬ কী ময়াংলান্দা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা অঙোম নিংথৌমচা স্না পুথি/বুদ্ধিগী য়েংদুনা মৈদিংঙু খাগেম্বনা অঙোমগা অমুক তাইশিন্নখি। হায়রিবসিগী মতুং তারকপদদি অঙোমশিং মৈতৈ নিংথৌগী প্রজা অমমম ওইবগী মিৎয়েং মখাদুদা চত্থদুনা ইতিহাসকী ঈচেল চেন্থরকখি।

## (খ) লম্মাংদোংদা যুম্ফম ওইবা অঙোম লৈপাক

লম্মাংদোং (বিষ্ণুপুর/বিসেনপুর) নংত্রগা খুরোই হাওরা লমলাংতোংদা যুম্ফম-ফম্বী (Headquarters) ওইদুনা লৈরম্বা অঙোমগী ফুরুপ/শল্লাই অসি ফাম্ভেক হায়না খঙনৈ। মখোয়গী পুকোক ওইরিবা ''খোইতোম/খোইদোম'' হায়বসি লুৱাং নিংথৌ পুম্নিবা হোংঙনেমনা মচা শক্লা য়োক্লকখিবনি। খোইদোমসিগী মমা তীন্নবা মনাউ মান্দোমসি লুৱাং নিংথৌ পুম্নিবসিগী মচানি। মখোয়গী চাদা নাউদাগী শীবীরল্লিবা পরেংদিঃ-




অসিনি। খোইদোমগী মনাউ মান্দোম্না লেরা খোংনাং হায়বা লুৱাংগী শল্লাইসি চাদা নাউদাখি। খোইদোম, মান্দোম মচীন-মনাউ অনিসি মপা তীন্নদ্রবসু পুন্না চৎমিন্নে, কোয়মিন্নে অমসুং লোইনৈ, খক থাদোক্লদে। মখোয় অনিসি লুৱাংগী য়ুমলেন ওইবা শল্লাইগী লমদম লুৱাং মকুবী চীঙগী পামংখুন [নাউ:ফ:কা:,খ:] থাদোক্নুনা লাক্লগা খুরোই হাওরা লম্লাংদোংগী লমদমসিদা খৃঃ ২৫০ রোমগী অদুৱাইদা খুন্দাখিরম্মী। অদুগা মখোয় অমসুং লেরা খোংনাংগী কাংলুপসিগা পুন্দুনা মনীঙ-মখা তম্বা অপীকপা লৈপাক মচা অমা লীংখৎলকখিবসিদি মখোয়গী লুচিংবা “ফান” অমসুং লেরা-খোংনাংশিংগী লুচিংবা লেরাগী মতম চাওরাক্লা খৃঃ ৩০০ গী মতম অদুৱাইদগীনি। মখোয়না মখোয়গী লৈপাকসি লীংখৎলকখিবসি মোইরাং ঈৱাংশিংগী ঈথিনগী শাফুদগী মাল্লি। মরমদি মোইরাংগী থাংজীঙনা লৌরিবা নুপী অয়াঙ লৈমা কবোকচায়বী হায়রিবীসি “লেরা লৈমা লৈশন থানবী [র:ঙ:ফ:, ১৯৮৪, ১] হায়না কৌই অমসুং

মমিংসিনা তাক্লিবদি ঈবেন্দৌ লেয়া নিংথৌগী মচা নুপী নৎত্রগা লেয়া মী-কাংলুপকী নুপা অমগী মচানুপীনি হায়বনি। অদুনদি মসি লেয়া-খোংনাংগী মী-কাংলুপসিগী লেয়া নিংথৌসি খোক্লিবা/লৈত্রিবা মখেদি য়াদে। লেয়া-খোংনাংনা লুবাং অমসুং ফানতেক্লা অঙোম ওইনা কাংলুপ অনিমকসিনা পুন্না পীংখৎমিন্নখিবা ফানতেকশিংগী লৈপাক্লি।

ফান্তেক্কী খুরোই হাওরা লমলাংতোংদা কোনুং ওইদুনা পাল্লিবা লৈপাক-মচাসিগী খ্বাইদগী হেন্না মমিং চৎপা অমসুং খুৎকন-পাঙ্গনবা নিংথৌদি শোক্লাইবা নৎত্রগা ফান্তেক শোক্লাইবা (শোঙনাইবা) হায়বসিনি। মহাক্কী মতমসিদা লৈপাক-মচাসিগী খ্বাইদগী হেন্না অৱাংবা থাক্তা কাবা অমসুং লৈপাকসি মুৎপগী মতমসুনি। হায়রিবসিগী তেল্লবা ৱারী-ৱাখোঙদিঃ-

ফান্তেক শোক্লাইবসি খুমন নিংথৌ চীঙখোঙ থোজ্রাইবগী মচানুপী লৌই। মহাক্কী মতমসিদা মোইরাংদা পুরিক্লাই উরা খুন্দাবনা পাল্লি, মহাক্কী মমিং চৎলবা লাল্লোই কাকলেন নোংতংসূচা অমসুং খুমু লৈরিচাম্বা অনিনা মোইরাং লৈপাক্কী খা-ৱাং ঙাক্তুনা পাল্লি। পুরিক্লাই উরা খুন্দাবসি মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবা (চাওরাক্লা খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮) গী মচাঈবেন্মা তন্ফা ৱাংঙমলোন নাউরেমতোন্না পোকপনি [ও:ভ:, ১৯৮২, ৪৮-৫০] অমসুং মপু/মথৌগী মমিংদগী উরা হায়বা মমিংসি লৌদুনা মহাক্কী মমিংসু থোনখিবনি [মথক্কীসিদা, ৫০]। ফান্তেক নিংথৌ শোক্লাইবসিনা অসিগুম্বা অকন-অথৌশিংসিগী মতমসিদা মহাক্কী খুৎকন-পাঙ্গনবসি উৎননবা অহোঙ লোইরেন খৈবগী অহোঙ কুম্মৈ তৌরম্মী। থৌরমসিগীদমক্তা মহাক্লা মকু নিংথৌ চীঙখোঙ থোজ্রাইবনচিংবা ময়াম্বু পাউজেল থাদুনা কৌরম্মী। ফান্তেক শোক্লাইবা নিংথৌসিগী কন-থৌরবা লুৱাং লাল্লোই তরেৎ হায়বদু লৈরম্মী [ব:ক:,শ: ১৯৯৮, ৫৩-৫৪, অমসুং ও:ভ:, ১৯৮২, ৬০]। অহোঙ কুম্মৈসিদা ফান্তেক শোক্লাইবনা মতমদুদা কন-থৌবদা মমিং চৎলিবশিংগী মনুংদগী অমা ওইরিবা মপুবোক চীঙখোঙ থোজ্রাইবগী অককপা মকোক্তু মহাক্কী কুম্মৈ য়েংবা লাকপশিংদা উৎনীঙদুনা মহাক্কী লাল্লোই তরেত্তুদা মকোক্তু কক্কক্লনবা য়াথং পীরম্মী। মসিদা চীঙখোঙ থোজ্রাইবনা ফান্তেক নিংথৌগী মীথুংশঙদা লৈরিঙৈদা মচানুপীনা লংলা-লংজীন পীদুনা ফৌশু ঈশৈ শক্লকপাদগী

খঙলদুনা মহাক্না লৌশিঙ তৌদুনা ফাম্ভেকী লৈপাক্কগী নাহ্মোকখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ৫৮-৬১, অমসুং ব:ক:শ:, ১৯৯৮, ৪৯-৫৫] মদুদগী খুমন নিংথৌনা মোইরাং নিংথৌ উরা খুন্দাবদা লান পাংবীনবা হায়জরক্লম্মী অমসুং মদুদা মোইরাং নিংথৌনা য়ারদুনা খুমন অমসুং মোইরাং লাল্লোইননবগী য়াফম লেপ্লখিরম্মী।

অমরোমদা খুমন নিংথৌনা মরৌ হৈনা নাহ্মোকশ্রবসিদা ফাম্ভেক শোক্লাইবনা মোইরাংগী অরাংগী লমথৈদা লৈরিবা কাকলেন নোংতংসূচাগী মকোক কক্লগা পুরক্লবা মহাক্কী লাল্লোই ৭ তুদা য়াথং পীরম্মী। অদুবু লাল্লোই ৭ তুনা মদুদি মখোয়গী মপাঙ্গল অমসুং মথৌনা লৈতে, হায়বদগী কাকলেন নোংতংসূচাগী তাল্লোই হাওনু কৈশিতোনবীগী মকোক পীয়ু হায়না য়াথং পীদুনা লাল্লোই তরেত্তু মোইরাংলোমদা লাক্লম্মী। মখোয় ৭ না তাঞ্জা য়েংলগা হাওনু কৈশীতোম্বীগী মকোক ককুনা পুরক্লগা লমথাঙদা পোথাদুনা তুম্লিঙৈদা কাকলেন নোংতংসূচানা তান্নরকুনা মখোয়বু মশম মশম পুনশিন্নদুনা থল্লগা মখোয় ৬কী মঙক ককুনা হাংলগা মহাক্কী নুপীগী লুখা থানখি। অদুগা লুরাং/ফাম্ভেক লাল্লোই অমদি নাহ্মোক্কুনা মথরাই পুদুনা চেনখিরম্মী। অসুম্না ফাম্ভেক শোক্লাইবা অঙোম নিংথৌ মপাঙ্গল শোল্ছহনখি।

মোইরাং অমসুং খুমনগী লাম্মীশিংনা মখোয়গী নিংথৌ অনিনা য়ানখিবগী মতুংইন্না অপুনবা লাম্মীদুনা ফাম্ভেকী কোনুংদা লান্দাখিরম্মী। মহাক্কী লাল্লোই তরেৎসু মসিগী মমাঙদা মাঙহনশ্রবনিনা মহাক্কী মপাঙ্গলনা খুমন-মোইরাংগী অপুনবা লাম্মী থেংনবা ঙমদবদগী মহাক হৌজিক্কী ঙাংখররাই অদুদা লোম্না চেন্দুনা লোংলগা মথরাই হিংখিরম্মী। অসুম্না অঙোমগী ফুরুপ/শল্লাই অমগী লুরাংগী লমথৈ মনুংদা মরিশুবা খৃষ্টগী কুমশীঙ চামগী অন্‌রাই হৌগৎলকপদা লীংখৎখিবা মনীঙ-মখা তম্বা লৈপাক-মচাসি খৃষ্ট কুমশীঙ ৭০০ কী অদুরাইদা খুমন অমসুং মোইরাংগী লাল্লোইনবা মপাঙ্গল্লা থুগায়খিরম্মী [মথক্কীসিদা, ৫৫-৫৬ অমসুং ও:ভ:শ: ১৯৮২, ৬২-৬৫]।

## (৪) লুৱাং য়েক্কী লৈপাক-মচা

লুৱাং য়েক খৃঃ ১০ গী অদুৱাইদা লৈনুং লমদমগী খুমনুং লৈপাক্কী শৱা কংলৈদা পানবা নিংথৌ মচা চীঙখোঙ পোইরৈতোন্না মৈত্ৰবাক্কী লমখৈ মনুংদা লমদেং-লমহাম (হৌজিক্কী লমদেং খুঞ্জাও) দা খুন্দারবদা মহাক্কী মচানুপা শীঙদবুঙনা শম্বোঙপুনেম্বা চনু পানুনা পোকপা মচানুপা অহন মপাগা মমিং চপ মান্নবা কৌবা পামিংনবা (শীঙদবুঙ II/২শুবা) দগী চাদা নাউদারকপনি। পামিংনবসিনা অমুক নুংবান খুনথিবা নংত্ৰগা নুংবান পোনবী লুৱাউবা পোক্লম্মী অমসুং নুংবান খুনথিবসিনা খুন্দাফম খুনথিবা মতমদা চীঙগী মনুং হঞ্জিনবা মফমদা লৈবা চীঙ অমদা লমদেংদগী খুন হোংদুনা পানখিবদগী মহাকপু নুংবান খুনথিবা কৌখি। মহাক্না পানখিবদা মফমদুবু লা-অৱাংবা (চীঙদোন অৱাংবা) চীঙনি হায়দুনা লাৱাংচীঙ [ব:ক:শ:, ১৯৯৮, ১৬] হায়না কৌখিরম্মী। হায়রিবা মফমসিদা মণিপুর ইতিহাস, কলচর অমসুং লাইনীঙলোন্দা মমিং লৈরবা হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা পোকখিরম্মী। হোঙনেম অসিনা মহাক্কী মতমসিদা মবুধৌ পোইরৈতোন্না খুনবান-লৈপাক্লম্বা লমদেংগী ন:ফমদুগী খা-নোংপোক ওইরপ্না, মফমদুদগী কি:মি: ২ রোম লাপ্না লৈরিবা ঈরোইশেনবগী চীঙশাং পরেংগী নোংচুপথংবা চীঙমায়দা লুৱাং মকুবীচীঙ হায়না চীঙশা অমদা থোন্দুনা চীঙদুদা "পামং খুন" হায়না কৌবা খুন শেমদুনা মহাক অমসুং মহাক্কী শাগৈ-নাতৈ পুন্নমক খুন্দাখি। হায়রিবা লুৱাংনিংথৌ হোঙনেম অসি মৈদিংঙু তাউথিংমাং (খৃঃ ১৬৫-৩৬৫) গী মচন নুপী ৱাংঙম্লোন লাইরোকলেম্বীনা পোকপী কৌবরোন নামোইনু হায়রিবী অদুগী মচানুপানি। মরম অসিনা মহাক্না লুৱাংগী মনীঙ মখা তন্বা লৈপাক মচা অমা লীংখৎখিবসি খৃঃ ৪০০ গী অদুৱাইদা ওইবা য়াই। হায়রিবা অসি (ক) লুৱাংগী য়ুমলেন শল্লাইগী লৈপাক্কি। মফমসিদগী চৎখিদুনা লুৱাংগী নাউদা শল্লাইগী মনীঙ-মখা তন্বা মশাগী মরৈপাক মরমদম হৈরেম লমদমদা পানবা (খ) খুঞ্জান শল্লাই লৈপাক, অমসুং মরমদমনা অতোপ্পা য়েক্কী লমখৈ মনুংদা পানবা (গ) লুৱাং লংমাইবা শল্লাই লৈপাক পীশক, (ঘ) লুৱাং ফুনান-তেলহৈবগী শল্লাই লৈপাক পীশক অমদি (ঙ) থাঙ্গা-কম্বোংগী পীকপ্রবা লৈপাক-মচাশিং লীংখৎনরকখি। অদুগা মফমসিদগী চৎখিদুনা নোংয়ায় খুমন লৈপাকসু লীংখৎলকপা অমসুং নৌনা শেমজিন-শাজিনবা

**(Reconstruction and reformation) তৌরকখিবনি। অদুবু খুমনশিংঙ্গী লুৱাংগা পেন তীন্নবা (মবেন/Grandma তীন্নবা, অমত্তা ওইবা) ওইনা লৌদদুনা অতোপ্পা য়েক ওইনা থম্মী।**

**(ক) লুৱাংগী য়ুমলেন শল্লাই লৈপাক-মচা**

লৈপাক-মচা অসিগী অহানবা লীংখৎলকপগী ৱারম খর মথক্তা থমজম্রে। হোঙনেম, লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী চাদা-নাউদা মহাক্কী মঙাশুবী নুপী, ঙানুরোন থোংঙাইবচনুনা পোকপা মচানুপা অহল লুংবা [খুমন য়েক্কী হকথেংনবা (Immediate) পুকোক] গী চাদা-নাউদা নত্তনা অতৈ মচাশিংগী চাদা-নাউদাশিংদি "লুৱাং" হায়রগা খঙনৈ অমসুং ওই। লুৱাংশিং অসি মখোয়গী য়েক্কী মমিংসি কৌদ্রিঙৈদা নুংপান/নুংবান (করিগুম্বদা "নোংবান" হায়না ইশিল্লম্বসু য়াওই) হায়না খঙনরম্মী। লুৱাংশিংনা য়োক্লকপদগী অঙোম/নোংবানগী চাদা-নাউদা ফান্তেকপুসু লুৱাং ওইনা পুশিন্নে। লুৱাংশিংগী খ্বাইদগী ঈহান হানবা নিংথৌ ওইনা শীঙথারিবসি মথক্তা পঞ্জখিবা চীঙখোঙ পোইরৈতোন অদুনি [ম:চ:স:, ১৯৭৯, ৫৪-৬]। অদুগা পোইরৈতোনসি খুমনগী অহানবা নিংথৌ ওইনসু শীঙথাই [মথক্কীসিদা, ৯-১০]। লুৱাং য়ুমলেন লৈপাকসি পোইরৈতোন্না লমদেং-লমহামদা কোনুং ওইরগা লমদেংগী অকোয়বদা লৈরিবা লমশিংসি লৈঙাক্তুনা পাল্লম্বগী ৱাফম পীরি [নুং:পোম্বী:লু:, খ:]। অদুবু হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী ৱাফম (মথক্তা পীজখিব) সিনা হৌজিক্কী মিৎয়েংদা অচুম্বগী মমি তাই। লুৱাং পুন্সিবগী মতমসিদা লৈরম্বা লুৱাং য়ুমলেন শল্লাইগী লৈপাক-মচাসিগী লমখৈদি— অৱাংলোমদা ঈহারায় (হৌজিক্কী অৱাং শেকমায়গী অৱাং ঈথং থংবা খুন্দোন), নোংপোক্লোমদা ইম্ফাল তুরেন, খারোমদা লমফেন পাৎ, তাকয়েন পাৎ অমসুং লাংজীঙ মচা (মকুই নোংলোনপাই) অমসুং নোংচুপলোমদা হৌজিক্কী শিংদা খুন, খুরোই হাওরা লমলাংতোংগী থোংজাওরোক তুরেন ফাওবনা কোয়শিল্লিবসিনি। লুৱাং-নিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমনা মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবগী মচানুপা খুঞ্জাওববু মহৈ-মশিঙ তম্বীদুনা মতম খর য়োকপীরকখি হায়দুনা মহাকপু হোঙনেময়োঙ্গী (হোঙনেম্মা য়োকপা) খুঞ্জাও (বা)" হায়না কৌই। হোঙনেম লুৱাং নিংথৌসি লুৱাং পামং খুনসিদা খৃঃ ৬৬২গী অদুৱাইদা নোঙ্গাখিরম্মী অমসুং মহাক্কী অশি' থৌরম

পাংথোকপদা মৈদিংঙুচা খুঞ্জাওবা (নাউথিংখোং) অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌখি [নাউ:ফম:কা, খ:]। লুবাং নিংথৌসিগী মতমদগী লুবাংশিংসি নিংথৌজা য়েক্কী লৈঙাক্লোনগী মখাদা লৈবা হৌরে [ও:ভ:স: ১৯৬৭, ১৫] অমসুং মৈদিংঙু নাউথিংখোং (খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩) গী সনা হাক্তক্তদি লুবাং য়ুমলেন লৈপাকসি মৈতৈ লৈপাক্তা চুপশিনখ্রে, হায়বসি মৈদিংঙুসিনা লোইচীঙ-ফৌওইচীঙ [হৌজিক্কী শঙাইথেলগী নোংপোক্তা লৈরিবা মাকলং খুন্দগী নোংচুপলোমদা চীঙলোন অনি কাখৎলগা লৈরিবা চীঙলৈপাক্কী মফম, মফমসিদা মঙাং কৌবা মী কাংলুপ্তুনা পাল্লম্মী (মথক্কীসিদা, ৩৪-৩৫)], হায়রিবা লুবাংগী য়ুমলেন শল্লাই লৈপাকসিগী লমখৈ মনুংদা লৈবা লমদমসিদা খুনপানবা মীশিংগী মথক্তা লান্দাদুনা মখোয়গী নিংথৌ মঙাং কোনখুচা অতেংববু হাৎখিবা অসিনা তাক্লি [মথক্কীসিদা, ৩৪-৩৫]।

লুবাংগী য়ুমলেন শল্লাইসিগী লৈবাকসিগী নিংথৌশিং অমসুং মীওইশিংসি মৈতৈ নিংথৌগী অঙম-অথৌগী থাক্তা লোইনরকপসি মৈদিংঙু নাউফংবগী মতমদসু খর মখৈ উবা ফংঙি [মথক্কীসিদা, ১৫]। হোঙনেম লুবাং নিংথৌগী মখা তারকপা লুবাং নিংথৌশিংগী মতমদা লুবাংশিংগী কোনুংসি লমফেন পাৎপান্দা, কোইরেঙ্গৈগী লুবাং-শঙফম/শংবদা, অসিনচিংবদা হোংদুনা পান্নখিবগী খুদম ফংই। অদুবু কোনুং হোংজবগী রাফমদনি, লৈঙাক্লোনগী চুপ্লী নৎত্রগা লুবাংজৈ (Administrative staff or spetre) দি নিংথৌজা য়েক্কী নিংথৌশিংনা পায়খ্রবনি।

(খ) হৈরেম লমগী খুঞ্জান লৈপাক-মচা

"হৈরেম" লমদম হায়বসি "ঈরেম", কেগে, ঙাংঙোই, থৈরৈ, লেমলৈ, অসিনচিংবা লমতুপ খঙনবা মমিংনি। অদুগা লমদমসি লুবাং য়েক্কী শল্লাই অমনা মনীঙ-মখা তল্বা লৈপাক লীংখত্তুনা পাল্লম্বা লৈপাক্তুবুসু অমসুং য়েক্কী লুপ– শল্লাই অদুবু মণিপুরগী ইতিহাসকারশিংনা "হৈরেম-খুঞ্জান (হৈরেমগী, হায়বদি হৈরেম লম/লমদমগী "খুঞ্জান" হায়বনি)" হায়না খোল্লম্মী অমসুং খঙনরম্মী। হৈরেমগী লমদম, খুঞ্জান (মসিগীদি শাগৈ/য়ুম্লাক "খুঞ্জানময়ুম" হায়না লৈ) শিংনা লৈপাক-লীংখৎলকদৌরিবা মফম/লমদম নৎত্রগা লৈয়াৎ/লমতুপসি অহানবদা নোংয়ায় খুমনশিংগী মরমদম ওইরম্মী।

হৈরেম খুঞ্জান লৈপাকসিগী অহানবা উরেপ শীনখিবদি লুৱাং যুমলেন শল্লাইগী খ্বাইদগী হেন্না অথোইবা নিংথৌ হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা হায়বসিগী তাল্লোই অহানবী চীঙনুং হাওবচনু হায়বীসিনা পোকপা মচানুপা লুমচেং তাউবা/ হনবা হায়বসিনি অমসুং মহাক্না খুঞ্জান লৈপাক মচাসিগী নিংথৌ শাগৈসি পোক্লম-শাংলম্বনি [খা:য়ুম্বী:, খ: অমসুং ম:স:ক:এ:, ১৯৯৪, ২০, ২৯৯]। মখোয়গী নিংথৌ শাগৈসিগী পীবীরম্লিবা চাদা-নাউদারোল্দিঃ-




অসিনি [মথক্কীসিদা, ২৯৯]। লৈপাকসিগী নিংথৌশিংসিগী মরক্তা পানা অমসুং চীঙচরোই থাপানবা হায়বা অনিসি অপুনবা লুৱাং য়েক্কী নিংথৌসু ওইখিরম্মী। অদুগা লৈবাকসিনা খুৎকন পাঙ্গনবগী থাক্তা কারকখিবসি মখোয়গী অহুমশুবা নিংথৌ "পানা" সিগী মতমদগীনি অমসুং মহাক্কী তাল্লোইসি মৈতৈ নিংথৌজা য়েক্কী নিংথৌ মৈদিংঙু নাউথিংখোং (খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩) গী মচাঙ্গীবেম্মা ৱাংঙমলোন্নি। মবম অসিনা মহাক্না পাল্লম্বা মতমসি মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মতমদা খৃঃ ৭০০কী মতম অদুৱাইদনি। হৈবেমগী খুঞ্জাশিংগী মনীঙ মখা তম্বা লৈপাকসিগী কোনুংসি "হৈরেম খেরেচীঙ ("খেরে" হায়বসি কবো/ শানশিংগী মবোনগী ৱাহৈনি, ৱাহন্দোক্লা "ৱা"/Bamboo হায়বনি, অদুনা

হৈরেম খেরেচাঙ হায়বদি হৈরেম লমদমদা লৈবা বা হৌবা চাঙ, হায়বনি), "খুঞ্জান লাম্লুমথেন" কৌবা চাঙ (চাঙসি হৌজিক ককচাঙ খুনমন, এরোদ্রোম লৈরিবদুগী খা-নোংপোক্লোমদা লৈরিবা লমদুগী মমাঙ/নোংপোক ওইরগ্না শেকমায় তুরেনগী হৌরকফম মরু য়ৌদ্রিঙৈদা লৈ) অসিদা ওইরম্মী। অদুগা লৈপাকসিগী লমখৈনা অৱাংলোমদা লৌশী-থম্লান (লৌশী-পাৎ), নোংপোক্লোমদা মরীংগী চাঙশাং, খারোমদা শুগু-শেরৌ অমসুং নোংচুপলোমদা লোক্তাক পাৎকী নোংপোক থংবা পাৎপান ফাওবনি।

হৈরেমগী খুঞ্জান লৈপাকসিনা খ্বাইদগী হেন্না খুৎকন-পাঙ্গনবা মতমসি ১২শুবা খৃষ্ট কুমশীঙচাগী অনিশুবা তংখায়দগী ১৬শুবা খৃষ্ট কুমশীঙচাগী অহানবা মশুঙ ফাওবগী মতমসিদনি। অদুগা মতমসিদা পাল্লম্বা নিংথৌসি লোম্বদগীনা থিংবোং বায়বা ফাওবগী নিংথৌ অহুমসিনি। অকোনবগী নিংথৌসিগী মতমসিদা খুঞ্জানগী কন-থৌরবা, শা-লানগী মহৈ-মশীঙ হৈরবা অমসুং অতৈনা চায়ননবা শীঙনবদা কিনববা "হৈরেম খোঙঙা খোঙতেকচা" হায়বসি লৈরম্মী। অদুনা খুমনশিংনা মহাকসিগী লমহেন-তুহেনবা মচৎ-মতৌসি য়াম্না হৈনরমদে [চায়নরোন, খ:]। অদুগা মতমসিদা খুমন লৈপাক্তা অদোন পুন্সিবা খুরেনচনবা অমসুং মৈতৈ লৈপাক্তা মৈদিংঙু থবানথাব (খৃঃ ১১৯৫-১২৩১) না পাল্লম্মী। হৈরেম খুঞ্জানশিং অসিনা খুমন লৈপাক্লা/মচাশিংনা তৌরকপা চাওখৎ'-থৌরাংনচিংবা থবকশিংদা অশীঙনবগা লোইননা চপ মান্না-মান্ননা পাংথোক্নুনা কায়হৌবগুম তৌরম্মী [থ:হিরান, খ:]। মরম অসিনা খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা য়াম্না নুংঙাইতনা থরুম তৌদুনা লৈরম্মী, অদুগা অমরোমদা হৈরেম খোঙঙা খোঙতেকচানা তৌরকপা খুমনগী নুপী অঙাং য়েনশাং হেকপা অমসুং মীচমশিংনা ঙা ফাবনচিংবদা শীঙনদুনা থিংলকপগী ঈ-পাউসু তত্তনা লাক্লম্মী। অমরোমদনা মহাক মহাক্কী মচানুপী খয়োইরোল শমফবীবু মৈতৈ নিংথৌ থবানথাবনা লৌবা অমসুং মহাক্লা থবানথাবগী মচানুপী বাংঙমলোন কাইনৌ চাঙখৈথানবী লৌদুনা নুংঙাইনা পান্নরিঙৈদা মৈতৈ নিংথৌনা মচানুপীবু লৱাই লূতোন্দা তরেংয়োংনা লেঙদুনা হাত্তোক্লগা খুমন লৈপাক্তা থিল্লকপগী অশাও-নুংঙাইতনা লৈরম্মী। মহাক্লা মচানুপী মরান লৈতনা মৈতৈ নিংথৌনা তবোন্নবীশিংগী শরৌ লাংথাক্তগী হাৎখিবনি খঙলকপদগী মৈতৈ নিংথৌ

হাত্তুনা লমন খুমনবগী থৌরাং লৌখৎপদা হৈরেম খুঞ্জানশিংগা নুংঙাইনদবশিংদুদা থৈজিন্দুনা মখোয়গী মথক্তা লান্দাবদা মতেং পাংবীয়ু হায়দুনা মৈতৈ নিংথৌ থবানথাবদা পাউ থারক্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌ তেংবাংদু লাকপা মতমদা হৈরেম খুঞ্জানগা লাম্ছেংনরক্লগা মৈতৈ নিংথৌনা হল্লকপদা খুমনগী কোনুং যেন্ত্রা লৈকোয়বুঙ (হৌজিক্কী ময়াংইম্ফাল কোঙ্কাক মমাঙ লৈকায়দা লৈরি) দা কৌশিল্লগা কোয়শি-ন্দুনা হাৎননবা শরৌ শীল্লম্মী। অসুম্না খুমন অমসুং মৈতৈগী অপূনবা লাল্লোইনবা লাশ্মীনা লান্দাদুনা হৈরেম কেরে/খেরে চীঙদা কোনুং ওইদুনা পানবা খুঞ্জান লৈপাক্তু খৃঃ ১২২৫ গী অদুবাইদা খুঞ্জান নিংথৌ বায়া খুরোমগী মতমদা থুগায়খিরম্মী।

হৈরেমদা পাল্লস্না খুঞ্জানশিংগী মরৈপাকসি থুগায়ব্রবা মতমদুদা খুঞ্জানগী নিংথৌ বায়া খুরোমগী মচানুপা নিংঙোল কাপ্মিনচিংবা খুঞ্জান মচা খরদি খারোমদা চেনখিদুনা মথবাই হিংননবা লোৎনখিরম্মী। অসুম্না লোৎনব্রিবশিং অসিনা মতম খরগী মতুংদা চাইরেন থৈচংপুঙদা যুম্ফম ওইদুনা অনৌবা লৈবাক মচা অমা শেমগৎলক্লম্মী। মখোয়গী অনৌবা লৈপাক অসি মৈদিংঙু তেলহৈব (খৃঃ ১৩৩৫-৫৫) গী সনা হাক্তক্তা মৈতৈ নিংথৌজাগী লাশ্মীশিংনা ইম্ফাল তুরেন্দা হি তোংদুনা চৎলগা লান্দাদুনা থুগায়রম্মী। হায়রিবা চাইরেন থৈচংপুঙগী লান অসিদা মৈতৈনা খুঞ্জানগী অথৌবা অহুম, মমিং পন্দুনা হায়রবদা থারুক য়োঙ্গথোংঙাই, হনবা কোনখুনাউ অমসুং হন্নু কোছোংঙাই কৌববু ফারকখিরম্মী [চৈথা:কু:, ২০০৫, ১৬]। মফম অসিদগীসু খুঞ্জানগী মী খর অব্বাংলোমদা হাইগত্তুনা চেনখিরম্মী অমসুং অসুম্না চেনখ্রিবা মীওইশিংনা থৌবাল তুরেনগী ঈশিং চাবা লমদা থাঙ্গ কম্বোংগী লৈপাক লীংখৎখিরম্মী।

## (গ) লুবাং লংমাইবা শল্লাইগী লৈপাক-মচা

"লুবাং লংমাইবা" হায়বসি শেল্লোই লংমাইচীঙ নৎত্রগা নোংমাইচীঙ চীঙজাওনা কোনবা লমদম, অঙোমগী লংমাই/নোংমাই শল্লাইনা পানবা লমদমদা লৈবা লুবাংশিংবু খঙনৈ। মখোয় অসি অরিবা মী কাংলুপ অমগুম লুবাং য়েক্কী যুমলেন শল্লাই নৎত্রগা য়েক অসিনা পোক্তিহৈঙেগী মমাঙদা প্রোটো-লুবাং ফুরুপ ওইনা অমসুং মখোয়গী লুচিংবা/নিংথৌ "লুবাং লংমাইবা" হায়বা অমা লৈরবগুম

পীবীরম্মী [পা:লাই:,খ: অমসুং খু:য়:স:, ১৯৬৭, ২০, ২১, etc.]। হায়রিবা লুবাং লংমাইবা অসি নিংথৌজাগী মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা (খৃঃ ৩৩/৩৪-১৫৪) বু নিংথৌ ফম্বালদা থাঙ্গৎপদা মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবা মীশক অমা ওইনা পীরি, মদুদিঃ-

...অবাং নোংলৈপুং সনা চীঙদোনলেনগী কারেন অহম্মক্তা অঙৌবা পুরৈরোম্বনা য়িমমিং কারেন থং, লুবাং লংমাইবনা য়িম্‌মাঙ কারেন থং চীঙঙু লংবা অপানবা নিংথৌ সনা তরেংবনা পরিং কারেননুং য়ুমলেম কারনয়ায়দা শমু খুদুম চন্না মদোম থৌদাখিয়ে [মথক্কীসিদা, ২০]।

অসিনি। মফমসিদা পীরিবা লংমাইবসি চীঙখোঙ পোইরৈতোন নংত্রগা থবায়রেন (থোঙঙারেন) অহনবা (পোইরৈতোনগী ময়াম্বা অহন) নত্তনা কনাসু নত্তে, মরমদি পোইরৈতোনসি মতমদুদা লংমাইজীঙগী লমখৈ মনুংদা তাইতল সুনা-চীঙ নংত্রগা অন্দ্রোগী লমদমদা লৈরি [ম:চ:স:, ১৯৭৯, ৪১-৪২]। অদুগা থোঙঙারেন/থবায়রেন অসিগী মরমদা পীবীরম্লিবনাঃ-

ঐদি কংলৈ পুংফারে, পুল্লাং য়ুহৌরে, থোকঙমলোইএ। শানৌ চীঙখোঙ পোইরৈতোন-ও ! লৈমা লৈনাউতাবীবু ঙাইরোইননা তাইবংপান অথোইবদা খুহোক-ও ! ...॥ লৈনুং থবায়রেন অহনবা লাইরেন হুমজাউববু লৈনা শানা শিন্নরে। মালেম খুলনিং শেম নিংথৌ সনা তরেংবদা লাইসনা হৈরোংনিংথৌ চনুবু শমু খুৎশিন্নরে॥ অবাং নোংলৈপুঙ সনা চীঙদোনলেনগী কালেন অহম্মক্তা অঙৌবা পুরৈরোম্বনা য়িমমিং কারেন থং ...[খু:য়:স:, ১৯৬৭, ২০]॥

হায়বসিনি। অদুগা পোইরৈতোনগী মচা শীঙতাবুঙ শীঙমিংনবা হায়বসিদি পোইরৈতোননা লমদেং লমহামদা খুন্দারবা পাখংববু ফম্বালদা থাঙ্গৎপা অসিগী মতুংদা লমদেংদা পোক্কদৌরিবনি [ম:চ:স:, ১৯৭৯, ৬০-৬১]। অদুবু "পাখংবা লাইহুই/ফম্বাল কৌবা লাইরিক্তা পীরম্লিবা লুবাং লংমাইবা অসিদি পোইরৈতোন নংত্রগা থোঙঙারেনসিগী মশক লোৎশিন্দুনা পীরম্বনি নংত্রগা

পোইরৈতোন আসিবু লুৱাং য়েক্কী অহানবা নিংথৌ ওইনা পীরম্লনা মহাকপু লুৱাং লংমাইবা ওইনা, লংমাই/নোংমাইজীঙগী লমখৈ মনুংদা লৈবা/খুন্দাবা অদুদগী পীরম্লনি, হায়না থাজৈ।

লুৱাং লংমাইবগী লুৱাং য়েক্কী শল্লাই অসিবু "খাগেম্বা য়ুম্বী" কৌবা মৈহৌবরোনগী লাইরিক (Genealogical book) তদি "লুৱাং লংমাইচীঙ অেংপা" হায়না পীবিরম্মী অমসুং মখোয়গী নিংথৌ শাগে শমথরকপগী পরীংদিঃ-




অসিনি। লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচানুপা লুংবা অহনবা অমসুং নুঙথোংঙাই অতোনবা অনিনা মমা ঙানুরোন থোংঙাইবচনুনা মপা লুৱাংনিংথৌগা খায়নরবদা মমাগী মতুং ইন্দুনা লাকখিরম্মী। মদুদগী মমানা মতমদুগী খুমন নিংথৌ তুমাহাব [ম:স:ক:এ:, ১৯৯৪, ২০৮] দা ওংবদগী লুংবনা তুমাহাবনা মচা ওইনা য়োক্লুনা খুমন ওইখি। অদুবু নুঙথোংঙাইদি মমা, ময়াম্বা অমসুং খুমন লৈপাক থাদোক্লুনা চৎখ্রগা লংমাইচীঙগী লমদম্দা চৎখিদুনা লৈখিরম্মী অমসুং মহাক্না লুৱাং লংমাইবা কৌবা মচানুপাসি পোকখি। নুঙথোংঙাইগী মচানুপা অসিনা

ঐতিহাসিক পাত্রগী খ্বাইদগী ঈহান হানবা লুবাং লংমাইবনি অমসুং মহাক খৃঃ ৩৫০ গী মতমদা শেল্লোই লংমাইজীঙ লমদমদা লৈরম্বা য়াই। মখোয়সিগী লুবাংগী ফুনাল তেনহৈবগী শল্লাইসি খৃঃ ৬৫০ গী মতমদা পাবা য়াই।

## (ঘ) ফুনাল তেলহৈবা শল্লাই লৈপাক পীশক

ফুনাল তেলহৈবা হায়বসি ফুনালচীঙ (হৌজিক্কী থৌবাল ডিষ্ট্রিক্তকী লমদা সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্তকী মনুং চন্না লৈরিবা ফুনাল মরিংগী চীঙ) দা পাল্লম্বা অঙোমগী শল্লাইনি। খ্বাইদগী ঈহান হানবা ফুনাল তেলহৈবসি মৈদিংঙু তাউথিংমাং (খৃঃ ২৬৪-৩৫৪) গী সনাহাক্তক্তা মৈদিংঙুসিগা লাম্ছেংনখিবা ওইনা পীবীরম্মী, মদুদি—

শক ১৮৬ (খৃঃ ২৬৪) দা তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইএ।। ময়াম্বা য়োইমোংবগা লোইনদুনা মণিপুর লৈপাক্কী তুরেন খিবিক অসুম তৌথখিবদা লিলোং হেক য়ৌবদা ফুনাল তেলহৈবা কৌবা অমনা ঐগী লমদা তুরেন তৌফদে হায়বদগী ময়াম্বা য়োইমোংবনা নোংচুপ পাংনা থৈথখিদুনা তৌপ্রবদা মনাউ তাউথিংমাংনা ইয়াম্বা কয়া কুইপ্রবগে হংবদা ফুনাল তেলহৈবনা কুইপ্রে খুমএ।। তাউথিংমাংনা ইয়াম্বা ফংনবা তুবৎ শমগে হায়বদা ফুনাল তেলহৈবনা ইরমনি চৎফরোই, হায়দুনা লান শোকনৈএ।। ফুনাল তেলহৈবগী তেন্না তাউথিংমাংবু কাপখায়এ।। খোয়রি লিনশাং থোক্তুনা ঈনা ঈঙাঙ ঙাঙনা তাউথৈএ।। অদুগী ঙাংলৌ কৌখিএ [চৈথো:কুম:, ২০০৫, ২]।।

অসিনি। হায়রিবা ফুনাল তেলহৈবসিনা পায়রিবা লীরুং-তেন্দোং অসি চীঙঙু সরারেন নৎত্রগা অঙোম নিংথৌ অঙৌবা পুরৈরোম্বগী অখাক-অরাউ য়াওবা লীরুং তেন্দোংদুনি। মসি মহাক্না হায়রিবা পুরৈরোম্বসিগী চাদা-নাউদা ওইনা ফংহৌরগা পায়হৌবনি।

ফুনাল তেলহৈবসিনা লংমাই/নোংমাইজীঙ চীঙজাওদগী কুমথরক্তুনা ফুনাল চীঙসিদা পানবদগী মহাক্কী চাদা-নাউদা মীরোন ৪/৫ ফুনালচীঙদা পানবা ফুনাল তেলহৈবা ওইনা শমথরক্লগা মুৎখিরম্মী। অকোনবগী ফুনাল তেলহৈবসিদা চোথে কাংলুপকী নহা অমনা মহৈ-মশীঙ তমদুনা খঞ্জরম্মী। মদুদা অঙোমগী অরোয়বা ফুনাল তেলহৈবসিনা মহাক্কী লীরুং তেন্দোং য়াইওইবা,

অখাক-অয়াউ য়াওবা তেন থোকহনবা গুস্না খুৎশু-খুৎলাইসি শীন্নরম্মী। হায়রিবা চোথে-ফুনাল তেলহৈবসিসু ফুনাল-চীঙদা পান্দুনা ফুনাল তেলহৈবা হায়বা মিংথোল অসিগী মখাদা মমিং চৎখিরম্মী অমসুং মহাকসি মৈদিংঙু শামৈরাং (খৃঃ ৫১৮-৬৮) গী মতমদা লৈরম্বা ওইনা পীবীরম্মী, মদুদিঃ-

...মৈদিংঙু শামৈরাং (খৃঃ ৫১৮-৬৮) না অব্রাবু খুদুম চনগে হায়দুনা লোইবী চীঙশাং লাকপা লোইবী ফুনাল নিংথৌ তেলহৈববু হুয়েল থৌনেক্তুনা অব্রা লৈপাকপু অকনবা হুয়েন লাহৈংনরবদা... অসিনি। অসুম্না ফুনাল তেলহৈবা অসিনা মমিং চৎপা পানবা অসিদগী খুমন নিংথৌগা য়েংথীনরক্তুনা চোথে ফুনাল তেলহৈবসিনা লুব্রাং ফাননবা নৎত্রগা লুব্রাং লংমাইবগী ফুনাল তেলহৈবদা লীরুং তেন্দোংনচিংবা শীন্নরম্বগী ব্রাফমশিং পীরি, মদুদিঃ-

...ইপুথৌ (চোথে ফুনাল তেলহৈবা) অসিবু খুমন নিংথৌ কচেং ব্রায়েং মাঙবগা পাথৌ মরুপ শান্নদুনা তরা চাক্টৌরগা তরা তোকপগী ব্রাংলেন ঙাইহাক পোত্থাদুনা তুমখুল হুল্লিরৈদা ইপুথৌবু শমু মিৎলাং অনিমা হন্দোক্লগা করেম্নবদগী খুমন তাকপা তারবদা মৈতৈ নিংথৌনা কুমদুনা খামজিন্দুনা খুমনবু কনবীরন্নগা ইপুথৌবু হাওকপ চীঙশাং (হৌজিক্কী লিবরেল কলেজ লৈরিবদুগী নোংচুপ্তা শন্দোক্লিবা চীঙশাং পরেং) য়ৌনা থিনবীরক্তুনা থন্নন্নগা হনখিয়ে। মতুংদা ইপুথৌগী থৌগল ফংবীনবা কনা হন্না লৈখিদ্রবদা লুব্রাং ফানানবনা হাওকপ চীঙশাংদা লাক্তুনা থৌগল লাঙ্গন্দুনা লৈরময়ে। ইপুথৌ চোথে ফুনান্না শিরমদাইদা ইপুথৌ লুব্রাং ফানানবগী মফমদা মখৃৎশূ লীরুঙগা তেনতোং য়াইখাউগা পুঙ অসিমগা হাওকপ চীঙশাংবু শীন্নরময়ে। মতুং অদুদা ইপুথৌ লুব্রাং ফানানববুসু ফুনাল তেলহৈবা হায়না কোম্লোয় মিঙৌদুনা পাল্লবদা ইপুথৌ অসিনা হোঙনেমশুন্নী পান্নদুনা নুঙকাংপামপকা অয়াঙচামপগা অনি পোক্তুনা অয়াঙচামপনা ফুনান নিংথৌ ওইদুনা পোৎলম(শিং) অসিবু ফংদুনা হাওকপ চীঙশাংদা অমুক পাল্লে।

নুঙকাংপাল্লনা লংমাই নিংথৌ চনু পান্নরগা তমদা কুমদুনা মপারী মোরাম্বা পোক্লুনা হিতম য়ুম্নাকনে য়াংঙম্বম য়ুম্নাকনে ওইখিয়ে।

ইপুথৌ ফুনান নিংথৌ অয়াঙব (অয়াঙচাম্ব) না লংমাই নিংথৌচনু মংশাঙগী (মোলশাম-পাম্বী) পান্নদুনা লম-নিংথৌগা খানিংথৌগা মপারী অনি পোকয়ে। লমনিংথৌনা শল্লাম য়ুম্নাক ওইদুনা য়ুমদাদুনা তমদা থৌগল্লরে।

ইপুথৌ খানিংথৌনা হাওকপ চীঙশাং মনিংথৌবা ওইহৌদুনা লীরুং তেন, উতোং খাউয়াইগা পুঙয়াই অসিবু ফংলে। ইপুথৌ খানিংথৌনা ঙানুথুম্বী পান্নদুনা মপারী অয়াঙচাম্বগা ফৈতেম্বগা অনি পোকয়ে। ইপুথৌ ফৈতেম্বনা হাওকপ চীঙশাং মনিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। ইপুথৌ ফৈতেম্বনা পোক্লম্বা মপারী য়াংঙম্বা (য়াংথৌবসু কৌই) না হাওকপ চীঙশাং খুবম অমুক তানফংলে। হাওকপ চীঙশাং য়াংঙম্বনা মপারী লুবাং লেম্বা পোকয়ে। ইপুথৌ লুবাংলেম্বনা শম্বু নিংথৌ পোক্লুনা... [মথক্কীসিদা, ১১৭-১১৯]
অসিনি। অসুম্না লুবাংফানানবা, ফুনান তেলহৈবনা হাওকপ চীঙশাং, খুনফম ঙাংচেংগী লমদা লুবাংগী ফুনান তেলহৈবা শল্লাইগী লৈপাক পীশক লীংখত্তুনা পাল্লিবা অসি মৈতৈ নিংথৌজা য়েক্কী লৈঙাক্লোনগী মখাদনি। মসি য়াম্না ঙন্না নিংথৌজাগী লৈঙাক্লোনগী মনুংদা চঙখ্রবসু লুবাংগী লৈপাক্কী লমসিদি লুবাং য়ুম্লেনগী য়ুম্ফম-ফম্বীগা নক্লুনা খৃঃ ১০০০ রোম ফাওবা লৈরম্বা য়াবা লৈপাক পীশক্লি।

(ঙ) থাঙ্গ-কম্বোংগী পীখ্রবা লৈপাক মচা

থাঙ্গ-কম্বোংশিং অসি লুবাং খুঞ্জানশিংদা নপশিল্লকপা মীওই ফুরুপনি। মখোয়গী মনীঙতম্বা লৈপাক মচাদি লৈতে, অদুবু মীখা থাবা মী ফুরুপ ওইনা লৈপাকমচা অমখক থৌবাল তুরেনগী ঈশিং চাবা লমদা মতম খর লৈরম্মী। মখোয়গী নিংঙোন অমা মৈদিংঙু নাউথিংখোং (খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩) না লৌরম্মী। মসিগী ৱারোলম্দিঃ-

**...অদোন নোংয়ায় খুমন লৈমা শংতিংঙানবী কমবোংথেমচনু নাপা নারুম কাংবীনা লাইরেন মনেমমচা হোঙনেময়োয় খুঙ্গাও, লোক-য়ী শেল্লোইনাইবু লমওক্লুগে হায়না ইন্দাল্লকপদা মদু কম্বোং মীকৌনবদি নুমিৎপুদি তুমিৎ কৌয়ে। থেঙলববুদি পাৎলবা কৌয়ে। তুমিৎ পাৎলকলে, লাইরেন মনেম-মচাসু শোয়নরে। অদুনোংগীবু পাৎশোয়-ও কৌএ [এম:জি:, ২০০৪, ২৩৩]।**

**অসিনি। কম্বোংথেমচনু নারুম কাংবীসি হৌজিক্কী ময়াং ইম্ফালগী লমদমদা পানবা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুম্মোইবনা মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা থাজবনি। অদুগা পাৎশোয় হায়রিবসি থৌবাল ডিষ্ট্রিক্তকী মনুংদা লৈবনি, ইম্ফাল ব্লেষ্ট (ব্লান, শগোলতোংবরোমদা) দা লৈবসি নত্তে। থাঙ-কম্বোংগী লৈপাকসি মৈদিংঙু পুন্সিবা (খৃঃ ১৪০৪-৩২) গী মতমদা মৈতৈনা লান্দাদুনা থুগায়খিরম্মী [চৈথা:কুম:, ২০০৫, ১৭]।**

## (৫) খুমন য়েক্কী লৈপাক-মচা

খুমনশিং অসি পোইরৈতোনগী মশূ অরোং অমসুং শূথাং শূনোংয়াই লুংবা অহনবগী চাদা নাউদাদগী থোক্লকখিবনি। মখোয়সি খুমন হায়না খঙনদ্রিঙৈদা নোংয়ায় (চীঙখোঙ-চীঙয়া অমসুং অনেম্বা চীঙ নাপোমগী ময়ায় ওইনা নোংনা লাংবা লমদমদা পানবা/লৈবা মী), হায়না খঙনবসি পোইরৈতোনগী মচানুপা শীঙতাবুঙগী মচানুপা অহন অরোংনা লমদেং-লমহামদগী হাওকপ-চীঙশাং, খুনফম ঙাংচেংগী লম লাম্থোক্লুনা চৎখ্রগা চীঙশাংসিগী অৱাং ঈথং থংনা লৈরিবা অমসুং নোংচুপলোমদা থেকখ্রিবা চীঙঙ্গোন (হৌজিক্কী কোইরেঙ্গৈগী নোংচুপলোমদা মিটর ৮০০ লোম চৎলগা লৈ) গী অনেম্বা চীঙ নাপোম অমদা লৈরম্বা (হৌজিক-হৌজিক অরোং-নিংথৌগী খুবম শাদুনা চেক্কী লাইশঙ লৈ) দগী ওইরম্বা য়াই। অদুগা ''খয়োই'' নৎত্রগা ''খরোই'' হায়না খঙনবসিনা খুমন নিংথৌ য়োঈথোংঙাই [মৈদিংঙু নাউথিংখোং (খৃঃ ৬৬৩-৭৫৩) গী মতম অমসুং মশেন ওইনা তেংবাংদুনা নিংথৌ খুবম হঞ্জিনহনখিবা খুমন নিংথৌ] না খুরোই হাওরা লমলাংতোংদা চকপা খয়োইশিংগী মনাক্তা মতম খর লৈরম্বা অদুদগী ওইরম্বা য়াই।

খুমনশিংগী অহানবা নিংথৌসি পোইরৈতোনবু ওইনা শীঙথানৈ হায়বসি মথক্তা পঞ্জপ্রে। মখোয়গী নিংথৌরোলগী য়োঙ্গথোংঙাই ফাওবগী ওইনা শীরিবদি—







অনিসিনি। খুমন নিংথৌ অরোংনা খুমন নিংথৌ তুমাহাবা (তুমাঙহবা/ তুমা-হাঙবা) সি পোক্লগা মখোয়গী চারোন-শূরোনসি খমপ্রে। লুংবসি হোঙনেম লুৱাং নিংথৌগী মচানি, মহাকসি তুমাহাবসিনা মমা ঙানুরোন থোংঙাইবা চনুসিনা লুৱা' নিংথৌ হোঙনেম খায়নদুনা মপামদা মচা নুপা অনিগা লোইননা হল্লক্লবদা

মহাকপু লৌদুনা লুংবসিবু মচা ওইনা য়োকচদুনা মহাক্কী লৈজবা লন-থুম, নিংথৌ ফম্বাললনচিংবা পীদুনা লুব্বাং মচাসি খুমন ওইহনখিবনি। মরম অসিনা অরোং নিংথৌ অমসুং তুমাহাবসি খুমনগী নিংথৌরোম্দা তুমাহাবসিনা শোয়নাইদবা (মচা পোক্তবা) সিনা অহল-লম্মনশিংনা হাপ্লমদবনি।

খুমন নিংথৌ অরোংনা নোংয়াঙ্গী ওইনা খুনফম ঙাংচং নৎত্রগা হাওকপ চীঙশাংগী অব্বাংথংবা মতাইগী চীঙশাদা পানবা মতমসিদদি খুমন লৈপাকসি লীংখৎত্রি। নোংয়ায় অরোংসিনা হাওকপ চীঙশাংগী মতাই থংবা অব্বাংগী চীঙশাসিদগী থৌবাল্লোমদা চৎখিদুনা থৌবাল তুরেল মপানগী লমদম লাস্থোক্তুনা চখ্রগা লংমৈথেৎকী মমাঙগী শারম চীঙশাংদগী হৌরক্লগা চেঙ্গুরকপা তুরেন মচা অমগী য়েৎ/অব্বাং থংবা তোর্বাল্লোমদা খুন্দা-লৈতাফম শেমদুনা পানখিরম্মী। হায়রিবা মফম অসিনা য়ুম্ফম-ফম্বী (Headquarters/capital) ওইরগা মতম খরদংগী মনুংদা খুমন লৈপাক চাওখৎলক্লম্মী। মরম অসিনা খুমন লৈপাক্কী উরেপ অমসুং য়ুম্ফম ফানখোঙ খীল্লম্বদি নোংয়ায় নিংথৌ অরোং হায়বসিনি।

নোংয়াঙ্গী নিংথৌ অরোংনা চীনফুরোন লাইতোংলন চীনখুবী পান্নদুনা মচানুপা তুমহাবা (তুমা-হাঙবা) পোকই। মহাক্লা মতম কুইনা মচা পোক্লবদা মমৈদা ঙানুরোন থোংঙাইবা চনু লৌবদা চেল্লকপা মচানুপা লুংববু মচা ওইনা য়োক্তুনা নিংথৌ ফম্বাল পীরম্লগা নোঙ্গাখিরম্মী। লুংবা অহনবগী মতমদদি খুমনসি অব্বাংলোমদা ব্রাইথৌ খমপুং, হৈপোকচীঙ অমসুং মকুই নোংলোন পাইগী মনাক য়ৌনীঙ তৌনা য়াওরৌ (হৌজিক্কী মালোম) ফাওবা, নোংপোক্লোমদা খোইবু চীঙশাং পরেং, খারোমদা হৈরেম লমদম লান্দুনা থরৈ-লেমলৈ (শুগু, শেরৌ) ফাওবগী লমদম অমসুং নোংচুপলোমদা লোক্তাক পাংনা ঙমখৈ ওইবা লমশিংগী লমখৈ-লমকন মনুংসি ওইরম্মী। মহাক্কী কোনুংনা থৌবাল তুরেনগী মপান্দা ওইখিরম্মী। লৈমনা ঙানুরোন নিংথৌ য়েন্দং চনু থম্মোইরেম্বী কৌই অমসুং মখোয় অনীসিবু খুমন য়েক্কী অপোকপা অপোকম্বী ওইনা খুমনশিংনা খুরুম-খাজঙনৈ। খুমন নিংথৌ লুংবগী মতুংদা খুমন নিংথৌ ২৫ (কুনমঙা) খক

পানখিরম্মী। অদুম্মা লুংবনা খুমন লৈপাক লীংখৎখিবসি খৃঃ ৪২৫ গী অদুবাইদা পাবা য়াই অমসুং খুমন লৈপাকসি চাওয়াক্রা ৯০০ লোম পুল্লিরম্মী।

## (ক) খুমন লৈপাক্কা মৈতৈ লৈপাক্কগী মরী

খুমন লৈপাক্কী নিংথৌশিং অমসুং মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌশিংগা লৈণ্ডাক্লোন, খুন্নাইলোন্নচিংবগী মরী অসি চারৌ-মৌরৌনবগী মরী অসিদগী হৌরম্মী অমসুং থ্বাইদগী ঈহান হান্না মরীসি লীংখৎখিবসি খুমন নিংথৌ কচেং থায়েং-মাঙবনা মৈদিংগু পেংশীবা (খৃঃ ৩৭৯-৩৯৪) গী মচাঈবেম্মা থাংওমলোন লাইরুমচেংবী লৌবা অসিদগী হৌখিরম্মী। মসিদগী যূমথংনবা লৈপাক অনিসি চারৌ-মৌরৌনবগী মরীসিদা খুমন নিংথৌগা মৈতৈ নিংথৌগগী মরী অসিনা লৈপাক অনিসিদা চান্নবা অমসুং য়েংথীনবগী থৌদোক-থাথোক কয়া পুরকখিরম্মী। মসিনা খুমন লৈপাকপু মৈতৈ লৈপাক্তা তীনশিনখিনবা অমসুং খুমনগী মীশিংবু মৈতৈগী মী ওইরকখিবনি। হায়বসিগী খুদম অনিদং পল্লবদা—

(১) ...শকাব্দ ১১১৭ (খৃঃ ১১৯৫) দা মৈদিংগু থবাছাবনা নিংথৌ ওইএ। ...মৈদিংগু থবাছাববু খুমন নিংথৌ পুল্লিবনা লান নেক্তুনা হিয়াঙ হিরেন তোংদুনা মীয়াম্না লান পাংবা চৎলে। খুমনগা লোইনদুনা হৈরেম খুঞ্জান নামিন্নেএ। ঙমএ। লান্দি খোঙঙা খোঙতেকপা; চৈশু পান্দোম্বা, যুম্লক লানহৌয়াম্বসু ৩মা চঙনা ফাইএ। অসিগী মতুংদা মৈদিংগু থবাছাবগী মচানুপী চীঙখৈ থানবীগী থাথোক্তগী খুমন নিংথৌ পুল্লিবগা লান শোক্রেএ, ঙমএ॥ ...খুমনগী সৌপোন য়াইসুং খোল্লকএ [মথক্কীসিদা, ১২]।

[২] ...শকাব্দ ১১৮৫ (খৃঃ ১২৬৩) দা মৈদিংগু খুমোম্বা নিংথৌ ওইএ॥ ...কবোনা লান কারক্তুনা খুমনবু তানখায়রবদা খুমম্না লান নেক্রদুনা খুমন্দা মৈদিংগু খুমোম্বনা লান পাংবা চৎলে॥ কবোগা খুমনগা মৈতৈগা লান শোকনৈএ। কবোবু মৈতৈনা চাইখায়দুনা ফারে।... [মথক্কীসিদা, ১৪]
অসিনি। অহানবগীসি মৈতৈ নিংথৌ থবাছাবা খুমন নিংথৌ পুল্লিবগী মচানুপী শমফবী লৌবা অমসুং খুমন নিংথৌ পুল্লিবনা মৈদিংগু থবাছাবগী মচানুপী চীঙখৈথানবী লৌবগী চারৌ-মৌরৌনবগী মরীদগী থোক্লকপনি। মৈতৈ নিংথৌনা

খুমন নিংথৌগী মচানুপী শমকবীবু মগুক মাংই হায়দুনা লৱাইদা তরেংয়োংনা লেঙলগা হাতুনা অশিবা মশাদু খুমন লৈপাক্তা থিন্নকখি। খুমন নিংথৌনা হৈরেম খুঞ্জান লান্দাবদা মতেং পাংহন্নগা খুমন লৈপাক্তা মৈদিংঙু থৱানথাববু হাৎনবা শরৌদা মৈদিংঙুগী মচানুপী চীঙখৈ থানবীনা খুদম তৌবদগী মৈতৈ নিংথৌ নাম্বোক্তুনা চৎখিরম্মী। মদুগীদমক্তা খুমন নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌ মাগী নুপী চীঙখৈথানবীবু মচানুপীবু হাৎখিবা মীহাত্তুগা চপ মান্নরনা লৱাইদা তরেংয়োংনা লেঙদুনা হাৎখিরম্মী। থৌকোকসিদগী মৈতৈ নিংথৌনা খুমন লৈপাক্তা লান্দাদুনা খুমনগী মী য়াম্না হাৎখি অমসুং খুমনগী লৈঙাক্লোন, খুন্নাইরোন অমসুং শেন্দান-শেনচৎলোনগী মরু ওইরিবা থাজনবীগী য়াই শৌবোনয়াইসু মুন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা পুরকখি [থ:হিয়ান:, খ:]। মসিদগী খুমন লৈপাক্কী মপাঙ্গল শাম্বীনা শোক্কহন্দুনা লৈপাক পানবা ওন্নক্তবগী থাক অদু কাওবা পুরকখিরম্মী।

অনিশুবগী অসিনা মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বগী মচানুপী বাংঙমলোন পানবা ফাবীসি খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা লৌবনা মচানুপীসিনা মপা নিংথৌদা লান পাংবীয়ু হায়জরকপদগীনি। কবো (Shan) শিংনা লান্দারকপসি মসিনা খ্বাইদগী ঈহান হানবা খোঙথাংনি। মৈদিংঙু খুমোম্বদা নত্তনা মোইরাং নিংথৌ লান পাংবগী বারোল মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবদা নীঙথিনা পীরি। অসুম্না পুন্নমক্কী ওইবা বাকম, হায়বদি মীরৈপাক্না লান্দারকপদা অপূনবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা লাম্বেংনবসিদা মৈতৈ, খুমন অমসুং মোইরাংগী লানলোইনরিবা লাশ্মীশিংনা খুমনবু য়েক্লবশিংগী মখুত্তগী কনখিরম্মী। অদুবু মসিনা লৈপাক্কী মপাঙ্গনবু হান্নগী/মমাঙগী নিংথৌশিংগী থাক অদু য়ৌবদি ওন্নমদে।

## (২) লৈঙাক-লৈকল্লোনগী খুমন-মৈতৈগী মরী

খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেংবা [মৈদিংঙু লাইরেন নাউফংব (খৃঃ ৪২৮-৫১৮) গী মচানুপী বাংঙমলোন মেৎপী লাইপীনা পোকপা] গী মতমদা খুমন লৈপাক্কী কোনুংসি থৌবাল তুরেন মপান্দা লৈবা নোংয়ায় লৈকোয়পুঙদগী ফেনতা লৈকোয়পুঙ হৌজিক্কী ময়াংইম্ফাল টাউনগী কোকচায় কুনগী মমাঙ লৈকায়দা ইম্ফাল তুরেনগী খা-নোংপোক থংবা মপান্দা তাবা

লম] দা হোংখিরম্মী। মফমসিদা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবগী হাক্তক্তা মৈদিংঙু খুঞ্জাওববু শেল্লোই লংমাইশিংনা হাংকে থৌরাংবদগী পীখোক্তুনা চেল্লরুম্মী। মহাকপু খুমন নিংথৌ অসিনা য়োকপী থাকপীদুনা থম্বদা নত্তনা মচানুপী কৈরু হাঙবীবুসু থাজদুনা মমাকসু ওইরম্মী। হায়রিবা খুঞ্জাওবসিনা মৈদিংঙু নাউথিংখোং হায়দুনা মৈতে নিংথৌ ওইরবদা খুমন নিংথৌসিখু তৌবীমল খঙবা উংপা ওইনা মৈতে কোনুংদা চাক্লৌরম্মী। মতমদুদা মৈতে কোনুংসি শওম্নুং (হৌজিক্কী) দা ওইরম্মী। চাক্লৌবদুদা থোংবা শাগী মরু ময়াংশিংদু ফুর্মাখবগী লৈপুঙ অদুবু শওম্নুং কৌবদগী লমসিগী মমিংসু "শওম্নুং" থোনখিবনি [ইউ:এল:এ:, ১৯৮০, ১৯-৩০] হায়না পীরি। চাক্লৌবসিদা পেল্লদুনা অশাম্বা অমা নীয়ু পীগে হায়রবদা লৈমা কৈরু হাঙবীনা মৈতে লমদি পীকই, খুমনগী লমদি চাওই, অদুনা লম খর পীয়ু হায়রম্মী। মদুনা খুমন নিংথৌনা ফরে, নখোয় থোং য়েনশাংগী শা, শওম অসিগী মকোক অসি, তুরেন্দা থাদরিবসিনা পল্লুবা মফম অদু ফাওবা লৌজরো, হায়দুনা শা মকোক্তু ঈরীন তুরেন্দা থাদখিরম্মী। শওম মকোকসিনা ঈরীন তুরেনগী ঈচেল ইন্না তাউথরক্লগা লিলো·' য়ৌরক্লম্মী অমসুং মদুদগী ইম্ফাল তুরেলদা তারিবা ঈরীনগী ঈচান্দগী ইম্ফাল তুরেনগী খোংলম ইন্না তাউথরক্লগা শামুরৌ লাম্ছোক্লগা তোরৈ তুখেক অমদা পল্লম্মী। মফম অদু শওমনা পল্লি, হায়বদগী "শওমপন" হায়না থোল্লম্মা [মথক্কীসিদা ২৯] বু মমৈথংদা ওয়নামশিংনা খুন্দাবদগী "ওইনাম শওম্নুং" হায়না খঙনখি। মফম অদু ফাওবা মৈতৈগী লম ওইনা নাউথিংখোংনা লৌখিরম্মী।

মৈতৈনা লম লৌখিবগী ৱারমসি খুমনশিংনা খঙলক্লবা মতমদা য়াম্না নুংঙাইনরমদে অমসুং মখোয়না খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইববু নিংথৌ ফম্বালদগী চিংথবা পাল্লম্মী। অদুগা মতমদুদা হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী তাল্লোই অতোম্বী, খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবসিগী মচন নুপী খয়োঈরোন ঙানুথুমবীনা মপুরোইবগা খায়নদুনা মপাম খোঙদারকপদা পীশক পীক্লা পুরকখিবা মচানুপা শেনবা মিমাবদু চাওবা কাংদোং ফারদুনা মপাঙ্গল লমথোইনা কল্লবা মীওই ওইরম্মী। খুমনশিংনা মঙোম্দা তোংশিন্দুনা লানহৌরগা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইববু মহাক্কী নুপী অঙাংগা লোইননা খুমন লৈপাক্তগী তাম্ছোকখিরম্মী। হায়রিবা খুমন নিংথৌসি খুরোই হাওরা লমলাংতোংগী য়াঙ্গোই তুরেন মপান্দা

চেন্নকুনা মফমদুদা খুন্দাদুনা লৈরম্মী। অদুবু অহল মতম ওইশিল্লকবা পুন্সিদুদা অসিগুম্বা অবা-অনা নংবসিনা মরম ওইদুনা খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবা মীরৈপাক্তুদা মালেম তাইবংপান থাদোকখিরম্মী। মহাক্কী মচানুপা য়োঙ্গথোংঙাইসু মফমদুদা নীঙমদনা পুন্সি মতম লেল্লম্মী।

য়োঙ্গথোংঙাইনা মফমদুদা মচা নাউরোন অহুম কারক্লবা অমসুং অঙাংশিংদুনা পুঙকক চাওরক্লবা মতমদা মহাক্লা মপুক্রীঙদা মচন লৈমা কৈরু হাঙবীবু নীঙশিঙলক্লম্মী। মহাক্লা মখোয়গী মতেং লৌগে খন্দুনা থীহ্নদনা পাউ থাখিরম্মী। মহাক্কী পাউসি কংবগা মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংনা লাম্মীগা লোইননা মহাক্কী মনাক্তা থুংলরম্মী। মখোয় অমুক পঙবা তৌদনা খুমন লৈপাক্তা লান্দারক্লম্মী। শেনবা মিমাবদা নত্তনা মহাক্কী মচা অনিসু কোয়তান তান্নদুনা হাংখিরম্মী অদুবু মচা নুপা অতোনবা অদুদি মরীং ওনখিরম্মী। অসুম্না য়োঙ্গথোংঙাইনা মহাক্কী মাঙলুরবা নিংথৌ ফম্বাল অমুক হন্না ফংখি।

মৈদিংঙু অয়াঙবগী মতমদসু খুমন লৈপাক্লা মৈতৈলো মোইচা-চীঙ (মোইজীঙ) দা শা তানবগী শা অমগী মতাঙদা খংনবদগী হাংন-শুনবা থোকখিরম্মী [চৈথা:কুম:, ২০০৫, ৭] হায়রিবা মৈদিংঙুসিগী ম্লাহাক্তক (খৃঃ ৮২১-৯১০) সিদা খুমন লৈপাক্কী নিংথৌ খুবমদা বারৈ চেন্নদুনা খুমন নিংথৌ মচাশিং— খল্লাং অতোনবনা চীঙদাইদা চেনখিদুনা খায়িং কাংলুপত্তা তীনখি অমসুং অদোন য়াইথিংবনা মৈতৈ লৈপাক্তা চেনখিদুনা খুমন লৈপাক মতম খর নিংথৌ পান্দনা লৈরম্মী। মতম খর লৈরগা খুমনগী অঙম-অথৌশিংনা মৈতৈ নিংথৌ অয়াঙবদা হায়রবদগী মৈতৈ নিংথৌ অদোন য়াইখিংববু অমুক হন্না মরৈপাক্তা হনহনখিদুনা খুমন ওইনা পানহনখি। হায়রিবা লমদাংশিংসিদগী খুমন লৈপাকসি মনীঙ-মখা তম্বা, মশা মথন্তনা বায়েন থৌদাজবা লৈপাক ওইজরবসু মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাক্লোনগী পরীংদা খজীক খজীক্তা ওইনা অসুম অসুম নকশিল্লকম্মী।

মৈদিংঙু অতোম য়োঙ্গরেম্বা (খৃঃ ১১৫০-৬৩) না নিংথৌ ওইরিঙেদা মনাউনুপা হেমতৌ লোইয়ম্বনা খুমন লৈপাক্তা শাইদাংদুনা লৈরম্লগা মৈতে অঙম-অথৌশিংগা লৌতুনদুনা মৈদিংঙু অতোম য়োঙ্গরেম্ববু কংলৈ ফম্বান্দগী চিংথরম্মী। মদুনা মৈদিংঙুসিসু খুমন লৈপাক্তা চঙদুনা শাইদাংখি। অতোম য়োঙ্গরেম্বা লৈবনচিংবা মরম খরদগী খুমনগা মৈতে অমুক য়েংখীনরক্নুনা মৈদিংঙু হেমতৌ লোইয়ুম্বা নংত্রেগা ঈৱান থাব (খৃঃ ১১৬৩-৯৫) গী মতমসিদসু খুমনশিংনা লান্দারকপদগী লান থেংনখি। মসিদসু খুমনশিং ফিভম থোইনা ফখিরমদে। মতুং তারকপদা মৈতে লৈপাক্তা মৈদিংঙু থৱাছাবনা নিংথৌ ওইখি। মহাক্কী লৈঙাকলোনগী মরীসি মথক্তা কয়ারক ইশ্রে। মৈদিংঙু চীঙথাং লাছাবা (খৃঃ ১২৩১-৪২) অমসুং মৈদিংঙু পুরাছাবা (খৃঃ ১২৪৭-৬৩) গী মতমদসু খুমন-মৈতে লান থেংনখি [মথক্কীসিদা, ১৩]। অদুগা মৈদিংঙু খুমোম্বগী সনা হাক্তক্কী মরীসিসু মথক্তা থমজশ্রে। হায়রিবা মতমসিগী মতুংদদি খুমন পুম্লিবা খুরেনচনবা লাইগী খুয়া তানশ্রে।

খুমন নিংথৌ পুম্লিবা খুরেনচনবগী হাক্তক্তা খুমন লৈপাক্লা নংখিবা অৱা-অনা অমসুং শানগী লান্দা-লানকনগী ফিভমশিং অদুনা খুমন লৈপাক্কী ফিভম য়াম্না শাথীনা শোকচিনহল্লম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা খুমন পুম্লিবা অসিগী মতুংদা পাল্লকপা অহুমশুবা নিংথৌ অদোন লময়ায় কাইখীনবগী হাক্তক্তদি খুমন লৈপাকসি পানবদা ৱানা থোক্লম্মী। মখোয় মশেনসি অমনা হায়বা অমনা তাদবা অমসুং অমগা অমগা য়েংখীনবা, উশীংনদবা অমসুং লৌ য়েংনদুনা লৈনবনা লৈপাকসিদা নিংথৌ লৈবগী কান্নবা লৈরক্তবগুম তৌরম্মী। মরম অসিনা খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখীনবনা ফেনতা লৈকোয়বুংগী কোনুং থাদোক্লুনা লমলেন ৱাবকাই/ৱাবগাই লমদমদা কোনুং হোংদুনা পানখিরম্মী। অদুবু খুমন মচা কনানসু করিগীদমক্তা কোনুং হোংলিবনো হায়বদুগী মরম খঙবীদে অমসুং থিবীদে। মখোয় মশেন হান্নগী হান্নগীদু ওইনা মুক্লদুনা অদুম লৈরম্মী। মরম অসিনা খুমন নিংথৌ অদোন কাইখীনবনা মহাক্কী ঈমুং-মনুং, লোইনবা মরুপ-মপাং অমসুং মরী-মতাশিং পুম্নমক্কা লোইননা মৈতে নিংথৌগী লৈঙাক মখাদা লৈরুনবা মৈতে কোনুংদা লাকখিরম্মী। অদুগা খুমন লৈপাক্কী

লৈঙাক-লৈকন, ৱায়েন-থৌদা, লৈশেম-খুনশেম্নচিংবা পুম্নমক্কী থৌদাং, থৌদা, থৌগায়নচিংবা পুম্নমক মৈদিংগু কোংয়াম্ব (খৃঃ ১৩২৪-৩৫) গী মফমদা শীন্নদুনা খুমন লৈপাক, মৈতৈ লৈপাক্তা তীনশিনখি। হায়রিবসিগী ঈ-পাউদিঃ-

...অতোন লময়াঙ্গ কাইখীনপা মহাকথক্তা... অৱাং পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ, লাইরেন মৈতিংগু কোওয়ামপা তূপী সনা মহাকথক্তা খুনকারকএ [ব:ক:শ: ১৯৯৮, ১৩৩-৩৬] অসিনি। অসুম্না খুমন লৈপাক মৈত্রবাক্তা ১৪শুবা খৃষ্ট কুমশীঙ চাগী অনিশুবা মশুঙদা তীনশিনখি।

## (৬) মোইরাং য়েক্কী নিংথৌ পানবা লৈপাক

কেগে, ঙাংঙোই অমসুং মোইরাং হায়রগা মৈত্রবাক মণিপুরগী খা-নোংচুপ থংবা মায়কৈদা মণিপুর তম্পাক্কী লমদম ঙমখৈদা লৈরিবা থাংজীঙ চীঙজাও অমসুং মসিগী অকোয়বগী লমদমশিং, মণিপুর ইতিহাস হৌদ্রিঙৈগী মতমদগী মনীঙ-মখা তম্বা, মশা মতোমতা লৈঙাক-ৱায়েন থৌদাজবা অমসুং মনীঙ-তম্বা নিংথৌনা হাইনা-হুম্না পানবা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা লৈরম্বগী খুদম চাংদম থেংনৈ। অদুগা মণিপুর ইতিহাসকী মতমদা লৈপাকসিদা লৈরম্বা মীওইশিংবু "মোইরাং" হায়না খঙনরকপা মী কাংলুপ-ফুরুপ/য়েক্কী মিং অসিদগী হেন্দুনা মসিগী শল্লাইশিংগী মিংগী মিংথোনশিং— ঈৱাং (ঈশিংনা ৱাংবা), লোক্তাক পাৎকী খোংবান্দা পানবা মী/শল্লাই; "কৌবা"(কৌব্রুদা লৈবা) কৌব্রু চীঙজাওনা কোনবা লমজাওগী মনুংদা পানবা মী/শল্লাই, ঙাংঙোই, অসিনচিংবসু থেংনজে। কেগে মোইরাং লৈপাকসি কেগে পোকপা সোরারেন, মোইরাং পোকপা কশারেন, চীঙগু থাংজীঙ লাইয়িংথৌ মহাক্না পাল্লম্বদগী মহাক্কী মমিংসি লৌদুনা মিংথোনবা থাংজীঙ চীঙজাওগী চীঙদোন্দগী কুমথরক্নুনা মালেম তম্পাক ওইবা লমদমশিংদা চীঙগু মহাক্না কুমথরক্লিঙৈগী মমাঙদগী লৈরম্লবা নমু মীকোক থোংবা লুচিংবশিং খরগা লোইননা অনৌবা অপুনবা মোইরাং লৈপাক অমা অমুক লীংখৎলকখিরম্মী।

মোইরাংগী লোক্তাক খোংবান্দা লীংখৎপ্রিবা মনীঙ-মখা তন্না লৈপাক অসি চীঙঙু থাংজীঙ লাইয়িংথৌনা লৈঙাক্লুনা পাম্নিঙৈদা মৈতৈ নিংথৌজা য়েক্কী লৈপাক-মচা লীংখৎলুরগা খাবা-ঙানবগী লাম্লোইনবা লুপ্না লান হৌরকপদা মায়থীরদুনা লাঞ্জেল্লকপা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা (খৃঃ ৩৩/৩৪-১৫৪) না পুরিক্লাই চীঙঙু থাংজীঙগী মফমদা লানগী লাম্পুফম ওইনা শাইদাংনবা মোইরাং লৈপাক্তা লাকখিরম্মী। চীঙঙু থাংজীঙনা মহাকপু মোইরাংগী লোইরেন সনাপুঙ, থম্পাল নোংশারৌদা লৈহন্দুনা চঙজফম পীরগা মোইরাংদা লৈঙাক্লোনগী তেংবাং লৌননবা নীরবা মীশক অমা ওইনা ঙাক-শেন্দুনা থম্মীখিরম্মী। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেনসিনা লোইরেন সনাপুঙসিদা লৈনা-লৈনা মোইরাং লাইয়িংথৌ থাংজীঙসিনা পীবা চীঙঙু মহাক্কী মচা-মনাই মোইরাংচাওবা মেম্লেবা, শৌবোন-শানৌঙম্ব (চোংথাম শাগৈগী পুকোক্লি) গা লোইননা খাবা-ঙানবশিংনা পালহৌরবা লৈপাক্তু হন্দোক্লবা লান্দা-লাম্ছেংননবা লাম্মী শেমগৎলম্মী। হায়রিবা পাখংবসিনা লোইরেন সনাপুঙদা লৈরিঙৈগী মতমসিদা মহাক্কী নুপী হৈরোংলেন-লোংজুম্বচনু লাইম্নাদি মহাক্না লাঞ্জেল্লকপদা লোইনরক্তবা মরম্না মহাক্তি শেল্লোই-লংমাইচীঙদা থোইনু অহোঙবী কৌনা চীঙঙু খাকপা নিংথৌ সোরারেন, অঙৌবা পুরৈরোম্বগী লমখৈ মনুংদা চঙফম লৌদুনা লৈরম্মী [খু:য়:স:, ১৯৬৭, ৩৫]। মতম অসিদা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেনসিনা য়ুনম কৌবী নুপী অমা পান্নদুনা মুংয়াং য়াওবা অমসুং তাংগ্রু লুময়িবা কৌবা মচানুপা অনি পোকখিরম্মী (খা:য়ুম্বী:,খ:)। মোইরাং চাওবা মেম্লেবনা খোম্বা লাম্মীনা মপুঙ ফারক্লবা অমসুং থাপতোক্লরুরবা অঙোম পুরৈরোম্ববু মহাক্কী নুপী লাইম্নানা তাইশিন্নদুনা মোইরাংদা মহাকপু লৌবা লাক্লিবা মতমদুদা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা পুরৈরোম্বা অমসুং মোইরাং চাওবা মেম্লেবগা শামী-লাম্মী ময়ামগা লোইনদুনা মোইরাংদগী লোক্তাকপাৎ হি তোংদুনা লাল্লক্লগা শামুরৌ মনাক্তা থুংলরম্মী। অদুগা শামুরৌদগী কংলৈপুঙগী লমদমদা হাইগল্লক্তুনা খাবা, ঙানবনচিংবগী কোনুংদুদা লান্দারক্লম্মী। লান অদুদা মোইরাং চাওবা মেম্লেবগী হূ তৈবা তেঙ্গেনা লানহৌবা খাবা-ঙানবনচিংবগী লুচিংবা লাঞ্জিংলেন খাবা নোংজেংবা, মচানুপা শঙ্গাই তেলহৈবা অমসুং নোংজেংবগী মচানুপী কাঙ্গম ঈচুম্পীবু কাপখায়দুনা হাৎলবদা খাবা-ঙানবগী লাম্মীশিং পুম্নমক্তু

মায়কৈ মরিমক্তা কায়দুনা চেল্লখিরম্মী। অসুম্না মোইরাং লৈপাক্কী মতেংনা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা মহাক্কী লৈপাক কংলৈপুঙ অমুক হন্দোকখিরম্মী।

মোইরাংগী পুরিক্লাই চীঙঙু থাংজীঙ কোইরেল্লাই অমসুং মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা অনিসিগী মতুংদা লৈপাক অনিসিগী মরীসিদা চহী ১৪০০ রোমদি শাথেং-লাছেংনবগী শাথোক-লাছোক্কী ওইবা ইতিহাসনা মরু ওইবা ৱারী-পরীং ওইনা চৎলি। মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবা (খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮) গী মতমদা মচা ঈরেম্মা তম্ফা ৱাংঙমলোন নাউরেমতোনবু মোইরাং পুরিক্লাই লাইফাচেংদা থাজদুনা চারৌ-মৌরৌনবগী খুন্নাইলোনগী মরীনা লৈঙাক্লোনগী লীশুন শেম্বা হৌদোকখিরম্মী। মোইরাংনিংথৌ সনা রাখুৱাগী মতমদা খুয়োল ৱাপেংবগী মতমদা মৈদিংঙুচা নাউথিংখোং/খুঞাওবনা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবগা লাক্নুনা য়াওরন্নগা ঈৱাংলোন মোইরাম্বা চনু নামুন চাওবীবু লুহোংদুনা লৌরগা মরী-মতা ওইবগী মরীদু চেৎশিনহনখি। অদুবু মোইরাংশিংনা মৈদিংঙু খোঙতেকচা (খৃঃ ৭৬৩-৭৩) গী সনা হাক্তক্তা মোইরাং অথৌবা লাল্লোইলেন ৬৩ (হুম্ফু হুমদোই) না লুচিংদুনা লান্দারকপসিনা শা-লানগী ৱাথোক-লাছোক্কী পোমিৎ কাঙবা হৌরকখিরম্মী। লান অসিদা মোইরাংশিং মায়থীখিরম্মী [চৈ:কুম:, ২০০৫, ৭]।

মোইরাং অমসুং মৈতৈ/নিংথৌজাগী লৈপাক অনিসি মরক্তা লুৱাং নৎত্রগা/অমসুং খুমন লৈপাক্লা খন্দুনা/থক্তুনা লৈখিবনা মৈদিংঙু, খোঙতেকচাগী মতুংদা চহী ২২০ লোমদি শাথেং-লাছেংনদনা লৈরকখিরম্মী। অদুবু মৈতৈ নিংথৌজাশিংনা লুৱাংগী লৈপাক চুপশিনখ্রবা অমদি খুমন-মোইরাং পুন্দুনা ফান্তেক লৈপাক-মচা থুগায়খ্রবা মতুংদা মৈতৈ লৈপাক্তা মৈদিংঙু কাইনৌ ঈরেংব (খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪) না পানবা মতমদা মৈতৈ নিংথৌজাগী লাম্মীশিংনা খুমনগী লম ফাওদুনা লাক্লগা মোইরাংশিংগী মথক্তা লান্দারক্লম্মী। মতমসিদা মোইরাং নিংথৌ ঈথাইকাইরেম্বনা পাল্লম্মী অমসুং মোইরাংগা মৈতৈগা ঈথাইদা লান থেংনখিরম্মী, মদুদা মৈতৈনা লানঙমদুনা লানফা ১০ (তরা) খম্বা শেন্দাং, খম্বা লাবাক অথৌবনচিংবা ফারকখি [মথক্কীসিদা, ৮]।

মোইরাং নিংথৌ অতোল্লক্কী লোইচাওম্বা (শোঙলেন লাছাব) গী মতমদা খুমন লৈপাক্তা নোংয়াঙ্গী খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা খুরেন চনবনা পাল্লিগুঙেগী মতমদা কবোশিংনা লান্দারক্লম্মী। খুমনশিংনা মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বা (খৃঃ ১২৬৩-৭৮) অমসুং মোইরাং নিংথৌ অতোল্লক্কী লোইচাওম্বদা লান পাংবীয়ু হায়জরক্লুনা মৈতৈসু লান পাংখিরম্মী, অদুগা মোইরাংশিংসু মোইরাং নিংথৌসিগী মমাঙদা পাল্লম্বা পুরীক্লাই শাংতোন লাইনাউতাববু খুমনশিংনা হাৎখিবা [ও:ভ:স:, ১৯৮২, ১৬৮-৭০] গী মলোম পুম্নমক কাউথোক্লুনা লান পাংলগা মতমদুগী মৈত্রবাক মণিপুর অপুনবগী য়েক্লবা কবোশিংবু তাম্থোকপদা শরুক য়াখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ১৯৭-২০৯]। মৈদিংঙু মোইরাম্বা (খৃঃ ১২৮৭-১৩০২)না মোইরাং লৈপাক্তা লানশীঙনরকপদগী মোইবাং নিংথৌ লাইজিংখু চীঙখু তেলহৈবনা মোইরাং লাম্মী পুদুনা নিংথৌখোংদা লান থেংনখিরম্মী। লান্দুনা মৈতৈনা লাকচদুনা মোইরাংগী মীশিং মশীঙ য়াম্না লানফা ওইনা ফাদুনা পুখিরম্মী [চৈথো:কুম:, ২০০৪, ১৫]। অদুগা মৈদিংঙু মোইরাম্বগী মতুংদা পাল্লকপা মৈদিংঙু থংবীলাছাব (খৃঃ ১৩০২-২৪) না মোইরাং নি 'থৌ চীঙখু তেলহৈবগী মচানুপী লৈমা য়োঙ্গরেন তোমপোকপীবু মহাক্কী লৈমা/রানী ওইনবা পীয়ু হায়না হায়হল্লকখিরম্মী। মপা হাক্তক্তা লান তৌনখিবদুনা মরম ওইদুনা পুরীক্লাই চীঙখু তেলহৈবনা মচানুপী লৈতে হায়দুনা য়াদ্রগা মচানুপী লৈম য়োঙ্গরেন তোমপোকপীসিবু মোইরাংগী লোক্তাক খোংবানগী লোক্তাক ব্রাংব্রেন কৌবা মফমদা লোৎহন্দুনা থমখিরম্মী। মৈতৈ নিংথৌনা মনাই থাদুনা লৈমসিগী লৈফম থিহল্লখি। অদুগা লৈমসিগা পাউ ফাওনরগা মোইরাংদা মৈতৈ নিংথৌনা লাম্মী পুদুনা লাক্লগা হি তোংদুনা মোইরাংশিংগা লান শোক্লখি [মথক্কীসিদা, ১৬]। মোইরাং লোক্তাক ব্রাংব্রেনগী লানসিদা মৈতৈ মোইরাংশিংবু মায়থীবা পীরল্লগা লৈমা য়োঙ্গরেন তোমপোকপীবু মৈতৈ লৈপাক্তা পুদুনা চৎখ্রগা মৈতৈ-লৈমা হাপখিরম্মী।

মৈদিংঙু পুন্সিব (খৃঃ ১৪০৪-৩২) না নিংথৌ ওইনা পাল্লকপদা খৃঃ ১৪৩২ সিদা মোইরাং শোয়বুঙ কৌবা মফমদা হরাউ-তয়াম্না লম্বানচাক চানবা (Picnic) লাক্লম্মী। ময়াম্না শানৈ-য়ুনৈদুনা লাংবদা মোইরাংগী মীওইশিংবু

করেম-কথাইনে হায়দুনা মোইরাং মচাশিংগা-নীঙথাই-শঙদানরকপদগী মৈদিংঙু লাম্নীনা মোইরাং-মচাশিং খর হাত্তোকখিরম্মী। অদুবু মশীঙ য়ামদবা মৈতৈ লাম্নীশিংদুদি মোইরাং শোয়বুঙদু থাদোক্তনা অদুম লৈরম্মী। অদুগা চৈ চারবা মোইরাংগী মীওইশিংদুনা মোইরাং নিংথৌ পুরীক্লাই পুন্সিবদা তাক্লুবদগী মোইরাং লাম্নী ময়াম হৌদুনা লাক্লগা মোইরাং-শোয়বুঙদুদা লান্দারক্লম্মী অমসুং মফমদুদা মখোয়না মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পুন্সিববু হাংখিরম্মী [মীয়াং, খ:]। মৈদিংঙুসিগী মচাঈবুংঙো নিংথৌখোম্ব (খৃঃ ১৮৩২-৬৭) না নিংথৌ হেক ওইবগা মপাঈবুংঙোগী মংশৎ তান্ননবা য়ায়া হৈ-শিঙনা থৌশীন থৌরাং তৌদুনা হৌজিক্কী ককচীঙগী মনাক অদুবাইদা লৈরম্বা কবোগী লাম্নীশিংবু মতেং পাংহল্লগা [ও:ভ:স-২:, ১৯৬৭, ২১৯-২১] মোইরাং লৈপাক্তা খৃঃ ১৪৩২ মকসিদা লান্দাখিরম্মী। লানদুদা মোইরাং লৈপাক থুগায়দুনা মখোয়গী নিংথৌ সনা হোঙবনা মোইরাং খুল্লেম্না ঙমদদুনা হাওখা মেনখোনদা লোংখিরম্মী। লান্দুদা মোইরাংগী মরুওইবা মী কয়া লানফা ওইনা ফারম্মী [চৈথা:, ২০০৫, ১৯]।

মোইরাংশিংগী নিংথৌ সনা হোঙবগী মচানুপা খেনচঙচায়বনা অমসুং মনাউ অনি কশুঙঙম্বা অমসুং লীক্লাই খ্বা (তাংবন-তোরা) না মশা লোংনা-লোংনা মখোয়গী মাঙপ্রবা মরৈপাক হৃঞ্জিন্নবা লাম্নী খোমগৎলম্মী। মখোয়গী মপাঈবুংঙোনা খৃঃ ১৪৫০ গী অদুবাইদা লৈখিদ্রবা মচানুপা অহন খেনচঙচায়ব (খৃঃ ১৪৫৬-৭৫) না নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্কী লাম্নী শেমগৎপগী পাউ অসি মৈতৈ নিংথৌ নিংথৌখোম্বনা খৃঃ ১৪৬৬ তা পাউ ফংখিরম্মী অমসুং মৈদিংঙুসিনা মজাঈবুংঙো ক্যাম্বদা য়াথং পীদুনা মজাঈবুংঙোসিনা মৈতৈগী অঙম্বা তরুক্তা লোইননা মৈতৈ লাম্নী ৩০০ (চহুম) পুদুনা মোইরাং মথক্তা লান তারক্লম্মী [ক:য়:স:, ১৯৭৪, ৭৯]। মৈতৈনা লান্দারকপগী পাউসি মোইরাং নিংথৌ খেনচঙ চায়বসু ফংলম্মী অমসুং মহাক্কী মনাউ অনি অমসুং অতৈ লাল্লোই-লাঞ্জিংলেনশিং পুন্নমক চুঙশিন্দুনা মৈতৈবু মায়থীবা পীরগা মৈতৈ লৈপাক লৌশীন্নবগী লাছোঙ শীল্লম্মী। হায়রিবা মৈতৈ-মোইরাংগী লানসিগী মরমদা পীরম্লিবসিঃ-

...মোইরাংনা লাম্মী, তেঙ্গোল অনি থোক্লা খায়দুনা কংফান্দা অমা ঈশিংদা তেঙ্গোল অমা অসুম্না মৈতৈদা লান তারকখি। মৈতৈ লাম্মীশিংনা কংফান্দা লান শোক্লরিঙৈদা ঈশিং লাম্মীনা তুরেন্দা কারক্লুনা লিন্নোংদা ঈশিং থিংগৎলগা কংলা তম্না কায়ক্লমই। লাম্মী খরনা হিয়াঙথাংদা ঈশিং থিঙ্গৎলগা কোনুং তম্লকই। তুরেন অনিগী ঈশিং চাউরক্লুনা লৈবাক মীয়াম অবাবা তারমই। খুদোংচাদবা তানফম অসিদা নুপী অঙাং অশোন অনা, ষণ-ইরোইনচিংবা মশীং নাইদনা শিখিরমই অমসুং হাংখিরমই।

মতৌ অসুম্না অরোনবা লান চঙলকপনা কংলা কোনুং য়ৌশিল্লক্লবদা মৈতৈ লান্দা থৌরবা ''চাইবা লাইতোঙ্গাম্বা'' কৌবা নুপা অমনা লম অহুমলোম শাংবা ব্রাকোক অচৌবা, মচীন তুম্লবা উয়ুং অমা পায়রগা অহিং অথেঙবা মীচীক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা মশা অদু য়েম্পাক্লা খুমজিল্লগা মথক্তা কঙ, কৌশিংনা কুপশিন্দুনা তুরেন মরীন ইন্না তাউথরমই। অদুগা মোইরাংনা থিংলিবা পল অদু থিনগায়রম্মী। মশানা কংফান্দা কারক্লুনা খৌশা-খৌশাদুনা মৈতৈনা লান ঙম্লে, মোইরাং মচা মায়থীরে হায়না লাউর-লাউরদুনা চেনখৎলক্লমই।

থিংলিবা পল অদু খঙহৌদনা কায়ব্রবদা ঈশিং কংথখিদুনা মোইরাং লাম্মী অপুম্বা মখুৎ হামফম ফাওবা লৈখিদে [মথক্কীসিদা, ৭৯-৮০]।

অসিনি। হায়রিবা লান অসিদা মোইরাংশিংনা তকশিল্লকখিবসি হৌজিক্কী চীঙঙা চীঙদুম লৈরিবা মফম অসি ফাওবনি অমসুং মফম অসি য়ৌরবদা নুমিৎ তাখিদুনা অহিং লেম্নবা শেম-শাখিরম্মী [মো:নি:ল:, খ:]। অহিংদা চাইবা লাইতোঙ্গাম্বনা মোইরাংনা ঈশিং থিংগৎলিবসি থুগায়খিদুনা ঈশিং চিথখিবদগী নোংঙাল্লবদা কংফানগী লান শোক্লরকপদদি মোইরাং লাম্মীশিং মায়থীবা ফংখিরম্মী। লান্দুনা মোইরাংশিংগী মকোক ককখিবা ময়ামদু খোমজিন্দুনা ফুম্লগা মথক্তা লৈপুঙ থোঙ্গন্দুনা শেম-শারগা লৈপুঙদুবু মোইরাংখোম লৈপুঙ (মোইরাংখোমপুঙ) হায়না খঙনখি [চৈথা:কুম:, ২০০৫, ১৯ অমসুং ক:য়:স:, ১৯৭৪, ৮০]। হায়রিবা লান অসিগী মতুংদদি মোইরাংশিং অমুক হন্না হৌগৎপা ঙমখিদ্রে। মখোয়গী মরৈপাক অমসুং মজাতিগী

মনীঙ মখা তন্না পুন্নমক মতমচুপ্পগী ওইনা মাঙপ্রে। খৃঃ ১৪৬৬ কী লানসিদা মায়থীদুনা ময়াং লৈপাক নৎত্রগা থোংনাং তখেলগী লমদা চেন্দুনা লোৎলুবা পুরীক্লাই ৫ খনচঙচায়বসি মৈদিংগু ক্যাম্ব (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) না মোইরাং নিংথৌ ওইহন্দুনা মহাক্কী মখা থাবা নিংথৌ ওইনা থমখিরম্মী। মসিদগী মোইরাং লৈপাকসি লৈঙাক্লোনগী ওইনা মৈতৈ নিংথৌজা য়েক্কী লৈঙাক মখাদা লাকখিরম্মী।

## লৈঙাক্লোনগী ফিরান অমতগী মখাদা

মণিপুর তম্পাক্তা ইতিহাসকী মতম হৌরক্লিবৈংগী মমাঙদগী লৈরক্লবা লৈপাকসিগী মীওই কাংলুপ ফুরুপ পুম্নমকপু লৈঙাক্লোনগী ফিরান অমতগী মখাদা পুরক্লবা হোৎনখিবসি অরায়বা থবক নৎখিদে। মথক্তা মণিপুর তম্পাক্কী ইতিহাস হৌরকপা মতমদগী হৌনা য়েক-শল্লাইশিংনা মাগী মাগী লৈপাক-মচা-মচাশিং লীংখৎনরকপা অমসুং মাগী মাগী মতম লোয়নরক্লুনা মতমগী ঈপাক্তা লুপথরক্লুনা নিংথৌজা য়েক্কী লৈপাক্তা চুপশিনখিবগী বারম খর উৎচপ্রে। অদুগা মখোয় পুম্নমকপু নৎত্রগা খুদিংমক খুন্নাইলোনগী মমিং "মৈতৈ" হায়বসিগী ফিরান মখাদা পুরক্লবা অমসুং পুনশিল্লক্লবা মৈতৈ নিংথৌজা য়েক্কী শাগৈ-শল্লাইশিংনা কন্না হোৎনখিবম্মী। অদুবু "মৈতৈ" হায়বা মমিংসিনা লৈপাকসিদা লৈরিবা নিংথৌজাগী য়েক্কী মীওইশিং নৎত্রগা লৈপাকপু মণিপুর ইতিহাসকী ওল্লিবৈঙে, খৃঃ ১৭০০ কী মমাঙগী মতমশিংদা ওইরম্বনা নৎত্রগা নিংথৌজাগী অমসুং/নৎত্রগা মখোয়গী লৈপাক্কী ওইবা অতোপ্পা মমিং অমা ওইরম্বনা মণিপুর তম্পাক্তা লৈরিবা য়েকলুপ, শল্লাইলুপ পুম্নমকপু "মৈতৈ" হায়না খঙনদুনা/ কৌদুনা অপুনবা মৈতৈ জাতি নৎত্রগা লৈপাক শেম্নগৎলকপদুদা নৎত্রগা শেম্নবা হোৎনরকপদুদা মশানা য়ানীঙদবা ফুরুপ কাংলুপশিং নৎত্রগা য়েক-শল্লাইশিং য়াওদবা নৎলমদে। মখোয়দু মরুওইনা চকপা কাংলুপ-ফুরুপশিং অমসুং মোইরাং ঈরাংগী য়েকলুপ শল্লাইনি। চকপশিংসিদি নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাঙ অমসুং মতুংগী মতমদগীনা মণিপুর ইতিহাসকী শাংলবা মতমসি ফাওবগী মনুংদা মখোয় মখোয়গী মখুন-খুঙ্গং অদুগী খুন্দা-লৈতাফম ময়ুম-ঈংখোলগী লম, লৌউ-শীঙউফম লৌবুক, উয়োক-উকনফম, উমং-রামং

মচাশিং অমসিদগী হেন্না চাওবা লৈপাক মচাগী থাক্তা লৈবা লমকন অমত্তা উবা ফংদে। মোইরাং ঈরাংশিংসিগীদি মনীঙ মখা তম্বা লৈপাক-মচা অমা য়ামদ্রবা চহী ১৪৫০ দগী তাদনা লৈরম্বনা মমাঙঙেগী মতমদুদা "মৈতৈ" হায়বা জাতিগী মিং অমসুং ফিরানসিগী লমদাংদা য়াশিন-তোশিন্নবসি পুরকপা ঙমদবসিনা অপুনবগী মিং অমসুং ময়াম পুন্নমক্কী ওইবা অপুনবা লৈপাক অমা শেম্নকপগী থৌরাংসিদা মতম থীছুহন্নবগী মরম ওইরম্মী।

মতমগী খোঙচত্তি খঙনা-উনা অদুমক চৎখিবনা মতম ফনা কুইনা মোইরাংগী মনীঙ তম্বা লৈপাকসি মৈতৈ লৈপাক্কা লৌশিনখ্রবা অমদি মণিপুর তম্পাক্তা নিংথৌজা য়েক্কী নত্তনা অতৈ য়েক্কী মনীঙ-মখা তম্বা, নিংথৌ পানবা লৈপাক অমত্তা লৈতবা হৌবগী মতমদগী চহি ১৩৫ (চামা-কুন্থ্রামঙা) রোম হৌখ্রবা মতুংদা মৈতৈ লৈপাকসিদা মৈতৈগী লৈঙাক্লোনগী, খুন্নাইলোনগী, শেন্দান-শেনচৎলোনগীনচিংবগী মচৎ-মনাৎ (সংস্কৃতি/কলচর) লৈরিবা অয়াম্বগী হৌরকফম মরূশিংবু হৌদোকপীরম্বা অথোইবা নিংথৌ অমা পোইরে মৈতৈ লৈপাকসিদা খোঙদারকখিরম্মী। মহাক লৈঙাক্লোনগী চুপলী পায়বদা হৈ-শিঙবমুক খুন্নাইলোনগী অমসুং শেনবা-থুম্বারোনগী শনপোৎ খোইবদসু হৈ-শিঙবা অমদি মিৎয়েং শাননা উবা ঙম্বা নিংথৌরেন্নি। মহাক্কা মীওইবগী থম্মোই অমসুং পুক্নীঙ রাখলবু লৈঙাক্লোনগী লীপুন্না পুনবদগীদি লাইনীঙলোনগী অমদি লাইনীঙগী শাংলবা থৌরী লীশাংনা পুনবনা হেন্না চেৎলি, নাছোক্তে অমসুং পুক্নীঙ হকচাং পীথোকই, হায়বসি খঙলম্মী। হীরম অসোমদা মিৎয়েং থন্নুরবদি মহাকসি আর্য্যবর্ত্তগী মৌর্য্য নিংথৌ আশোক (273-236 B.C.) ডি গ্রেটকা খুদম চাংদম্নবা য়াই। মহাক্লা মৈতৈ নিংথৌদা লাইগী মতীক ময়াইগী শরুক খর চেল্লি অমসুং লাইয়িংথৌগী মহী ময়াইশিং করি করিগুম্বা মশা খঙনা নৎত্রগা খঙদনা ফোংদোক্লকই/শাফোংলকই হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা "লাইয়িংথৌ" হায়বা মিংথোনসি খৃঃ ১৬০৮ দা লৌরগা [মথক্কীসিদা, ৩৪] খৃঃ ১৬২২ দা খ্বাইগী অয়াবা ফংবা [মথক্কীসিদা, ২৭] সিদগী লাইনীঙলোন অমসুং লাইনীঙগী-লুরাংজৈ/লৈঙাক-রায়েনজৈ পায়খত্তুনা জাতি, ফুরুপ-কাংলুপ, শক-চু, পুক্নীঙ রাখন্নচিংবদা খেন্ন-খেন্নরবা অমসুং তোংঙান-তোপ্পরবা মীওই

কয়াবু মৈতৈ জাতিগী অমসুং রাজনিতিগী ওইনা অপুনবা লীংজেন মান্নবগী লীপুন্না পুন্নবা কৈশুম-থৌরী ওইকখি। মহাকসিবু মণিপুর ইতিহাসকী তাংকক অমদা "পোইরৈ নিংথৌহনবা, সনা হিহোনহন" হায়না খঙনৈ অমসুং মযুম খাগীবু ঙন্নগী শেনবী খাগেম্বা (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) হায়না ইতিহাসকী অঙানবা মতম তাংককশিংদা খঙনৈ। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মৈতৈগী লীংজেন মান্নবগী যুম্ফম শাগৎপদা শীজিন্নখিবা খুৎলাইদি— "লাইশিংগী থোঙজীন্দদি মীপুম খুদিংমকসি শাগে-শল্লাই নাইদে, জাৎ-কুচু খায়দে, নুপা নুপী নাইদে, পুম্নমক চপ মান্নে"—হায়বা লাইনীঙ-পাউতাক অসিনা ওইখিবগুম তৌই, মরম অসিনা মহাক্না মোইরাংশিং থাংজীঙ কোয়রেল্লাই অমসুং লাইয়িংথৌ নোংশাববুসু লাৎখি; অঙোমশিংগী লাই— সোরারেল (লাই কশা), নোংপোক নিংথৌ অমসুং অপানবী (পান্থোইবী), পুথিবনচিংববুসু লাৎখি; মৈতৈশিংগী লাই ফাৎলৌখোম্বা (সনামহী), মারজিং, ৱাংবরেন্নচিংববুসু লাক্নুনা মায়কৈ ঙাকপা লাই মরি (কৌব্রু, মারজিং, ৱাংরেন অমসুং থাংজীঙ) অমদি উমংলাই মাপন (মুৱা নিংথৌ, লাইয়িংথৌ হনবা, নাউকন, মোংবহনবা, চাখাবা, কৌবরেন, খল্লাংবা, লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা অমসুং মারজিং) গী লাইনীঙ হৌদোক্নুনা লাৎখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ৩৬, ৩৮, ৩৯, ৪১, ৩৮, ৩৬, ৩৬, ৩৮ অমসুং ৩৮ (মথংশীংনা)]। অদুগা খাবা-ঙানবশিংগীসু নোংপোক-নিংথৌ অমসুং পান্থোইবীসি মখোয়গী লাইনি [ম:চ:স: ১৯৯৯, ]। অদুগা চকপশিং অমসুং থাংয়িগীসু টাঙচু নোংথৌ সোরারেনসি মখোয়গী লাইনি [চ:খুন:খুন:খ: অমসুং চেংলৈরোন, খ:]। অসুম্না লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা অতৈ যেক-শল্লাইশিংগী লাইয়িংথৌ লাইবেম্মশিংবু নিংথৌজাগী লাইরৈবাক্কী পনগোয়নুংদা পুশিল্লক্নুনা মণিপুর তম্পাক্কী মী খুদিংমকপু অমত্তা ওইবগী ৱাখল অমসুং ৱাখল্লোনসি হৌদোকখিরম্মী। লাইগী লাকথোঙ থোঙজীন্দা মান্নবা থাক্কী অমগা অমগা মান্নবগী মিংথেং মখাদা লেপমিন্নবা, মান্নবা হক কনমিন্নবা অমদি মান্ননা থবক শুমিন-নোমিন্নবগী ৱাখল অসিনা মীপুম খুদিংমক্তা লৈঙাকলোনগী মান্নবা অমত্তা ওইবগী লীচিং কল্লমদবা লীপুন অসিনা তম্পাক্তা লৈরিবা মীওই অমমমগী লৈঙাক্লোনগী ফংফম থোকপশিংদু চপ মান্ননা পীদুনা মশা-মশাগী নোমজমন-মহৈ চাজনবগী পোবম য়াংলকখিরম্মী। মতমদুগী মণিপুরী খুন্নাইদুদা মী-মী

কাংলুপ-ফুরুপকী ওইনা থাক (Gradation) খায়দোকপগী লৈরোন/মীরোন (Stratification of social units) লৈজরবসু কাংলুপ ফুরুপ অয়াম্বদি মৈদিংঙু খাগেম্বনা শেমগৎ-শাগৎলক্লিবা লাইনীঙলোম্দা য়ুম্ফম ওইদুনা অপুনবা নিংথৌজাগী লৈঙাক্কী মৈতৈ খুন্নাই/সমাজ অমসুং মৈতৈ লৈপাক্কী শেমগৎলকপগী খোঙথাংশিংদুদা চঙশিন্নরকখি। য়াররোয়দবা মপা-মচা, মচীন-মনাউনচিংবা য়ানদবগী ৱাফমদি থম্মোইদা নৎত্রগা পুক্লীঙ ৱাখল্দা থম্নরগা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা য়াংলম্বা পোরম অসিনা অপুনবা মৈতৈগী য়েক ৭ (তরেৎ), শল্লাই ৯ (মাপন) পুনশিন্নরক্লবগী থোঙজাওদু হাঙদোক্লুনা লাওনা থম্লকখিরম্মী।

মৈদিংঙু পোইরৈ নিংথৌহন্নবা শেনবী খাগেম্বসিগী মতুং তারকপা মতমদা মহাক্কী লাংওন অহুম পোক্লগদবগী [ন:ম:, ১৯৯৮, ৩২] অহানবা লাংওন্নি হায়নরিবা মৈদিংঙু ময়াম্বা/গরিবনিৱাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) না লৈঙাক্লোনগী লীক্লমদা শা-লানগী, শাফম-লানফমগী অমসুং মতম অমত্তদা মায়কৈ অনি (নোংপোক, নোংচুপ) দগী জাতি অনি (ত্রিপুরী, ম্রাম্মা/বর্মীজ) না লান্দারকপা [খৃঃ ১৭২৪ গী অঙনবা মতমদা (চৈথা:কুম:, ২০০৫, ৮৪) দা থোকখি] গী লানগী মৈচ্রাং পাইরকপা মতমসিদা মৈতৈ খুন্নাইগী কাংলুপ-ফুরুপকী থাক খেন্নবগী মীরোনগী পরীং (System of Social Stratification) দুদা অহোংবা ৱয়া থম্লকখিরম্মী। মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা মৈতৈ-খুন্নাইগী মীরোন্দা থাক হল্লনা লৈপাক্কী চহিগী ওইবা মশান্নগী অথোই-অহেন তান্নবদা য়াওহন্দা থম্লম্বা [চেখোঙ, কৈরোই, কৈকোয়; খ:, অমসুং T.C.H. 2003, 56] বামোন, নাই, লোই অমসুং কৈবু পানা থোকহন্দুনা (Scheduled class তগী General Class তা কাহনবা) খুন্নাই-মীরোনগী থাক চিংখৎপীখি। অদুগা বামোনশিংসিদি মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা (খঃ ১৬৯৭-১৭০৯) না হিন্দু শাক্ত ধর্ম্ম লৌবা [চৈথা:কুম: ২০০৫, ৬৮ অমসুং সনা:লই:, খ] গী মতম খৃঃ ১৭০৪ দা অৱাংবা থাক্তা পুখৎখ্রবনি [মথক্কীসিদা] অমসুং মখোয়গী বামোন লোইশঙ লীংখত্তুনা বামোন হঞ্জবা অমসুং হিদংগী ফম হাপখ্রবনি [চৈথা:কুম:, ২০০৫, ৭৭]। অসুম্না মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ

মহারাজনা মীগা মীগা পোক্লক-শাংলকপগী, খুনহোং-কৈহোং লাকপগীনচিংবা হিরমশিংদগী খেন্নবা থম্লস্নদু থৌনা-লীংজেন পানবগী বা, লৌশিঙ ফবগী, মী ওইনা নুপা থোকপগী অমসুং থবক ঙম্নগী যুমফমশিংসিদা মিংয়েং থমদুনা লৌথোকখি অমদি তম্মী পুন্নমকপু থাক অমত্তদা থমদুনা [খুনুং শীঙখায়: খ:]; মীপুম খুদিংমক মহাক-মহাক্কী থবক্কী মহৈনা পাঞ্জনবগী মান্নবা হক পুন্নমক পীদুনা মথৌ, মঙম, মতীক, মথৌনা, মরৌশিঙনচিংবগী মতীক-মঙম য়েংদুনা চংনহন্লম্মী। হায়রিবা চংলম-লুপতীনগী বাখুনসিনা হান্নবা লোই ওইরম্বা মোইরাং [মশীন: লাই: খ: অমসুং খ: চ: স:, ১৯৭৪, ৮৩-৮৪] সু পানামচাগী থাক্তা কাদুনা মান্নবা থাক্কী থোং থাখি। কৈ, লোই অমসুং নাইশিংসু মী, মাগী মাগী মহুৎ অমমম পীরগা পানা মচাগী থাক্তা কাহনখিরম্মী [চৈখোঙ, কৈরোই, খ: অমসুং ম:স:ক:,' ১৯৯৪, ১৬৬ ]। হায়রিবা মৈদিংঙু গরিবনিবাজ মহারাজগী খুজীল অমসুং থৌশীল-থৌরাং (Conduct and policy-programme) অসিনা লৈঙাক্লোম্দা অপুনবা মৈতৈ খুন্নাই অমসুং লৈপাক অমা শেমগত্তুনা অরা/ব্রাম্মা লৈপাক্তা চহি থংন-থংননা, কুম কাংদনা খৃঃ ১৭৩৫, ১৭৩৬, ১৭৩৭,১৭৩৮, ১৭৩৯ অমসুং ১৭৪০ দা লান্দুনা অরা লৈপাক চায়খায়বা, খ্বাইরাকপা ঈরেন (হৌজিক খা থংবা কছারদা লৈরিবা, তুরেন ময়ায়দা চীঙদুম লৈবা ঈরেননি) য়ৌদুনা রাম-লক্ষ্মন খুরুম্বা ঙমখ্রিবনি [তখেন ঙ:,খ: অমসুং চৈথা: কুম:, ২০০৫, ৯৫]।

# ব্রাখোম-ব্রারোয়

মথক্তা থমজ্ৰিবা অকংবা ব্রাফম অমসুং ব্রারোল খরদংদা যুম্ফম ওইরগা শাগত্তুনা থমজিব্রিবা ব্রারম খরসিনা হৌজিক্কী ওইবা মিংয়েংদা পুরক্লিবা অপুনবা মৈতৈগী লৈপাক-খুন্নাই অমা শেমগৎ-শাগৎলকপগী ব্রাফমশিংদি মখাদা থমজরিবা খরসিনি।

(১) মৈত্রবাক মণিপুর পীক্রবসু পীক্লা মীশীঙ য়ামব্রবসু য়ামদনা মণিপুর তম্পাক অপুনবসিদগীহেন্দোক্তুনা তম্পাকসিগী অকোয়বদা লৈরিবা চীঙগী লমদম খরদা ফাওবা মণিপুর ইতিহাসকী মৈদিংঙু গরিবনিব্রাজগী মতুংদা অপুনবা লৈপাক শেমগৎলব্রা অমসুং অপুনবা মৈতৈ জাতি অমা শাগৎলকপগী লীচিংসিনা মহে ওইনা পুরক্তুনা লীংজেন মান্নবগী কাংখুন্দা চীঙ-তম নৎত্রগা চীঙমী-তম্মীশিং ফাওবা পুল্লম্মী হায়বসি লৈপাকসিগী ইতিহাসকী থেংথরক্লবা মতমগী খৃঃ ১৮৪৭ (তাং ২৬।১১।১৮৪৭ ইং) তা পাংথোকপা হৌরকখিবা চীঙমী-তম্মীগী অপুনবা হরাউ-কুম্মৈ "মেরা হাওচোংবা" হায়বা [মথক্কীসিদা,২৮৪] সিদগী খঙবা ঙমই।

(২) "অপুনবা মৈতৈ অমা" মণিপুরগী লৈঙাক্লোন অমসুং খুন্নাইলোন্দা নিংথৌজা য়েক্লা শেমগৎলকখি হায়বসিগী খুদম-চাংদমদি মণিপুরগী লাম্মীশিংনা য়েক-শল্লাই, যুম্নাক-শাগৈ থিনদনা অমসুং খায়নদনা অমত্তা ওইবা লাম্মী তেঙ্গোন্না শৌগৎপা অমদি লান চৎপা মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেন পুন্নমক্কী মকোক থোংলবা মৈদিংঙু গরিবনিব্রাজ মহারাজনা খৃঃ ১৭৩৮ [চৈথারোল কুম্বাবগী মতুং ইন্না খৃঃ ১৭৪০] দা হৌজিক্কী ম্যান্মাগী সগাইং/চেকং ডিভিজনগী সগাইং সহর [Sagaing/Tsit-King town of Tsit-King division in present Myanmar] গী ক্যাউঙমেদু (কোঙমতু, মৈতৈনা হায়বা) প্যাগোদা (Kyaungmyedu pogada) পী থোঙবাদা স্না খুৎশূ থাঙনা য়ান্দুনা থাঙফম থম্নল্লিবসিনি [মথক্কীসিদা, ১০০-০১ অমসুং Hervey, 1954, 123]।

(৩) মৈতৈ হায়বা জাতিগী মিং অসিগী ফিরান মখাদা মৈতৈ লৈপাক-মণিপুরবসিনা চহি তরেৎ খুন্তাকপ (খৃঃ ১৮১৯-২৫) দা মৈদিংঙুচা হেরাচন্দ্র, অমানা তাকু নিংথৌ (খৃঃ ১৮১৯ ২০) হায়না মিংথোনবসিনা অমসুং মহাক্কী তাকু তেঙ্গোনগী লাঞ্জিংবশিং অঙোম সুবুনাথমনি, অকোইজম খম্বা, য়েন্নাংবা অমু, মৈয়েংবা শ্যাম অমসুং মোইবাংথেম্বা লবঙ্গ [চৈথা:কুম:, ২০০৫, ২১৭] না লৌখিবা শক্তমশিংদু মণিপুর ইতিহাসকী লমায়দগী খক মুৎপা লৈররোয়দবনি।

(৪) অপুনবা মৈতৈ লৈপাক, খুন্নাই অমসুং জাতি অমা শেমগৎ-শাগৎলক্লনবগী থৌবাংসিদা হোৎনখিবা অমসুং পুখৎলকখিবদা শাংলবা মতম লৌখিরম্মী। হায়রিবা মতমসি খৃঃ ৩৩/৩৪ দগী হৌরক্লগা খৃঃ ১৪৬৬ কী মতম ফাওবসিনা লান্দাদুনা লান গুন্নগা মখম-লমদমদু খোপচিন্দুনা লৌবা অমসুং নমদুনা পুনশিনহনবগী মতম তাংকক ওইনা উজে। হায়রিবা চহি খৃঃ ১৪৬৬ সিদগী থাক-থাক ওইনা হিরম কয়াদা তোৎন-তিন্নদুনা খৃঃ ১৬০০ লোমগী মতম ফাওবদা চথবকপসিনা তোৎন তীন্নরকপগী মতম তাংকক ওইনা লৌবা যাই। অদুগা খৃঃ ১৬০০ সিগী মতমদগীদি মীওইবগী পুক্লীঙ-বাখলসি লাইনীঙলোন অমসুং লাইনীঙদা কাইদোং ওইদুনা খৃঃ ১৭২০ লোম ফাওবসিনা মীগা মীগা খেন্নদবা, য়ুম্লাক শাগে নাইদনা পুক্লীঙ-বাখল চুঙশিন্নরকপগী মতম তাংকক ওইবগী মীশিংগী মিৎয়েং লৈনবকপা ওইনা উজে। অসুম্না চুঙশিন্নবকপসিনা খৃঃ ১৭২০ গী মতুংদগীদি লীংজেন মান্নবা, অপুনবা জাতিগী, লৈপাক অমত্তগী মী অমসুং খুন্নাই অমত্তগী মীওইশিং ওইনা মানা মানা ওম্বা থাক্তা লৈপাক্কী অমসুং মীয়ামগী/জাতিগী থবক তৌনরকপগী মমিং অমসুং য়ুম্ফম উবা ফংই। অদুগা মীপুম খুদিংমক্তা ঐ মৈতৈনি হায়বা বাখল লাক্লখিবসি মৈদিংঙু গরীবনিবাজ মহাবাজগী সনা হাক্তক্তগীনি। মসি চাউবাক্লা খৃঃ ১৭২৪ গীনি হায়না লৌবা য়াই [মথক্কীসিদা, ৮৫]। অদুগা মপুঙ পুঙফা ফানা মৈতৈগীদমক্তা মশা কংখোকপা ঙম্লকখিবসিদ চহি তরেৎ খুন্তাকপগী মতমসিদগীনি।

মথক্কী নাফমশিং অসিদি খুদম ওইনা পঞ্জকননি। অসিগুম্বা অপুনবা মৈতৈগী থৌনা লিংজেন অমসুং বাখল্লোন অসি শাগত্তুনা লৈবসিনা খৃঃ ১৮৯১ গী বৃটিশকা মৈতৈগী খেনবা মৈতৈগী নীঙতম লানফমশিংনা মৈতৈ পাঙল,

চীঙমী, তম্মী কয়ানা বৃটিশ নোংমৈ গুলীদা মমা লৈপাক্কীদমক্তা। মথক্তাই কখোকখ্রিবনি অমসুং লান মায় পাক্লোয় হায়বা খঙলবসু জাতিগী অমসুং লৈপাক পানবা অমগী ঈজ্জৎ অমসুং ঈকাই খুম্নবা ঙাক্লনবগীদমক্তা লাম্ছেংনখিবনি। মরম অসিনা মহাক্কী মচেঙ চাদুনা মহাক্কী ঈশিং থক্কুনা চাওক্লবা ঈমা লৈপাক অমসুং মখোয়গী মরক্তা পোক্কুনা মখোয়গী মবক্তা। চিংলক্লবা ঈজাতি অনিসিগীদমক্তা মরুভূমিদা গুহা তৌরম্লবা লাইমাঙদা থাউমৈ অমম্বং কৎলমসি।

## মরী-মখোঙ উৎচবা

### (A) মৈতেলোনগী অফোংবা লাইরিক


১) ও:ভ:স:, ১৯৬৭ - ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ: নিংথৌবোল শৈরেং (ইম্ফাল-১৯৬৭)

২) ব:ভ:ফ:, ১৯৮৪ - হেমাম সোভা: য়াগৈরেন Vol. I (Journal, Moirang- ১৯৮৪)

৩) ও:ভ:স: -২, ১৯৬৭ - ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ ২: নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল- ১৯৬৭)

৪) ম:চ:স:, ১৯৯৯ - মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ: পান্থোইবী খোঙ্গুল (ইম্ফাল-১৯৯৯)

৫) চ:কু:শ:, ১৯৯৬ - চিত্রেশ্বর, কুলচন্দ্র: নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমা-মপা থিবা (ইম্ফাল-১৯৯৬)

৬) চৈথা:কুম:, ২০০৫ - লাই: ইবুংঙোহল অমসুং নিং: খেলচন্দ্র সিংহ, চৈথারোল কুম্বাবা (ইম্ফাল-২০০৫)

৭) ব:ক:শ:, ১৯৯৮ - বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা: খুমল নিংথৌরোল লম্বুবা

৮) ই: অ:, ১৯৮১ - ইরোম অমুবী: লৈহৌ নাউফমলোন (ইম্ফাল ১৯৮১)

৯) ন:ম:স: ১৯৮৯ - নোংমাইথেম মনাউয়াইমা সিংহ: চেংলৈরোন (ককচীঙ-১৯৮৯)

১০) ও.ভ:স:, ১৯৮২ - ওইনাম ভোগেশ্বর: মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল-১৯৮২)

১১) খু:য়:স:, ১৯৬৭ - খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ: পাখংবা ফম্বাল (ইম্ফাল- ১৯৬৭)

১২) ম:চ:স: ১৯৭৯ মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ্ পোইরৈতোন খুন্থোক (ইম্ফাল-১৯৭৯): লাইরিক মশামক

১৩) ন:খ:স, ১৯৬৭ নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: চাদা লাইহুই (ইম্ফাল ১৯৬৭)

১৪) ম:স্:ক.এ ১৯৯৪ - মণিপুর স্টেত কলা একাডমী: শাগৈ শল্লাইরোন (ইম্ফাল-১৯৯৪)

১৫) অ.ক.স., ১৯৮৪ - অঙোম কামনীবিধু সিংহ: অঙোম নিংথৌজারোল খুমদাবা (ইম্ফাল-১৯৮৪)

১৬) ব:ক:শ:, ১৯৯৬ বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা: য়াংখৈ মৈরাবা অথৌবা (ইম্ফাল-১৯৯৬)

১৭) ন:ম:, ১৯৯৮ - নিংঙোম্বম মনিজাও: মতম খোঙলৈ তাকপা শুয়াশিং (ইম্ফাল ১৯৯৪)

১৮) এম:জি:, ২০০৪ - Mayanglambam Gourachandra: লমমিৎলোন (ককচীঙ-২০০৪)

১৯) ইউ:এল:এ:, ১৯৮০ - ইউ:এল:এ: খুমন শৈবোন (পেনা অশৈবশিংদগী (খোমজিনবা) (ইম্ফাল ১৯৮০)

২০) ক:য়:স:, ১৯৭৪ - কাংজম য়াইস্কুল সিংহ: মীতৈ অশম্বা ইতিহাস (ইম্ফাল-১৯৭৪)

২১) খ:চ:স:, ১৯৭৪ - খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ: লোইয়ম্বা সিনয়েন (ইম্ফাল-১৯৭৪)

২২) শ:ন:স:, ১৯৭১ - শঞ্জেনবম নদিয়াচাদঁ সিংহ: ময়াম্বা গরিবনিবাজ (ইম্ফাল- ১৯৭১)

**(B) মৈতৈলোনগী খুৎয়ি লাইরিক**

| | | |
|---|---|---|
| ১) পা:লাই:, খ: | - | পাখংবা লাইহুই, খুৎয়ি, |
| ২) ক:স:প:,খ: | - | কংলৈসঙলেন পুবা পুয়া, খুৎয়ি |
| ৩) খা:যুম্বী:, খ: | - | খাগেম্বা যুম্বী, খুৎয়ি, |
| ৪) চ:খুন:খুন:,খ: | - | চকপা খুম্ভোক খুন্দা, খুৎয়ি |
| ৫) খোয়রী:নাউ:, খ: | - | খোয়রীফাবা নাউথেমলোন, খুৎয়ি। |
| ৬) অ:খো:,খ: | - | অঙোম খোঙহৌ, খুৎয়ি। |
| ৭) মা:লাং:,খ: | - | মাইচৌ লাংওন-লাসৎ, খুৎয়ি। |
| ৮) নাউ:ফ:কা:,খ: | - | নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, খুৎয়ি। |
| ৯) নুং:পোম্বী:,খ: | - | নুংবান পোম্বী লুৱাউবা, খুৎয়ি। |
| ১০) চায়নবোন, খ: | - | চায়নরোন, খুৎয়ি। |
| ১১) থা:হিরান:, খ: | - | থৱাঙ্থাবা হিরান, খুৎয়ি। |
| ১২) মিয়াৎ, খ: | - | মিয়াৎ, খুৎয়ি। |
| ১৩) মো:নি:ল:,খ: | - | মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, খুৎয়ি। |
| ১৪) চেংলৈরোন, খ: | - | চেংলৈরোন, খুৎয়ি |
| ১৫) চেখোঙ, খ: | - | চেখোঙ, খুৎয়ি। |
| ১৬) কৈরোই, খ: | - | কৈরোই, খুৎয়ি। |
| ১৭) খুনুং শীঙখায, খ: | - | খুনুং শীঙখায়, খুৎয়ি। |
| ১৮) মশীন, লাই: খ: | - | মশীন লাইরিক, খুৎয়ি। |
| ১৯) তখেন ঙম:, খ: | - | তখেন ঙম্বা, খুৎয়ি। |

### (C) ইংলেজীগী অফোঙবা লাইরিক


1) M L.B , 1979 - M.L.Bose: Historical And Constitutional Documents of North-Eastern India (New Delhi-1979)

2) N N.A., 1983 - N.N. Acharyya: Assam & Neighbouring States Historical Documents (New Delhi-1983)

3) C B.A., 1987 - Compiled by Authority: Gazatteer of Burma Vol. I (Delhi-1987)

4) T C.H. 2003 - T.C. Hodson : The Meitheis (Delhi-2003)

5) L K.D., 2003 - Dr. L. Kunjeshwori Devi : Archaeology in Manipur (New Delhi-2003)

6) B K.S 1988 - B. Kulachandra Sharma: Ancient Ethnic Groups of Manipur (Seminar paper read out in Nov. 1988)

7) R.R.S., 1985 - R.R. Shimray: Origin And Culture of Nagas (New Delhi-1985)

8) Hervey, 1954 - Hervey: Outline of Burmese History (Calcutta-1954)

# মণিপুর ইতিহাসকী নোং ঙাল্লমদায়দা লৈনুং য়াবীরোক

— ৱাহৈদোক —

লৈনুং য়াবীরোক হায়না হৈ-শিংলবা মণিপুরী ইতিহাস্কারশিং অমসুং ইতিহাসকী মহৈরোইশিং, ছাত্রশিংনা খঙনরিবসি মণিপুব ইতিহাসকী উরেপ-যাত্রা হুন্দুনা য়ুমলেপ চারা লীংলগা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ পানবা লৈপাক লেপ্পনবগী থোঙলেন-থোঙজাও হাঙদোক্লিবা অমদি মৈতৈ নিংথৌজা য়েক্কী নিংথেমচা শল্লাইগী-লৈঙাক্লোনগী থোং থারম্লিবা মৈতৈগী মবুংঙো-নোংদা লাইরেন পাখংবা নৎত্রগা নোংদা তুকুপ্লীক্কী অপোকপী পলেম মমানি। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা (চাওরাক্লা খৃঃ ৩৩/৩৪-১৫৪) না খৃঃ ৩৩/৩৪ দা মহাক্কী লৈঙাক-ৱায়েল-থৌদাগী মখাদা অপীকপা লৈপাক মচা (Princedom) অমা লীংখৎখি অমসুং মসি মহাক্কী মতুংদা ৫ (মঙা) শুবা খৃষ্ট কুমশীঙ চাগী অহানবা মশুঙ ফাওবা লৈরম্লগা লৈপাক চাওবা হেনগৎলক্লুনা হায়রিবা মতমসিদগী লৈপাক-মচা (Princedom) অমা ওইরকখি অমদি মদু মখা চখবকপা লৈঙাক্লোনগী পরীংদুদা ১৫ (তরামঙা) শুবা খৃষ্টগী কুমশীঙ চাগী অহুমশুবা মশুঙ ফাওবা চৎনরক্লগা মৈদিংঙু শেনবী ক্যাম্বা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) গী সনা হাক্তক্তগী মনীঙ তম্বা, মশা মতোমতা লৈঙাক ৱায়েন থৌদাজবা অমসুং মশাগী মনীঙ মখা তম্বা নিংথৌনা হাইনা হুম্লা পানবা নিংথৌ পানবা লৈপাক (Independents, autonomous and sovereign kingdom) অমা ওইরকখি। অদুগা লৈনুং য়াবীরোক্কী মচাঈবুংঙো নোংদা লাইরেন/তুকুপ্লীক অসিনা তৌখিবা অমসুং মায় পাকখিবা থবক পুম্নমক অমদি মহাক্কী চাদা-নাউদা ওইবা মৈতৈ নিংথৌশিংনা মনীঙ-মখা তম্বা নিংথৌশিং ওইনা মহাক্লা লীংখৎলম্বা লৈপাকসিদা লৈপাক্কী ঙমখৈ চাওথোকহন্দুনা চহী ১৮৫৭ (খৃঃ ৩৪ দগী খৃঃ ১৮৯১ ফাওবা) বোম মণিপুর ইতিহাসকী খোংলম তুখুন্দা পানখিবসি হায়রিবী পলেম মমা লৈনুং য়াবীরোক অসিনা মচাঙব ঙাসিগাদমক্তা তৌবীখিবশিং, মশাগী হকচাং ফাওবা কখোকাথবা,

মচা নুংশিবগী খুদোল অদুগী মহৈননি অমসুং মসিগীদমক মৈতৈ নিংথৌ, নিংথৌমচাশিং, নিংথেমচাশিংখক্তনা নত্তনা মৈতৈ পুম্নমক্না মহাক্কী লমন তোলালি, হায়না লৌবদা লাল্লোয়।

## লৈনুং য়াবীরোক্কী লৈঙাক্লোনগী শক্তম

লৈনুং য়াবীরোক, মণিপুর ইতিহাসকী লামায়দা তারিবা মৈতৈ নীংশংগী শক্তমদা খ্বাইদগী হেন্না অথোইবীশিংগী মতুংদা মণিপুর ইতিহাসপু খুমাখিবীনি। অদুবু মহাকসি মণিপুর ইতিহাসসিগী নোংঙান'-তু উরকপা, কাইসৈ য়েনখোং তম্লকপদা ইতিহাসকী মৈরা পায়দুনা থোক্লকখিবী শক্তম অমা ওইবনা মৈতৈ লাইরিক অরিবা শূবশিং ফাওবনা মৈতৈ নিংথৌশিংগী অয়োক-অকন, অঙাক-অখন্নচিংবগী লাই অহুম (নোংশাবা, পাখংবা অমসুং যুমজ'ও লৈমা/লাইরেম্মা) গী মনুংদগী অমনি হায়বসি নীঙশিঙবীদ্রে। হৌখিবগী পননা থত্তুনা থমল্লে।

## লৈনুং য়াবীরোক্কী মপুঙ ফাবা শক্তম

''যাবীরোক'' হায়বা মিংলেন অসি ''মিংথোন-মিং'' অমনি অমসুং মসি মীশক অসিনা নোংদা তুকুপ্লীকপু চাওননবা যোক্লকপা, শেম্বী-শাবীবকপা অমসুং য়েংবী-কোনবীবকপা অসিদগী লৈমা-নিংথৌকোনগী খ্বাংগোন লৈমচাশিং (Princess and princessess) গী মপী (নাউয়োকপী, নাউনেম্ইবী, নাউকোনবী নৎত্রগা য়োকচবী = Nurse) শিংদা পীনবা, কৌনবা মিংফম অসি মহাক্কী থৌদৌ-থৌওংশিংদগী ফংখিবা মাল্লি [ম:স:ক:, ১৯৯৪, ৮৭ ৮৮ অমসুং নোং:খু:ল:]। লৈনুং যাবীরোক্কী অশেংবা অমসুং মপুঙ ফাবা শক্তমগী লমদাংদা মমাঙঙৈগী অমসুং মাঙগী অহল-লম্মনশিংনা মচেক-ময়ানা যৈবা (Allegorical) নৎত্রগা প্রমান-পাছে তৌবা (Allegeable) গী মওং-মতৌ অমসুং মচৎ-লীচত্তা পীবীরম্মী, মদুদিঃ-

...পিরিৎনু॥ অরৈনু॥ মাইরেংহওপা চনু নোংতা নোংখললেমপী॥ লমনুং মপী য়াখচনু॥ চাখা নুবোন্ পিরোল্ য়াম্পী কৌএ॥ য়িম্চাউ লৈমা ওইপী॥ লৈম ওলক সানওনপী॥ নিংথৌ ওলক ওননা লৈমা ওইপী॥ লৈনুং য়াপীরোকনা

নোংতা লাইরেন পাখংপনে॥ নিংথেম পোকপা ব্বানে॥

[খ:য়ুম:, খু:ল: অমসুং ম:স:ক, ১৯৯৪, ১-২]।

অসিনি। অদুবু পীবীবল্লিবা ৱাবোলসি চাংয়েং তৌবগী পবমদা মিংয়েং থম্লকপা অমসুং ৱাফমশিংসিগী অচুম-অরান থিদুনা নৈনবকপদদি লাই-তীনগী নংত্রগা লাইওই-তীনওইবগী (Mythical or legendary) ৱাখল, ৱাখল্লোন অমসুং ওঙদা-নাতাদগী থৈদোক্লকই অমসুং মীওইবগী মচৎ মতৌ, লীচৎ শাজৎনচিংবগী চৎলম-পরমদা তাবকই।

লৈনুং য়াবীরোক্কী "য়াবীরোক" হায়বা মাম্ংসিগী মমাঙগী অহানবা মমিংদি মথক্কী ৱাবৌথোক (Quotation) সিদা য়াওবিবা - "মাইবেংহৌবা চনু, নোংদা নোংখললেম্বী, লৈনুং য়াবী যাখা চনু" হায়বসিদা মহাক্কী মপা, মহাক্কা মনুং চল্লুবিবা কাংজুপ ফুকপ (জাতি-উপজাতি) অমসুং মহাক্কী লৈনবী মচৎ/লীচৎ-শাজৎ তাক্লিবা ৱাহৈশিং— (১) মাইবেংহৌবা চনু (মাইবেং হৌবগী মচানুপী, মপাগী মমিংনা "মাইবেং হৌবা), (২) লৈনুং (য়াবী) য়াখা চনু (লৈনুং কৌবা লমদা লৈবা য়াখা মী কাংলুপ/ফুকপর্কী নিংঙোন) অমসুং (৩) য়াবী (অঙাং/মীবু কোনবী-শেন্নবীবনচিংবদা হৈ শিঙলবী নুপী) হায়বশিংসি লৌথোকত্রগা লেমহৌবিবা 'নোংদা নোংখললেম্বী' হায়বসিনি। অদুগা মহাক্কী শক্তাক-ৱাবোলদা অতোপ্পা লাইবিকশিংদা পীবশিংদি:

(১) ...পীবিৎনু, অবেং অহুম্বা মাইবেং হউবা চনু, নোংদা নোংখল লেম্বী ইমজাও লৈমা ওইবী, লয়মা অহুমথক তানফংবী, নিংথৌ অহুমনা পালনবী লয়নু যাবিবোক...

[চেখোঙ, খু:ল:, অমসুং ম:স:ক:, ১৯৯৪, ৪৮]

(২) ...পীবিৎনু, অবৈনু/অবেংনু, অহুমনু, মাইবেং হৌবা চনু নোংদা নোংখললেম্বী, য়ুমজাও লৈমা, লৈমা অহুমথক্তা তানফংবী, নিংথৌ অহুম পানফবী, লৈনুং য়াইবী লোক্লা [মথক্কীসিদা, ১২৮ অমসুং কৈবোই, খু:ল:]

(৩) অবৈনু, পীবিংনু, অহমনু, মাইরেংহৌবা চনু নোংদা নোংখল লেম্বী, লৈনুং য়াবীবোক্লা [লাংথাবাললোন, খু:লা:]।

(৪) পীবিংনু, অবৈনু, অহমনু, মাইবেংহৌবা চনু, নোংদা নোংখনলেমর্পী, যিমচাউ লৈমা, লইমা ৩ লকতা তানফংপী, নিংথৌ ৩ পান্‌ফপী, লাইনুং য়াপীবোক.. [কৈকোই, খু:ল:]

(৫) পাবিংনু, অহমন, অবেঙপা মাইবেঙ হওপা চনু নোংতা নোংখললেমপী, য়ামাও লাইবেমমা ৱোইপী, লাইমা ৩বকপ্ তানফংপী, নিংথৌ ৩না পানলপা লৈ য়াবিবোক .

[য়ুমলেপ, খু:ল:]

(৬) পিবিংনু।। অহমনু।। অবইপা।। মাইবেং হৌপা চনুনা।। নোংতা নোংখল লেমাপনা। লৈনুং য়াখুযাপ চনু চাখা নুবোন।পবোন যাম্পা।। যুমচাও লাইমা ওইপী।। লেমা ৩ লক ওইপী।। নিংথৌ অহুমনা পাননপি।। লৈনু য়াখুয়াপবোক্‌না [পা:ম:, খু:ল:]

অসিশিংসিনি রাই কে: শিমরে (Y K Simray) না নোংদা নোংখললেম্বীগী মচৎ মতৌ (Nature) গী/শাজং লীচৎকী ওইবা মমিং অমা অমসুং নংগ্রগা নহাক্লা। নোংদা লাইবেন পাখংববু নিংথৌ ফম্বালদা থাঙ্গৎলগ্রগা মমাঙদা লৈবক্লা খুনফমগী মতাংদা খৃ: ১৯৭২ দা খন্ন নৈর্ননীঙাই ওইবা ম্রাফম অমা ওইনা তাংখুলশিংগী খুঙ্গং রৈনাম (Reinam) খুর্নি হায়না পুখৎলকাই [খতু ৪৪, ১৯৭২, ৩৪]।

নোংদা নোংখললেম্বীসি মহাক্কী ঈনখৎলকপা অমসুং মপুঙ-মবৈ ফাববা পুন্সিগী লমদাং চৎলকপদা মহাক্কী মতমদুগী শানৌ লৈবাংশিংবু থেম্বা কয়াবু মহাক্কী শায়কৈদা চিংশিনবী অমাদ চেংলৌ শক্কী মকা ফল্লক্রবদা মতমদুগী মরাংবা থাক, খুৎকন পাঙ্গনবা, মীথক-থোংনা খুন্নাইদা মমিং অমসুং মফম লৈব্রা অর্মাদি অতেনা নুংশি-হঙ্গোয়না ঈকাই খুম্নবিবা মশানৌ লৈথি লৈথেম্বা

অহন্বু মতম অমত্তদা নুংশি-নুংওম্বনা লোইনবা ঙম্বী শকহেনবী অমা ওইনা য়েকপীরম্মী। মহাকসি অচাওরম পাম্বী, পুক্লীঙ লৌশীঙসু [illegible]খোনবী ওইবনা মৈতৈ নিংথৌজা য়েক্কী পুকোক পুরেন ওইরিবা [illegible] কৌবদুগী চাদা নাউদারকপা "পুরিংলেন" হায়না মিঙ্গৌবা, পুরৈরোম্বা হা[illegible] মিংথোনসু ফংখিবা নিংথৌমচা অমগী লৈঙাক-খুনাই[illegible] (Politico-Socio Cultural) চৎলম কাংলোন্না যারবা তাঙ্গোই (Legal and Formal consort) ওইনা য়ুম্বানবগী পুক্সিদা খোঙনাপ[illegible] [illegible] [illegible]নবগী পুক্সিদুদা মপুরোইবা পুরিংলেন্না পুক্সিগী [illegible] তেল্লকপনা মহাক অমসুং মহাক্কী মপাবী নোংদা তুকুপ্লীকপু থাদোক্লগা ওইনা [illegible] পাই[illegible] খমুং শরা পোন্দা নুংশি মিরেন লাংখিবনা লুপ্পা শীঙদা চক্তৌখি অমসুং মহাক্কী মপুরোইবা পুরিংলেন পুরৈরোম্বনা খঙহৌদনা য়াইবী থম্বাই চুপখিবা মফমাসি নোংপোক লইহওচীঙ (লৈহৌচীঙ) দনি [ক:স:প:প:, খু:ল:]। হৌজিক নোংমাইজীঙ চীঙগী চীঙথক্কী থেন অমদা পুরৈরোম্বা য়ুম্ফম হায়দুনা পুরিংলেনসিগী খুবম লৈরি।

নোংদা নোংখললেম্বীনা মপুরোইবা পুরিংলেন পুরৈরোম্বগী তাউজীং হৈবাং হৈরুনা চনু চরে চিন্দুনা মচানুপা অমা পোকচরবদা মহাক্কী কোল্লোই মমিংগী মিংহৌ ৱাহে লৌদুনা মপারীবু নোংদা তুকুপ্লীক মিংথোঙখি অদুগা মহাক মশানা মিংথোন-মিংফম লৈনুং য়াবীরোক হায়বসি ফংখি-লৌখিরম্মী।

## য়াবীরোক্লা থৌদাং থৌপুরকপগী লংজীন

লৈনুং যাবী য়াখা চনু য়াবীরোক্লা, মপুরোইবা পুরিংলেন পুরৈরোম্বনা চহি অনিখক্তদা মপারীবু হুন্দোক্লম্লগা নোঙ্গাম্লবদা নুংশি খুদোল থম্লম্লগী নুংশি'লমন শিংনবা নুপীমচা থৌদাং লৌদুনা থৌপুরকপগী লংলা- লংজীনবু মমাঙঙৈদগী ইদুনা থম্বীবম্বা অঙৌবা চেবাংথক্তা খুদম চাংদম উৎপা নৎত্রগা থৌপাং- ৱাপাং পীবা ওইনা লৈবিবশিংগী লাং কাইবগী পরীং অমসুং পরমদা মিৎয়েং থম্লকপদা অমসুং লেমলৈ খুৎহুম্লকপদা থেংনরিবা নোংদা নোংখলেম্বী নৎত্রগা লৈনুং য়াবীবোকসি ৱাখল লৌশিঙ থৌবী, পুক্লীঙ ৱাখল মবা তানা

চেংগী, মপুঙ ফানা খাখল খন্থবা ওন্থগী মতীক লৈবী, পায়ক্ক-তৌরবা থবক্তা উইন কনবী অমসুং নুংশি-নুংঙোন্দা ঈরাং পুনা মীওয়ী ওইবগুম কায়না মৈশাগী ঈনুং শীবাংনা মোল্লাং চোংগী, কায়নত্তবা নুংশিবদা খাশক চেংগী অমসুং মপারী নুংশিবদা থবাই-হকচাং য়োম্লোকপা ওয়ী অমসু ওইনা মমাঙগী অইবশিংনা খোর্জে থাবীরম্মী। হায়রিবা পুক্রীঙগী শাক্ব-চৈথাশিং অমদি খাখলগী পোখাং-পোৎলুমশিং অসিগী মচীঞ্জাক হুন্নবা/তম্নবা অমসুং শীননবগীদমক্তা মহাক্লা মহাক্কী মপারী নোংদা তুকুপ্পীকপু মহাক্কী মপা-মপুগী অবাংবা থাক অমসুং নিংখেমচা-নিংথৌমচা ওইবগী পল্লেপ-পান্দম লৈরিবা খুন্নাইগী মীওইশিংগী থোং মাল্লদবা থাক অমসুং নিংথৌমচা অমা ওইবগী লৈরিবা মফম অদুদা লেপহন্নবগীদমক্তা মহাক্লা অতৈগা চুঙশিন-চাশিন্নবা য়ানবগী শক্তম অমদা ময়ামগা পুন্না পানিমিন-লৈমিন্নবা য়াননবগী খোঙফমদা লেপ্পুনা লৈরকখি।

লৈনুং য়ীবীরোক্লা মণিপুর ইতিহাসকী ফম্বাক্তা শান্নখিবা থৌদোক-খাথোক্কী মশকর্শিংসি ফিজঙ মরূমদা শান্নরিবা লীলা অদুগী পরমদনি। অদুবু তশেংনমক হায়ববদি উৎলিবা লীলাগী ফম্বাক্কুদা ফিজঙ মরূমদুদগী মঙাল অমসুং মমি অনিমক্লা ফাওদোবক্কুনা মিৎ থক্লা উর্তাল্লিবা মৈতৈ নুপীশিংগী মনুংদগী লমজিং মৈরা পুরিবীগী ফিরেপ অমনি। মণিপুব ইতিহাসনা শাক্কী ওইরগা মসিগী পনখৈ মনুংদা থোকখিবা অমসুং পোকখিবা মণিপুরগী নৎত্রগা মীওইবগী লূ-তোংনা শাবা হকচাংগী ওইবা মৈতৈ নুপী অমতনা মহাক্লা তৌখিবা থবকশিং অমসুং পাংথোকখিবা থৌদৌ-থৌওংশিং অদুগী মপা চানবা অমতা তৌবা ঙমখিবগী রেকোর্ড লৈত্রি, হায়বা য়াই। মৈতৈগী মবুংঙো নোংদা লাইরেন পাখংবনা মৈতৈগী নিংথৌ শাগৈ, নিংথেমচা শল্লাই অমসুং নিংথৌজা য়েক্কী পরীং লাংশঙ হুন্দুনা উরেপ-যাত্রা হুল্লগা অপুনবা মৈতৈ লৈপাক, মৈতৈ জাতি অমসুং মৈতৈগী অপুনবা সমাজ অমা শেম্নবগী লম্বী থোল্লম্লিবা অমদি মণিপুর তম্পাক্কী চোয়না চোয়না মনীঙ তম্না লৈরম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাকশিংবু ১৫শুবা খৃষ্টগী কুমশীঙ চাদা পুন্না তীনশিন-পুনশিন্নদুনা অপুনবা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা শাগৎলগা খৃঃ ১৮৯১ দা মতমদুদা মখোয়গী সম্রাজ (Empire) দা নুমিৎ তাবা লৈতে হায়নবা য়ুনাইতেদ কিংদমগী খুৎকন-পাঙ্গল্লবা বৃটিশশিংগা

মায়থীগনি হায়বা খণ্ডলবা ফাওবদা জাতিগী ঈজ্জৎ অমসুং মনীঙ তম্না লৈপাক পানবগী ঈকাই খুম্নবা ঙাক্লনবগীদমক্তা লান থেংনখিবা অমসুং ঙসিগী চীঙমী-তম্মীনা পুনবা, চীঙলৈপাক-তমলৈপাক তীন্নবা মণিপুর অমা মৈতৈনা ফংজাবিবা পুম্নমক অসি লৈনুং য়াবীরোক্কী মচাঈবুংঙো নোংদা তুকুপ্লীক্লনা তম্না খুদোল্দুগী অবদান (Accomplished/glorious act/achivement) নি। হায়রিবশিংসি ফংহন্নবগীদমক্তা লৈনুং য়াবীবোক্লা মহাক্কী থম্মোইগী থম্বালগী লৈনা শেগায়দুনা নুংশিজরবা মপুরোইবনা পীশক পীক্লা খুৎশন্নবন্না মজাঈবুংঙোবু নিংথৌ ফম্বালদা থাঙৎনবগীদমক্তা মহাক্কী মীওইবগী হকচাংগী ওইবা মশা অমসুং পুক্নীঙগী ওইবা ব্রাখলগী লৈজবা পুম্নমক মহাক্কী নুংশিজববা মচা ঈবুংঙোগীদমক্তা খুদোল তমখিবনি।

লৈনুং য়াবীরোক্কী মথক্তা থমজখ্রিবা মহাক্কী মপাবীবু মীথক থোংনা অৱাংবা থাক্তা কাহন্নবা অমসুং মশাগী পুক্নিবু মমল লৈহন্নবগী পান্দমশিংসিবু থবক্তা ওহোক্লনবগীদমক্তা চঙশিল্লকপা খোঙজঙদা মহাক্লা লৌখিবা শকলোন অমসুং শক্তমশিং অদুগী পায়খৎখিবা থবকশিং অমদি থবকশিংদুদগী ফংখিবা মহৈশিং পুম্নমক অদুগী লংলা-লংজীন (Clue) অমসুং খুৎফম-খুনাম (Key)। শিংদি মৈতৈগী শক্তাক্লমদ্রবা অমসুং শকখঙ্ডমদ্রবা সাহিত্যকাব নৎ ব্রগা কুম্বাবোন ইবা অমনা নীঙথিববা অবিবা সাহিত্যগী লোন্দা-পুদা অমসুং মচৎ-মত্তৌগী পবমদা পুথোক্লনা থম্নল্লিবা ব্রাহৈ পবেং অদুগী মনুংদা খোমজীন তাশিন্দুনা লৈবি অমসুং হাযজবিবা অবিবা সাহিত্যগী লোন্দা পুদাগী ব্রাহৈ-পবেংসি মথক্তা মৈতৈ লাইবিক কয়াদগী লৌখৎচদুনা থমজগ্রে। অদুবু নৈনগদবা ব্রাফমগী খুদোংচাবা লৌজদুনা অমুক্তসু হন্না মখাদা থমজনিঃ

পীবিৎনু, অবৈনু, অহুমনু, অবেংপা-মায়বেং-হৌপা চনু, নোংঙ নোংখনলেমপী, লৈনুং য়াপী য়াখু চনু, নুবোন্ পীবোন্ য়ামপী, য়ীমচা ও লৈমা ওইপী, লৈমা অহুম্নক সানওন্পী, নিংথৌ অহুম্না পানাপী, লৈনুং য়াপীবোকনা নোংঙা লাইবেন পাখংপ-নে।

## অরাইবা/হৌজিক্কী লোনদা ওন্থোকপা

নোংদা নোংখল্লেম্বী, মহাক্কী অনীঙবা-অপাম্বা ফংননবগী চঙশিল্লকপা খেন্ন-খেন্নরবা খোঙজঙ কয়াগী পরীংদা মশক মমিং মান্নদ্রবা মীশকশিংদা পীরিংনু, অরৈনু অমসুং অহুমনু হায়না মমিং হোং-হোংদুনা চঙশিনখিবী, লৈনুং [কুম্বা/অনেম্বা লম (Low land, netherland)] গী লমদমদা পাল্লম্বা য়াবী যাখু কৌবা শক্লাইরবা নুপা অমদগী চাদা-নাউদারকপা শাগৈদা পোকপীসি চাঁরে ফিদুপ নাইবগুম নুপী লোনবা অমসুং নুপা লোনবগী মচৎ-মনাৎ লৈবী অমা ওইনা মতমদুদা খুৎকন-পাঙ্গল্লবা অমসুং খ্বাইগী মা ঙজীন থানা শক্লাইরবা নিংথৌ (Chieftain/Chief) অহুম [সোরারেন অরিবা অহুম (অঙোম সোরারেন = পুরৈরোম্বা অঙৌ/অঙৌবা (?); লুৱাং সোরারেন = লুৱাং লংমাইবা (?) অমসুং থাংয়ি সোরারেন = থাংয়ি সোরা পুকতাং)] গী মফমদা চেংলৌ শক্লোন পুদুনা মশক-মমিং হোংনা-হোংনা [অঙোম সোরারেন্দা পীরিংনু কৌদুনা, লুৱাং সোরারেন্দা অরৈনু কৌদুনা অমসুং থাংয়ি সোরারেন্দা অহুমনু কৌদুনা] মরুম্বী (Concubine/Paramour) ওইনা মতম অমত্তদা লোনচৎননা, হৈরাং লোঞ্জা-চা, লৈরাং লোঞ্জিন-চীনমিন্নবগী লাং থাক্লুনা ফাখিরম্মী অমসুং মচা ঈবুংঙোবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎনবা, মতমদুদগী মী কাংলুপ-ফুরুপ পন্নমক্কুগী নিংথৌ ওইহন্নবা অমসুং হায়রিবশিংসি মতীক-মঙম, মপাঙ্গল-ময়াইনচিংবা ফংহন্নবা অমদি মপারীনা পায়হন্নবগীদমক্তা লৈনুং য়াবীরোক্লা মীশক অমত্তনা মীওই অহুম থোকপা নুপী অমত্তনা নুপী অহুম শুহনবা, শক্লোন অহুম লোনবগী শক্তমসি পুথোকখিবনি। অসুম্না মপারীগী মপাঙ্গল চাওননবা মশাগী হকচাং কথোক্লুনা লৈপাম্বা খোইমুদা পীরগা পোইরৈগী নিংথৌ ফম্বাল ৱানখিবা অমদি মপারীবু কদায়দা, করি শোয়খিগদবগে, কনানা লাকচ'খুদুম চনখিগদবগে অমসুং কৈদৌঙৈ, করম্না খুদোংথীবা অমসুং লাইবক থীবা লাক্কদবা, মদু করম্না ঙাকথোকখিগদবগে হায়বসিদা মিৎয়েং থমদুনা অমদি চেকশিল্লা শেন্নদুনা অঙাক-অকন, অয়োক-অকোন তৌবীবা লাইরেম্বী অমা ওইনা মপারী নোংদা লাইরেন পাখংবগীদমক্তা মহাক্কী পুক্নীঙ-ৱাখল, থম্মোই অমসুং য়াইবী-থৱাইনা লৈখিবা অদুনা মতুং তারকপা মতমগী মখা শমথরকপা মৈতৈ নিংথৌশিংগী পাল্লিবা নিংথৌ শাগৈগী, নিংথৌ মহাক্কী ঈমুং-মনুং অমসুং

মহাক্কী থৌশীল-থৌরাং, লৈঙাক-থৌদা, য়ায়েল-থৌপুর্নাচিংববু ঙাক-শেল্লিবী, অয়োক-অকন তৌরিবী নিংথৌলাই ওইনা "য়ুমজাওলৈমা য়ুমশঙ-য়ুমঙাকপী, য়ুমজাও লাইবেম্মা/লাইরেম্বী" হায়বা মিংলেনসিগী মখাদা ঈরাৎচদুনা লৈবি।

মথক্তা থমজরিবা ইশিন্দুনা থম্বীবম্বা য়াবোল অমসুং শাগৈ-শল্লাইরোনগী চাদা-নাউদাগী লীক্লম পরীংগী ঈ-পাউগী লীখুনশিং অসিনা ঙাম ঙসিগী মিৎয়েংদা পুবক্লিবদিঃ- মণিপুর ইতিহাসকী নোং ঙানফুং-ঙানয়ুং তৌরকপগী মতম অদুরাইদা লৈবম্বী চুঙ-ফিবান চানা, নুপী ওইবীগী মীওই মীতৌ চুম্না ফজববী মৈতৈ চনুবাশিংগী মরক্তগী অমা ওইরিবী নোংদা নোংখম্লেম্বী হায়বী, লৈনুং লমদমদগী হৌবকপা যাবী য়াখুগা শাগৈ-মচা মায়পে তৌনা কৌবগী মচানুপী অসি, মহাক্রা ময়ুম পান্দুনা মহাক্কী অমত্তা পোকচবনা মচানুপা "নোংদা তুকুপ্লীক" হায়রবসি পোক্লবা মতুংদা মহাক্কী অনোয়বা ফাংখদা শাগোন্নখিবা মম্মিং "যাবীবোক" হায়বসি ফংখি অমসুং হকপান্নবা মপুরেল্ইদ লৌশিংবা মতুংদা মহাক্কী নুংশি হেকমায কামিন্নবা মকন্বী (Paramou ) অমম মতম তাংকক অমত্তদা লৈবম্মী অমদি মখোয তেংমদুদা অমদা পীবিৎনা, অমদা অৈবনু অমসুং অমদা অল্মমনু কৌদুনা লোইনবম্মী। মণিপুর ইতিহাসনা অমসুং নৎত্রগা সাহিত্যক/ঐতিহাসিক/পৌবানিক লাইবিক নৎত্রগা পুযা অমত্তনা যাবীবোক্কী মকন্বী অহুমদুদগী অমত্তবু য়াবীবোকসিগী মচানুপা (নোংদা তুকুপ্লীক লাইবেন) সিগী অশেংবা-অপোকপা মপানি হায়না পীবা, খুদম-চাংদম উংপা, য়াপা-য়াপাং (Fvidence) পীবা, য়াখুন পোমিং উংপা নৎত্রগা লং-লং লংজীন তাকপা লৈতে [পাংলা.; খু.ল পা.ফম , খুংল., পা লম: থ. খু ল ]। অদুগা হায়বিনা খুংকন্ন পাঙ্গল্লবা অমসুং শক্লাইরবা নিংথৌ/সোরাবেল/নংগ অমসুং আস লৈনুং যাবীবোক্কী পুথোক্লিবা শক্লোনশিং অমসুং থৌশাল-থৌবাংনা নোংদা তুকুপ্লাক হায়বা য়াবীবোক্কী মচানুপা অসিগী অয়োক-অকন ওইবা মপা. তুকুপ্লীক শেংবা মপন অমসুং লাঙ্গোন-নাউকোনবীবা পণ্ডৌ ওইনা পুশিল্লক্কুনা শারেম্মা অদা। লৈনুং যাবীবোক্কী মশাগী ওইবা অবোনবদুদি মহাক্কী থম্মোই লাই শমনুংদা পক্লা পা ফংবোমুংদা অদুম লৈবনা মমাওগী অমসুং মমাঙঙেগী মাইচৌ ... কাথিবাশিংনা হৌখিবগী চৎলম ইন্দুনা লৈনুং যাবীরোক্কী শক্তম পদা য়াখন্দনা খণ্ডনবা পবীং অমগী উচন-উফমদা তাদুনা

লৈরিবা হায়দোক-ফোঙদোকহৈদবগী মশক অমা ওইনা তাবুনুংদা লীদুনা থম্লীরম্মী। অখণ্ডবদা খণ্ডসনু, হংলক-থিরকপনা খণ্ডনবগী মরম ওইসনু হায়দুনা থুপ্লম্লসি মতম ফিজঙ হাইদোক্লকপা ঙাইদুনা লৈরিবনি।

## লৈঙাক্লোনগী ফম্লাক্তা য়াবীরোক্কী শক্লোন

লৈনুং য়াবীরোক, মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবগী অপোকপী মমাগী লৈঙাক্লোনগী ফম্লাক্তা শক্তম লাংলম্লা শক্লোনসি, মথক্তা উৎচখিবা, মমাঙদা ইথীরম্লশিংদগী শস্তোক-লৌথোকচরকপা ৱারোল মতেক অসিদা উহল্লিবা/উৎলিবসিগী মতুং ইন্না মণিপুর ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওইবা অমসুং মমল হায়নীঙঙাই লৈতনা ৱাংবা ইতিহাসকী মচাক-মরন নৎত্রগা ঈ-পাউশিংসি ঈচম চম্না য়েংবা মিংয়েংদা মচী-মরূমদা লোনচৎনবী, মরূম্লী মরোন নাইনা সমাজগী মিংয়েংদা ফিরোন নাইনা শেৎপগুম লমচৎনবী নুপীগী শকফমদা মমি-শামি ওইনা লেপ্লিবী অমা ওইনা খ্বাই মীয়ামগী ওইবা নুপী ওইবীগী শক্তমশিংদা অমকপা চায়শিন্দনবগী শাফ-ৱাখল অমসুং য়াইফ- পুক্লীঙগা ঈরোইননা উৎপগী মশেন-মরাং ওইবা মঙাম্না শকউহল্লি। অদুবু মণিপুর ইতিহাসকী নোংঙাল্লমদায়দগীনা নোংঙান' তু উরকপগী মতম তাংকক্তুদা লৈপ্লিবা অমসুং থোর্কাপ্লবা লৈঙাক্লোনগী লৈঙাক-খুনঙাক, লৈকন-খুনকন্নচিংবা অমসুং লৈপাক ঙাক্লনবগী থৌদা-থৌশীল, থৌগায-থৌরাংনচিংবদা থৌদাং লৌনখিবা, থবক পুনর্খিবাসি থিজিন-হূমজিন্দুনা নৈনরকপদদি লৈনুং য়াবীরোক্লা মতমদুগী রাজনীতগী ক্ষেত্রদা লেপ্লিবা শক্তম, লৌখিবা শক্লোন অমসুং পুথোকখিবা শকফমশিংসি য়াম্না মরুওইবা মশকশিংনি। মরমদি মদুশিংদুনা মতমদুগী মণিপুরগী চাঁঙমী অমসুং তম্মীশিংগী খ্বাইদগী হেন্না মতীক-মঙম/মপাঙ্গল লৈরবা লানলোইনবা অমসুং শীনলোইনবগী মশক নাইববা বাজনিতিগী লুপকী শক্তম অমা শাগৎলিবা মতাক্কী মতেং পাংলিবশিংগা লোইননা থবক পায়খৎলি অমসুং পায়খৎনবগী মরম-লীক্লম য়াৎলিবা রাজনিতিগী লুৱাংজৈ (রাজদণ্ড = Sceptre/staff) পায়রিবী অমগী মপুঙ ফারবা শক্তমনি। মহাক্কী থৌশীল খাথংগী মরমদা মতমদুগী খ্বাইদগী হেন্না খুৎকন-পাঙ্গন্নবা শেল্লোই-লংমাইচীঙ (নোংমাইজীঙ) গী মবুংঙো পুরৈবোম্বা, শেল্লোই লংমাইচীঙদা পানবা লুৱাং

শম্লাইগী লুচিংবা লাঞ্জিংলেন লুবাং লংমাইবা অমসুং সেম্লোই লংমাইচীগী লংমাই-ৱাইরোকচীঙদা পানবা থাংগ্যি (চেংলৈ/শরাং-লৈশাং) গী নিংথৌনা থবক পায়খৎকদবগী পাউ লাকপা ঙাইদুনা লৈরিবনি [পা:লা:, খু:ল:]। অসুম্না ময়ামদগী অতোন-অরেম ওইনা লৈরবাসিগী মৈতৈ লাইরিক-লাইশ্নগী পরীংদগী শাগৎপা ৱাফমশিংদু মখাদা থমজরিঃ-

নোংদা নোংখললেম্বীসি মহাক্না মপুরোইবা পুবিংলেন পুবৈরোম্বগী তাম্লোই যুমঙাকপী ওইনা লৈরিঙেগী মতমদুদা খাজনীঙঙাই ওইরবা যুমগী নুপী যুমলৈমা, মপুরোইবা নীঙবী তাম্লোই অমসুং লম য়ৌনা শকহেনবী ওইববসু হায়বা ইনবী অমা ওইরকখি হায়বসি মহাক্না মপুরোইবনা পীরম্বা খুদোল চহি অনিখক্তা ঙাইবিবা মচানুপা নোংদা তুকুম্নীকপু নুংশি খুদম ওইনা মী ওইনবা শেম্বদগী হেন্দোক্নুনা মতমদুগী অথোইবা নিংথৌগী ফম্বালথক্তা থাঙৎখিবা অদুনা খুদম-চাংদম ওইরি। মহাক্কী অসিগুম্বা মপুরোইবা নীঙবা, মহাক্কী মফমদা থাজবা থম্বা, মপুরোইবগী মফমদা মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌ তৌবনচিংবগী গুণশিংসি চেন্নমদ্রবদি মহাক অঙোমগী যুমলৈমা ওইনা লৈরম্বা য়ার্বনি। মহাকপু মপুরোইবনা মহাক মতোমতা ওইনা পীক্লিবা মচানুপা, মতোমতা ঙাইজরিবা মপারী অদুবু য়োক-থাকপা, চাওননবা লাঙ্গোনবনচিংবগী পোৎলুম অদু থোঙৎপীবম্লগা মালেম তাইবংপান থাদোক্নুনা চৎখ্রবসু মহাক্না পুন্সিগী লানফমদা মায়থীরবী অমগুম খুবাম তিংনা কপ্তুনা লৈথোকখিদে অর্মাদি ঈরাক্লরবা মীগুম ইকা অমা ফাওবা লাম্বগী ৱাখলদু তৌখিদে। খুত্তুম শীঙনা অৱাংবা লোইবী চীঙজাও কাখৎলরকখি।

লৈনুং য়াবীরোকাসেনা পায়মা লীনা ঙানবী, পুক্নীঙ লৌশিঙ চঙখোনবী অমসুং মতমদুগী সমাজগী ঈরাং খঙবী ওইবনিনা মহাক্কী মখুন খুন্নাইগী, শাগৈ-ময়েকচাগী অমসুং মীখুঙ্গং-মীয়েকচাগী লুচিং' ফমলেন ওইবশিং অর্মাদি যেকলুপ পীবা ওইবশিংগী থাক, মঙম্লচিংবা মহাক্কী মমিত্তা উবিবশিংদু চনীঙ তানা খঙজিন্নম্মী। অদুগা মহাক্কী মচানুপাবুসু মহাক্কী মপাঙ্গবুংঙোনা ওইবম্বা থাক, খ্বাইগী ঈকাই খুম্নবগী ফিবমগী, মফম কল্লিবা অদুগুম্বা থাক অদুদা পুখৎপদা নত্তনা মীথোই-মীহেয়া মতমদুগী সমাজদুগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা মফমদুদা

থাঙ্গৎকে হায়না চেৎনা নীঙর্জখি। মহাক্না পান্দম্লিবা ৱাখলগী থাক অদু ফংনবা চঙশিন্নবগী অহৌবা লমদাংগী মতমদদি মহাকপু শৌগৎ-ঙাকখৎপীননবা অমসুং থাঙ্গৎ-পমখৎপীনবা তেংবাং পাম্লে ৱাৎপনা মহাক লৌশীঙ-লৌনাঙনবগুম লৌবল্মী। অদুবু মহাকসি মশানা মশাবু থাজজবা মীওইনিনা নুপীমচা ওইজরবসু নীঙবা কায়বগী দাংদা থুদুনা আশাগী ময়োল তেকপদুদি তৌখিদে। অদুগা মহাক্না শায়বা- কল্লগা ওইনমলকই, নোম্না কল্লগা ফম্মেন ফংই, হায়বা পাউরৌ-পাউতাকসিগী ৱায়েল মখাল্লা চৎখিবগুম তৌই। মহাক্কী পুন্সি খোঙলোই ওইদুনা ৱারে ৱামিন্নদবা, নুংঙাইয়ে নুংঙাইমিন্নগবা মীরল্লেনগী খোঙবু অদুসু তাইবং মপুগী নোংদম্লা খাংভুথক্তা কেমত্রবসু পুন্সিগী মহাউদি হোৎনবনা পুরকপা মহৈদা লৈ অমসুং হোৎনবগী পাম্লেদি মশক নাইদে হায়না খল্লকখি। মরম অসিনা মহাক্না শক্কী কৈথেল কাদুনা চীম্বালগী নুংশিবা য়োনগে থোক্লকখি, লৈঙাক্লোনগী মপাঙ্গল লৈদুনা নিংথৌ-ফম্বাল মনতীক্লগে চোংথোক্লকখিরল্মী। অচৌ-অশাংনা পাসগদবা অকন-অথৌনা খোয়দাগদবা, মপাঙ্গল কনবা নুপাশিংনা মিহৌগদবা অমসুং নিংথৌ ওইবশিংনা কল্লকচগদবা পোৎলমশিং অদুদমক পুক্নীঙগী অনীঙবা শেম্দোং ফংননবা অমদি ৱাখলগী পান্দমগী মমল পীবা ঙমগদবশিংদুদমক যোল্লল্মী। অদুগা লোইননা মতমদুগী চীঙদা তোংবা চীঙবুবোই অমসুং তমদা পানবা তম্বুরোইশিং ওইনা লৈরিবা লৈঙাক-লৈকনগী, লৈপাক-ৱায়েল থৌদাগী অমসুং লৈঙাক্লোনগী পরীংগী খোংবান্দা তারিবা অমসুং তোৰ্বান্দা লেপ্লিবশিংগী মফমদা মশাগী হকচিনবা মিৎয়েং থমদুনা য়েংবা অমদি য়েংশিনবা হৌবক্লল্মী।

লৈনুং য়াবীবোক্না মতমদুগী মণিপুর তম্পাক্কী কংলৈ ময়োল ওইবিবা লমদম কংলৈ পুঙ-ময়োনগী মতাই অমদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরিঙৈগী মতমদা পোইবৈ তমলৈকাই, লোইবী চীঙলৈকাইগী করম্বা লৈয়াৎশিং, লমলেন লমদমশিং অমসুং খুল্লেন-খুঙ্গাওশিংগী কনা-করম্বা খুল্লাক-লুপ্লাকপশিং, নিংথৌ-ৱাঙ্গোন-নিংথৌশিংনা খুৎকন-পাঙ্গন্না পাল্লিবগে, করম্বনা কদায়দা লৈরিবগে, কনা-কনানা হেন্না খুৎকন-পাঙ্গনবগে হায়বনচিংবগী অচুম্বা ঈ-পাউশিং নীঙথিনা মরীক চুম্লবা লৌবা, খোমজিনবা ঙম্লনবগী লৌশীঙদু লৈরল্মী অমসুং খোমজিল্লল্মী। হায়রিবা মতম তাংককসিদা কাংলুপশিং অমসুং কাংবু-

কাংবুশিংগী মপাঙ্গলশিং চুঙশিন-পুনশিন্নদুনা ওইবা কাংলুপ অনিখক্কী মবক্কা মুক্রুবা অমসুং হিদান্নবগী ফিবমশিং লৈরম্মী। হায়রিবা অনিসিগী মনুংদগী অমনা কংলৈ পুঙময়োন্দা পানবা খাবা য়েক্কী কংলৈ লৈমাবশিংনা লুচিংবা [পান:খ:, খু:ল: অমসুং ম:চ:স:, ১৯৯৯, ৩২-৩৪] অমসুং মখোয়গা খুন্দা লৈতামন্নরিবা ঙানবা শল্লাই অমদি চকপা কাংলুপকী ফুরুপ খব [লৈ:ন:, খু:ল. অমসুং ই:অ:স:, ১৯৮১, ৯] অমদি শেল্লোই লংমাইজীঙদা তানম্বদগী কংলৈ লমদা হোংদুনা খুন্দাখিবা থাংয়িগী ফুরুপ অমা [মখক্কীসিদা ., চেংলৈ:, খু.ল:] না পুন্না চৎমিন্নবা অমসুং লাললোই-শীল্লোইনবা লুপনি। অদুগা অঙোম্বা অদুনা শেল্লোই-লংমাইচীঙদা পানবা অঙোম য়েক্কী, লুয়াং য়েক্কী অমসুং থাংয়ি য়েক্কী কাংলুপশিংনা শাবা, অঙোম য়েক্কী নিংথৌনা লুচিংবা লুপনি [পা:ফম:, খু:ল:; পা:লা:, খু:ল: অমসুং ও:ভ:স:, ১৯৬৭, ১]। হায়বিবা লুপ অনিসিগী লুচিংলিবা য়েক অনিসি চারৌ-মৌরৌনবগী মবীনা মখোয়গী হিদান্নবা অমসুং মুক্রুবগী লমদাংদা অয়েৎপা-অথিংবা লৈজববসু লুপকী অপাম্বগী শাফু অমসুং শউম্না হুমদুনা পুখিবনা মথক থংবা তান্নবগী মুক্রুবসিদা খুদোংচাব পাইনদুনা লৈনবম্মী [শ:ফ:, খু:ল:; পো:খুন:, খু:ল: অমসুং খ:য়:স: ১৯৭১, ১-১০]। হায়রিবা পোইরৈ লৈপাকসিগী লৈঙাক্লোনগী তৌনরিবা ঈরাংশিং অমসুং ফিবমদুদা য়াবীরোক্লা মহাক্কী ৱাখল থাদদুনা মায়কৈ কদোমদা হিহোনগবগে হায়বদু য়েংদুনা লৈরম্মী।

লৈনুং য়াবীবোক নৎত্রগা নোংদা নোংখল্লেম্বী হায়রিবীসি শেল্লোই-লংমাইজীঙগী চনু-নিংঙোন্নি [চ: & ক:, ১৯৯৬, ১১৩]। মরম অসিনা মহাক্লা শেল্লোই লংমাইজীঙদা মচী-মচী খায়দোক্লদুনা পাল্লিবা নিংথৌ অহুম অসিগী মতীক-মঙম, মপাঙ্গল-মথৌনানচিংবা পুন্নমক, মরু ওইনা, অঙোমগী নিংথৌ (পুরৈরোম্বা) বু মশক মুন্না খঙলম্মী। হায়রিবা নিংথৌ অহুমকসি সরাবেন/সোরারেন (কৌব্রু চীঙজাওগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা চীঙশা অমদা পানবা লাইওই-তীনওইবা মী ফুরুপ/কাংলুপ সোরা হায়বদুগী নিংথৌ নৎত্রগা অথোইবা সোরা) হায়বা মিংথোনসি ফংলম্মী [ও:ভ:স:, ১৯৬৭, ৯ অমসুং নিং:লম:, খু:ল:] অমসুং মখোয় অহুমসি মথক্তা চাওরাকপা মমিং-মথাগী মশক অমা

উৎচম্রে অমসুং অঙোম সোরারেন (অঙৌ/অঙৌবা পুরৈরোম্বা), লুবাং সোরারেন (লুবাং লংমাইবা = লুবাং নিংথৌ) অমসুং থাংয়ি সোরারেন (থাংয়ি থাবোং নৎত্রগা সোরা পুকতাং) [চ:&ক:, ১৯৯৬, ১১৫] নি হায়না লৌনৈ। লৈনুং য়াবীরোক্লা মতোমতা য়াম্লা কুপ্লা খল্লবা মতুংদা মহাক্কী মপাম লমদমদা পাল্লিবা নিংথৌশিংগী-লানলোই-শীল্লোইনরিবা লুপ অদুগী মতেং লৌগে অমসুং মখোয়বু শীজিন্নগে হায়না মশাগী বারেপ লৌজখিরম্মী। অদুগা মহাক্লা লৌরিবা বারেপসিদগী মহাক্লা পাল্লিবা অমসুং পান্দল্লিবা লাইবক ফবগী ফিবমদু পুরক্লবা শান্দইশিংগী মচীঞাক থাক্লদৌরিবা পোৎলমশিংদি মহাক্কী হকচাংগী ফজবা অমসুং থোং মেঙুলবা হকচাংদুগী ময়াইনিনি হায়বসিসু মহাক্লা খনবা পায়খ্রবনি। মরম অসিনা মহাক্লা মখোয় অহুম অদুগী লুহোংলকপদা ঙাইরিবী লাল্লোই অমমমগী শক্তম লৌদুনা তোংঙান-তোংঙানবা মফমশিংদা অমসুং খেন্ন-খেন্নবরা তাঞ্জা-মেঞ্জাদা নুংশি-নুংঙোনগী লীলা শান্নখি। অদুবু মহাক্লা মহাক্কী নুংশিজবা মচাঈনুংঙো অমসুং মাগী ব্রাশন্দা পুবিবা অব্রাংবা পান্দম অদুগীমক্তা মহাক্কী নুপী ওইবীগী নুপী মহাক মশা অমসুং মীওইবগী লৃ তোংনা শাবা হকচাং অদুবু কখোকপা অমসুং থাদোকখিবদুদগী মশাগী হকচাং ওইবদুনা মঙ্গাক মাংকপা, লৈমন চল্লকপা অমসুং কুচু থাউবকপা অদুগীদমক্তা কাবসু নাচুংলুদে, মবমদি কৎফম থোকপদু কত্তুনা মহাক্কী থম্মোইনা তশেংনা নুংশিজখিবা মীশক্তুগী শীঙঙম্নরোইদবা লমন অমদি শীঙলবনি, হায়না ঈনুং মীকপ্লবম্বা য়াই।

লৈনুং য়াবীরোক্লা সোরারেন অরিবা অহুমগী য়াথং পীবা লুচিংবা অঙোম সোবারেন্দা পীবিংনু কৌনা ওঙলগা সমাজগী মিৎয়েঙদা ফিজঙ খন্দুনা থমখি, অদুগা অরৈনু কৌনা লুবাং সোরারেন্দা ওঙলগা খুম্নাইগী মিৎয়েংবু চরৈ ফিনা কুপ্তুনা থমখি অমসুং অহুমনু কৌনা থাংয়ি সোরারেন্দা ওঙলগা সেল্লোই মপা-মচা ওইবশিংদা নাথৈ-নাকোইননা থমখিরম্মী। মরম অসিনা নোংদা নোংখল্লেম্বী, নোংদা তুকুপলীকপু পোকপী য়াবীরোকসিবু নুপী অহুমগী শকলোন পুবা (নুপোনবী), নিংথৌ অহুমদা ওঙদুনা মখোয় অহুম্না মরূপ্নী তাল্লোই ওইনা পানবী ওইনা হায়দুনা, "নুবোন পীরোন য়াম্বী লৈমা অহুম্লক ওইবী, নিংথৌ অহুম্না পানবী"-হায়না শৈথানৈ।

# অরোন-অফোঙবা লানশঙদা মহৈ তম্বা

শকহেনবী লৈনুং য়াবীরোক, চাখা নুরোন-পীরোন য়াম্বীনা নুংঙোনবা মশুংলাংগী নুংশি-লাংথাক পোৎফম ফমদুনা নিংথৌ সোরারেন অবিবা অহুম্মক্কী থম্মোইবু শেন্দোং ওইনা ফংলবদা মহাক্না লাইনীঙথৌ হীরী কোন্দুনা "মদুদদি" হায়দুনা চপ যুংনা থম্লকপা পান্দমদুগী পরমদা মখোয় অহুম্ম পুশিল্লক্কবা হোৎনবকপগী তাঞ্জাদুদা থাংয়ি সোরাবেন্দি ঈচেন অমগুদা তাউথমিন্নরকপা হিনাউনা খাবক লাকপা নত্তবনা ঈচেনগী তোরৈ-তুথেক্কী ঈহৎ ঈহুন্নচিংবদগী-মালং ফৌবোই ইন্না তাউথোকখিবগুম মতোমতা মশা না হন্দোকখিবন্মী। অদুবু অঙোম সোবাবেন অমসুং লুম্বাং সোরারেন ঙীল য়াবীবোক্কী অনীঙবা থুংনবা মতাক অমসুং মহাক্কী মচাঈবুংঙো অনিবু মখোয়না লৈঙাক-ম্বায়েন্না কোনবা লমদম অকাং ফাৎলৌ লাইমকোন (লিনম্বাই ঈমক-ঈবীন তুবেনগী হৌরকফম মক্ক অমসুং কোংবা তুবেনগী হৌবকফম মক্কনী লমদম) দা পুদুনা চৎখিবন্মী। অদুগা মফমদুদা নোংদা তুকুপ্লাক অমসুং মহাক্না ঈনখৎলক্লিবা অবিবা অমদি অনৌবা মরুপ মপাং, লোইন খময়িন পুন্নমকপু শা-লানগী মহৈ-মশীঙ তম্মনবা লানশঙ-লান্দমশঙ অমা শাবগা হুয়েন লাল্লোং-শাফা-লানফানচিংবগী মহৈ-মশিঙ তম্বীবা হৌবন্মী। অসুম্না অবোনবা লান্দমফম অসি হাঙদোক্লুনা নোংদা তুকুপ্লীকপু মহৈ-মশিঙগী লমদাংদা মখেন ফানবা খুৎলাই য়াওদনা শাথেং-লাছেংনবা, মতম মতমগী খুৎশৃ-খুৎলাই মখলশিং— লীরুং-তেন, থাঙপাক, থাঙশাং, লম্বু-তা, খংনংতা, হাকথং-তা, য়োৎখোক-তেনখোক, থেঙ্গু-তেম, অসিনচিংবা খুৎপায়নরগা য়েক্লবা লাম্বা পানবা, শবীৎ শরাক, পাম্বা শৈথেংননা কৈজনবা, অসিনচিংবা পুম্নমক অঙোম সোবারেন অমসুং মহাক্কী মরোই লুম্বাং সোরারেন অনিগী মিৎয়েং মখাদা তাকপী-তম্বীরক্লম্মী। লান্দমশঙসিদা মতম খব থুগুনা লৈবগা নোংদা তুকুপ্লীকনা ম্বাইবা-শাথেংনবা, হুয়েন লাছেংনবা ওম্বগী মতম ঙাইদুনা লৈরন্মী। মথক্তা পীবিবা শাফা-লানফাগী মহৈ-মশিঙসি নীঙথিনা নোংদা তুকুপ্লীক অমসুং মহাক্কী খোঙলোই-লাল্লোইশিংনা তমলকখি হায়বসি মখোয়না হন্‌চীঙ (তৌজিক্কী নোংপোক ইম্ফালগী হৈঙাং খুঞ্জাওগী নোংপোক্রোম ওইরপ্পা লৈবা চীঙ অমা)

দগী কংলৈ পুঙময়োন তম্না লাকপদা লৈরম্বা খুঙ্গংশিং লাম্চেংনদুনা লোই চল্লম্বগী থম্নীবম্বা ৱারোলদুদিঃ-

...লাইরেন মৈদিংঙুদি খোইমোম ওংজা চীঙমাবা মফম, লিসি, থাঙ্বাই, মুচেং, কৈহও, নাউকল, হাওখু, তাংখম, পুম্নমবু থাঙবাইননা হনচীঙ চীঙমৈ ইন্না ... মোংবা নোংহৃমশঙ শরোং লপয়ান কাদা ৱাইথুংলরে [খ:য়:স:, ১৯৬৭, ২২-২৩ পা:লা:, খু:ল:]।

অসিনি। অসুম্না খুন তরেৎপু নমথরম্লগা লাকপা হায়বসি শা-লানগী মহৈসি মতমদুদা য়াওদবা য়াদবনিনা মহৈসিগী তম্ফম, ঔরায়ফম নৎত্রগা শাজেন তৌফম লৈতবা য়াদে। অমুক অমরোমদা মতমদুগী ইম্ফাল সহরগী মচী অমদা পোকপা অঙাং অমনা করম্না হৈঙাংলোমদগী লাক্লিবনো অমসুং মসিগী মরী লৈনবা থৌদোক-ৱাথোক করি লৈখিবগে হায়বসিদা মিৎয়েং থম্ফম থোকপা অদু লৌখৎফম থোকপনি। অদুগা হায়রিবা থৌরাংশিংসিগী মতাংদসু নিংথৌরোল লম্বুবা কৌবনা পীরিবা লংলা-লংজীনসি হান্নগীশিংদুগা অদুম মমান্নে, মদুদিঃ-

...য়াওবৈ নকাইফম অসিদা থৌদু তুগুম্বু লেপ্পা য়ুংখীনবা, খুনকাম নরৈনেৎ চেঙচা তুগুম্বু লেপ্পা য়ুংবদি কনানো? নয়োন মৈতৈলৈমা লৈনুং য়াবীরোক, চাখা নুরোন পীলোন য়াম্বী, য়োইবু নুয়াম শাফবী, লৈমু শেকথাকপা, লৈহৌ শেংওইবা চনু, চাখা নুরোনবী, চাখা নোংলেনবী, নুয়াম শাফবী লৈমা অহুম্লকপু শাওনবী, সলাই খুনমাবী, চাখা নুরোল পীরোন য়াম্বী-ও তৌনা কৌয়ে।

[নিং:লম:,খু:ল: অমসুং ও:ভ:স:, ১৯৬৭, ২]

অসিনি। মসিদা অমুক ৱাহন্দোক পীবদু হান্নমা পীখিবদুদা হঞ্জিন হঞ্জিন্না হায়বা থোক্লগনি।

## লান্দা-লানচনগী খোঙচৎ

যাবীবোক্কী মপাবী নোংদা তুকুপ্পীক্লা মহৈ-মশিঙ তম্বগী থৌরাং মপুঙ-ফাবে, শা-লানগী শাজেন নীঙথিনা হৈবে অমসুং মশা মতোমদা শাফম-লানফমগী মহৈ-মশিঙ ঔবায়জবদা মতোমতনা মশা পুজবা ঙম্লে হায়না নোংদা

নোংখল্লেম্মীনা খল্লক্রবা মতমদুদা মখা করি চত্থগদবগে হায়বদু মহাক্কী ঝাবন্দা খল্লক্লে। মমাঙদগী থল্লকপা পান্দমদা নিংথৌ শাগৈদা হৌরকপগী নিংথৌ হায়বদু ওইদবা য়াদে। নিংথৌ অমা ওইবা তারবদি— (১) মহাক্কী লৈপাক/লম লৈবা, (২) খ্বাই মীয়াম লৈবা, (৩) অঙাক-অকনগী লাশ্মী, (৪) লৈপাক ঙাকপদা শীজিন্নবা লন-থুম (Finance) অমসুং (৫) লৈঙাক-ঝায়েল-থৌদা-লুপ অমা হায়বশিংসি শোয়দনা লৈতবা য়াদ্রবা পোৎচঙশিংনি। হৌজিক য়াবীরোক্কী মচা অসিগী লাশ্মী লৈরে, লাশ্মীশিংদুনা লৈপাক মীয়াম শারগা অমসুং লৈঙাক ঝায়েন-থৌদা লুপ অমা— পুন্নবা, নোংথোনবা, কৈরুংবা অমসুং শেল্লুংবগী ফম হাপ্পুনা শারে [খ:য়:স: ১৯৬৭, ২৩]। অদুগা লৈপাক ঙাকপদা শীজিন্নবা লন-থুমদু লৈপাক/লম লৈরবদি থোক্লককনি, অদুবু মদুগী মতমদু লাক্লিবা ফাওবদি য়াবীরোক মহাক্না মশা হকচাং য়োল্লোক্তুনা মখোয়গী মতীক-মঙম ঝাল্লিবা সোরারেল অরিবা অনিনা পুবি। অদুনদি লৈপাক কদায়দগী করম্মা ঝাল্লগনি হায়না খল্লকপদা হান্ননা মুক্নুনা লৈবিবা শীললোই-লাম্লোইনরিবা লুপ অনিদুগী মনুংদা মখোয়গী লুপ্পুনা মথক থোংবা ওইনবা মখোয়গী মায়োক্তা লৈরিবা লুপ অদুগী মহুম থুগায়বা হায়বসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফবা পাম্বৈনি হায়বসি খন্দুনা ঝাফমসি পুথোক্লবা তাঞ্জা ঙাইরম্মী।

লৈনুং য়াবীরোক্লা ঝাফমসি মখোয় পুম্মমক্কী লুচিং-লাঞ্জিংলিবা অঙোম সোরারেন্দা হৌদোক্তুনা খন্নরকপদা খাবশিংগী মকোন চায়খায়নবা লান্দা লানচন খোঙচৎ লৌখৎনবা লেপ্পুখ্রে। ঝাফমসি য়ানখিবদগী অঙৌবা সোরারেম্মা লাঞ্জিংলেন ওইবা, লুঝাং সরারেন্না লাঞ্জিংবা ওইনা লাল্লম পুবা নোংদা তুকুপ্পীক্কী লাশ্মী অমা শেমদুনা অঝাং ফাৎলৌ লাইমকোন্দগী মখারোমদা মমাং ঙন্দুনা ঈরীন তুরেনগী খোংলম ইন্দুনা হাইথরক্লে। মখোয় হনচীঙ য়ৌবা মতমদা মফমদুদা ঙাইহাক পল্লম্নগা হুয়েল লাল্লম য়াক্তুনা খা-নোংচুপ ওইরপ্পা হাইথরকপদা লম্মীদা লৈরম্বা খুঙ্গং ৭= লিসি, থাঙঝাই, মুচেং, কৈহৌ, নাউকল, হাওকু অমসুং তাংখম কৌবা ঈরীন মপান্দা খুন্দাবা খুনশিংদা লান্দাদুনা লোই চল্লম্নগা কংলৈ পুঙময়োনগী লমদম চঙশিল্লকখি। লাক্লিবা লান্দা-লানচনগী খোঙচৎসিদা লাংমা লুপসিগী লাঞ্জিংলেন অঙৌবা পুরৈরোম্বা/সোরারেন্না মাঙদা মশাগী অঙোম লমদা পুদুনা লমজিং-লাঞ্জিংলগা, লাঞ্জিংবা লুঝাং লংমাইবনা তুংদা মশাগী লুঝাং লম্বাকশিংগী লাম্লোইশিং পুদুনা লান্দা খোঙচৎ ইল্লকখি। অদুগা নহা ওইরিবা

নোংদা তুকুপ্লীক, লৈনুং য়াবীরোক্কী মপারীনা মমাঙ-তুং অনিগী মরক্তা কংলৈ'লান্দা খোঙজঙ চঙশিল্লক্লম্মী। মপারীবু করিদা শোয়খিগদবগে হায়বগী চেকশিন থৌরাংদা লৈনুং য়াবীরোক্লা শীল্লকপা লান্দা-খোঙচৎকী মশক মাল্লি। অদুগা হায়রিবা লান্দা-লানচন খোঙচৎ অসিদা লৈনুং য়াবীরোক মশাসু মপারীগা লোইননা য়াওরমগদবা মাল্লি। মরমদি মহাক্কী কখোকখ্রবা থবাই হকচাংদুদি অমুক হঞ্জিন্দুনা য়োক্লবগী মঙোন্দা তোংজবা লৈত্রে, শীন্নগদবা পুন্নমক লাঞ্জিংলেন অঙোম পুরৈরোম্বদা শীন্নগ্রে, মহাক্কী ৱাংথৌরিবা হায়ববু মহাক্লা মচা শেম্বগী মথৌ লোয়বা ঙাইদুনা অশি লৈপাক্তা ঙাইহিরিবা মপুরোইবগা থুংনরুগদবা অদুদা মঙাইরে।

## নিংথৌ ফম্বালদা নোংদা তুকুপ্লীক

নোংদা তুকুপ্লীক্কী মৈতৈ, অঙোম অমসুং লুৱাংনা শাবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা অঙৌবা পুরৈরোম্বনা লাঞ্জিংলেন ওইদুনা অঙোম নিংঙোন মচা খাবা-ঙানবশিংনা পাল্লিবা কংলৈ পুঙময়োন্দা লান্দানবা চঙশিল্লক্লে হায়বসি খাবশিংসু মরোই- মনাউশিংনা পাউ পুরক্লুনা তারম্মী। মখোয়সু মখোয়গী লৈজরিবা পুন্না খুম্দা লৈতামিন্নরিবা ঙানবা, চকপা অমদি থাংয়ি (ফুরুপ অমা) মী লাল্লোই-লাম্মীশিংদু থীন্দনা খোমগত্তুনা লান মায়য়োক য়ানবা শেম-শারম্মী। অদুবু লান ওৈরায়বা তোয়বা অমসুং শাজেন লেপ্তবা হেল্লকপা নোংদা তুকুপ্লীক্কী লাম্মীশিংদুনা খাবনা লাঞ্জিংবা লুপ অদুবু মায়থীবা পীদুনা কংলৈপুঙগী লমখৈদগী তাহোকখিরম্মী [পা:ল:, খু:ল:]। অসুম্না খাবশিংগী কংলৈ লৈপাক অদুবু লোই চন্দুনা লৌরবদা নোংদা তুকুপ্লীক্লা পলেম মমাগী থৌশীন্দা থৌদোংদুনা মহাক্লা নিংথৌ ওইবগী অপীকপা লৈপাক মচা (Princedom) অমা মহাক্কী মরোই-মনাউ, মরুপ-মপাং, লোইন -খময়িন, লাল্লোই-লাম্মীনচিংবা পুম্নমক্লা অনৌবা লোই চনবা লমদমদুদা লৈদুনা লীংখৎপাহৌখিরম্মী। হায়রিবা অপীকপা লৈপাক মচাসি অৱাংলোমদা চীঙমৈরোঙ চীঙ (কোইরেঙ্গৈগী লোয়বা), নোংপোকলোমদা খুরাই অহোঙপুঙ (তেলীপত্তি), খারোমদা ককৱা লমদাইবুঙ (ককৱা কৈথেল), (খুমনলৈপাক্কী অৱাংগী ঙমখৈ) অমসুং নোংচুপলোমদা লমফেলপাৎ অমসুং লাংজীঙ চীঙদুম য়ৌবনা কোল্লিবা লমকন অসিমখৈনি (R.K.J. 1992,23]। অসুম্না লৈপাক লীংলবা মতুংদা নোংদা তুকুপ্লীক্লা লৈঙাক-থৌদাগী অরুম্বদু লৌদুনা লৈঙাকপা

অমা ওইনা মণিপুব ইতিহাসকী অহানবা নিংথৌ ওইবগী শক্তেমদু খৃঃ ৩৩/৩৪ দা নোংদা লাইরেন পাখংবা হায়বা ফম্বাল মিংশুনসিগা লোইননা মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বাল কাখিরম্মী [পা:লা:, খু:ল:, পা:ফম:, খু:ল: অমসুং খ:য়:স:, ১৯৬৭, ২৩-২৪]। অসুম্না লৈনুং য়াবীরোক্না থম্মোই লাইয়ুমন্দা কিসি কিন্দুনা, মতোমতগী রাখন্না খওজনা পুরকপা নীওজবগী অপাম্বা অমসুং অচাওরমগী পান্দমদু লৈনুং চনুরা মহাক মতোমতগী থৌশীল-থৌরাং অমসুং থৌবম-থৌপুনা, মীমাওদা ফিনা খুম, মীতুংদনা ফোংনা চত্তুনা শেম-শাখিবদুনা মপুঙ ফানা থুংহনখি। অদুনা হায়বদী য়াবীরোকসিনা তৌরিবা অবদান অমসুং কখোল্লিনা পুম্নমক্সিদ ফোংনা মহাক্কী মমিংদা থম্বীদে।

## রাখোম-রারোয়

লৈনুং য়াবীরোক্কী লৈঙাকলোনগী-ফম্বাক্তা তাবিবা লৈঙাক থৌদাগী শক্তমগী মমিগী মরমদা অফংবা মচাশিং খব মৈতৈ লাইবিকশিংগী লামায়দগী লৌখত্তুনা নৈনরুবদা থেংনরকপা অমসুং হৌজিক্কী মিংয়েংদা ডাবকখিবা রাবর্মশিং অমসুং রাফমশিং খরসিনা মণিপুব ইতিহাসকী নোংঙান, তু উবকপা মতমগী চয়েৎ-খোইয়েৎনরবা ইতিহাসকী মচাক-মথুমশিং অদুগী মফমদুদা পুখত্তুনা য়ৌহল্লি। মহাক্কী রাজনিতিগী ওইনা লৌরকখিবা শক্তম অসিনা মহাক্কী অতৈ হিবমশিং- খুন্নাই-লাইনীঙলোন, শেন্দান-শেনচৎলোন্দা খুৎহৈ-শীনহৈবগী মশক্রুচিংবগী লমদাংশিংদা লৌরকখিবা শক্তর্মশিংসু লৈবি হায়বসি ফোঙদোক্লি। অদুবু মহাক্কী অতৈ শকফমশিংদুদি লৈঙাক্লোনগী ফম্বাক্তা তারিবা শক্তম অসিগুম মরু ওইবা শক্তম নত্তবনা মখোয়দুদি থাদোকচরম্লে।

লৈনুং য়াবীরোক্না মণিপুর ইতিহাসকী নোং ঙানফুং -ঙানফুং তৌরকপা শজীক-থবানা মঙালগী মমি শান্নকপা মতুংদুদা মহাক্কী অমত্তা পোকচবা মচাগী নিংথৌ ওইননবা লৈপাক মচা অমা লীংখত্তবা য়াদে হায়না চোংথোক্লকখিবদুনা ঙসি ঐখোয়না ঙসিগী মণিপুর অসি ফংলিবনি। অদুবু মহাক্কী অসিগুম্না শক্তম অসিদা তারিবা মমিদিঃ-

Sacrifice that causes pain is no sacrifice at all.
True sacrifice is joy-giving and uplifting.

*—Mahatma Gandhi*

হায়বাসনি। মহাক্কী কথোকপগী লমদাংশিংদা অৱা-অনাগী ৱাখল লৈখিদে। তশেংনমক লৈনুং যাবীবোক্কী লৈঙাক্লোনগী ফম্বাক্তা লৌবকখিবা শক্তম অসি মৈতৈ নপাশিং গী লমচৎ। লংলবা অমসুং হেন্দোক-থোক্লবা মঙানগী মশাক্ত অমসুং মহাকসি, মণিপুর ইতিহাসকী ইতিহাস অমা ওইবগী ঈকাই খুম্নবা অমসুং ঈবাংনীঙঙাই ওইবগী মচৎ অদুনা লৈতেংবদা মতীক চাববী, ঈকাই খুম্নফম ওইনবী নুপা অমনি। মহাক অসিনু মৈতৈ নিংথৌশিং অমসুং [illegible] নিংথৌ মচা, নিংথেমচাশিংনা ''ঈবেম্মৌ'' যুমজাও লৈমা/ লক্ষ্মী লৈমা'/'লাইরেমা লাইবেম্বী'' হায়না মিংথোঞ্জদুনা নিংথৌগী, অযোক-অকল অমসুং ওাকপা শেংবাবা লাইবেম্মা, নিংথৌগী কোনুংবু শঙবী লেকপাবী, লোপাক-নিংথৌগী খুদোংথীবগী মমি লাকপদা মাঙজৌননা মালং শেংনা ওইনা পাউজাকপাবী লাইবেম্বী ওইনা যাম্না লুনা অমসু চেকাশিন্না নীংজবগা লোইননা ঈবাং থৌনীজৈ। মহাকপু ঈবাং পূজা তৌবাসি মপ মপু লাংপা লাইনাঙলোনগা ওইনা লাৎচবা, অমসুং যুমজাও লৈমা, কংলৈ লোমাবী অমদি মৈতৈ লৈপাক লৈমাবী (গৃহলক্ষ্মী, গ্রামলক্ষ্মী/নগরলক্ষ্মী অমসুং রাজ্য লক্ষ্মী) ওইনা মথাং কযা, মবোন কয়াদসু লাংনে। অমবোমদা কংলা লানবাউ তম্বদা চিথফদবা অমসু শজিবু চৈবাউবদা থাদোকফদবা লাইবেম্মা ওইনা লৈ। মহাক্কী লেঙাকলোনগী শক্লোন আস লৈবমদ্রবাদ নোংদা লাইবেন পাখংবা থোক্লক্লমলোয, মহাক্তা নিংথৌজা য়েক্কা লৈপাক, পোইবৈ মৈতৈ লৈপাকসিসু লাংখৎলম্লোয। মবম অসিনা লৈনুং যাবীবোক্কী লৈঙাক্লোনগী শক্তম অসি মণিপুর ইতিহাসতা মমল যাম্না লৈবনা মহাক্কী শক্তমসিদা ইতিহাসকী মঙাল অমখক থম্বীদুনা ঙালহনবগী মথৌ তাই। তাইবং হকচাংদি মাঙখিনি, তৌবম্বা থবক্কী মমি মতমগী নুঙাযদা মমি তাদুনা লৈহৌগনি। মবম অসিনা ভুংলমচত্তা লাক্কদবা ইতিহাসকী পুজাবিশিংনা মণিপুবগী নীঙথিববা ইতিহাসকী মমি অমা যাৎলকপদা মহাকপু শোয়দনা নীঙশিঙলকখিগনি হাযবগী থাজবসি চেৎনা থমজবি।

~~~~()~~~~
~~~~

## মরী-মখোঙ উৎপা

১) ম:স:ক:, ১৯৯৪ = ঈরোম অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা: শাগৈ-শলাইরোল (ইম্ফাল-১৯৯৪)

২) ম:চ:স:, ১৯৯৯ = মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ: পাহ্নোইবী খোঙ্গুল (ইম্ফাল-১৯৯৯),

৩) ই:অ:স:, ১৯৮১ = ইরোম অমুবী সিংহ: লৈহৌ নাউথমলোন (ইম্ফাল-১৯৮১),

৪) ও:ভ:স:, ১৯৬৭ = ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহঃ নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল-১৯৬৭),

৫) খ:য:স: ১৯৭১ = খুমল্লম্বম যাইমা সিংহ: পোইরৈতোন খুন্থোকপা (ইম্ফাল-১৯৭১),

৬) চ: & ক:, ১৯৯৬ = এ: চিত্রেশ্বর অমসুং বি: কুলচন্দ্র:লৈংদা লাইরেন পাখংবগী মমা-মপা থিবা (ইম্ফাল-১৯৯৬)

৭) ক:য়:স: ১৯৬৭ = খুমল্লম্বম যাইমা সিংহ: পাখংবা ফম্বাল (ইম্ফাল-১৯৬৭),

## খুৎয়ি লাইরিক

১) নোং:,খু:ল: = নোংস্রং, খুৎয়ি লাইরিক

২) খ:য়ুম:, খু:ল: = খাগেম্বা য়ূম্বী, খুৎয়ি লাইরিক

৩) চেখোঙ, খু:ল: = চেখোঙ, খুৎয়ি লাইরিক

৪) কৈরোই, খু:ল: = কৈরোই খুৎয়ি লাইরিক

৫) লাংথবাল্লোন:, খু:ল: = লাংথবাললোন; খুৎয়ি লাইরিক,

৬) কৈকোই, খু:ল: = কৈকোই, খুৎয়ি লাইরিক,

৭) য়ুমলেপ, খু:ল: = য়ুমলেপ, খুৎয়ি লাইরিক,

৮) [illegible], খু:ল: = পাখংবা মৈহৌবরোন খুৎয়ি লাইরিক,

৯) [illegible] প.[illegible]:,খু:ল: = কংলৈ সঙলেন পুবা পুয়া, খুৎয়ি লাইবিক

| | | |
|---|---|---|
| ১০) পা:লা:, খু:ল: | = | পাখংবা লাইহুই, খুৎয়ি লাইরিক |
| ১১) পা:ফম:, খু:ল: | = | পাখংবা ফম্বাল, খুৎয়ি লাইবিক |
| ১২) পা:লম:থ:, খু:ল: | = | পাখংবা লমলেন থোকপা, খুৎয়ি লাইরিক |
| ১৩) পান:খ:, খু:ল: | = | পাছোইপী খোঙ্গুল, খুৎয়ি লাইবিক, |
| ১৪) লৈ:ন:,খু:ল: | = | লইহও নাউফমলোন, খুৎয়ি লাইরিক |
| ১৫) চেংলৈ:,খু:ল: | = | চেংলৈবোন, খুৎয়ি লাইরিক |
| ১৬) পো:খুন:, খু:ল: | = | পোইরৈতোন খুম্ছোক, খুৎয়ি লাইরিক |
| ১৭) নিং:লম:,খু:ল: | = | নিংথৌবোল লম্বুবা, খুৎয়ি লাইরিক |
| ১৮) শ:ফ:, খু:ল: | = | শঙ্গাই ফমমাঙ্ খুৎয়ি লাইরিক |

**ইংরেজী লাইরিক**

1. R.K. Jhaljit Singh: A short history of Manipı (Imphal-1992),

**চেফোঙ**

১। খুমন্থেম প্রকাশ সিংহঃ খাতু, ৪৪শুবা মশীঙ, খৃ: ১৯৭২, ইম্ফাল।



## বীঃ কুলচন্দ্র শর্মাগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

1) সনাতোম্বী (নোভেল - ১৯৬৮)
2) চারিক শরেং (নোভেল - ১৯৬৯)
3) য়ুগী পাত্রদা তশবীর (নোভেল - ১৯৭০)
4) খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা (পুয়া মশামক - ১৯৮৯)
5) থাঙমৈরোন (পুয়া মশা - ১৯৮৯)
6) সনামহী পুয়া (অরিবা লাইয়িংথৌসিগী লাইরিক ৬ খক - ১৯৮৯)
7) মৈতৈ পাংগল হৌরকফম (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯১)
8) মৈতৈ বামোন হৌরকফম (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯১)
9) মণিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং (আর্কিওলোজিকেল এস্পেক্ত - ১৯৯৬)
10) নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমা-মপা থিবা (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৬)
11) হৈক্রু হিদোংবা অমসুং মোইরাংলৈমা থাঙপাৎ (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৬)
12) ব্রাংখৈ মৈরাবা অথৌবা (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৬)
13) মৈত্রবাক মণিপুরগী খুছোক-খুন্দারোন (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৭)
14) চীঙঙা লাইরেম্বীগী পুবারী (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৮)
15) মৈত্রবাক মণিপুরগী ফুশা-ব্রানশারোন (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৮)
16) খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা (অনৌবা লোনগী ব্রাহন্দোক য়াওবা - ১৯৯৮)
17) মৈতৈগী লুহোংবা অমসুং লৌন-লৈনবগী ব্রায়েন-ব্রাখুন (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৮)
18) মৈতৈগী শা-লান ফাবগী থৌরম খর (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৯)
19) সনা চহী অহুম (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৯)
20) মৈতৈ মচুগী মনাৎ (থিজিন-হুমজিনবা - ২০০০)
21) লমাংদোংগী বিষ্ণু লাইশঙগী য়ুমশা-কৈশারোন (থিজিন-হুমজিনবা - ২০০০)
22) মৈদিংঙু ময়াম্বা গরিবনিব্রাজ (থিজিন-হুমজিনবা - ২০০০)
23) চুপশারোন (থিজিন-হুমজিনবা - ১৯৯৯)
24) সঙ্কীর্ত্তণ নির্ণয় (থিজিন-হুমজিনবা - ২০০১)
25) কেক্রুপাৎ (থিজিন-হুমজিনবা - ২০০১)
26) ফাইল (থিজিন-হুমজিনবা - ২০০৫)
27) Typology & Technology of Meitei Writing Materials (Research Work - 1999)
28) A Dictionary of Manipuri Medical Terms
29) ফমলোন (২০০৯)
30) বামোন খুপায় (২০০৯)
31) মৈত্রবাক্কী মনীংতম্বা লৈপাক্লা হওরকখিবা (২০০৯)